# খ্বাই-তরাগী মফমদা হায়জবা

ঐনা নোল্লুকচবগা লোয়ননা খ্বাই তরাগী মফমগা হায়জরি মদুদি ঐ ইশানা লাইরিকশি ইজবা মতমদা অখং-অহৈ, অহল-লমন, মরুপ-মপাং, ইচল-ইচে খ্বাইনা ইবিথ্রবা লাইরিকতগী ব্রাহৈ বাতা অমদি quotation শিং শিজিন্নরৈজে। ঐগী মিংয়েং অমদি খাখলগা মান্নবা মমসুং খেন্নবা মতংসু য়াওরম্বা য়াই। অদুবু মতমগী থৌদোকনি। পাউং পথাপ লেখক মাংগা ওম্বরা হায়দুনা তোংনজবনি। মাশিনা অখং-অহৈ খ্বাইনা ঐবু ৱাকপিনাব হায়জরি। বানানগী মতাংদদি অখন্না "মনিপুর" হায়বা বাহৈশিংদা অক্ষর ঐ ইশানা ইজবদদি "ন" ইজরে। কনাগুম্বগী লাইরিক reference ওইনা শিজিন্নবদদি লাইরিকতুদা লৈরম্বা মখেকতুমক ইজরে। অদনা মতাং অমদা "মনিপুর", পরেং অমদনা "মণিপুর" হায়না খেন্নবা থবা লেংনাবিগনি। মশিগীদমকশু খ্বাইনা ব্রাহোইবিদনবা হায়জরি।

হায়জবিবা

**ইরোম মঙ্গী**

# তৌবিমল খঙবা ফোংদোকচবা

ঐনা ইকরিবা খরশি অশোয় শোয়দা যেংশিনবিদুনা লাইবিক অমা ওইনা পুথোকপা য়ানবা লমজিং লমতাকপিখিবা এনঃজিঃ কলেজকী History Department কী মতম অমদী Head of Department ওইরিবা ওজা ক্ষেত্রিমযুম শ্যামকহ্নাইবু ঐহাক্না থম্মোয় শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ইং ১৯৯৮- ৯৯ দা publication grant পীদুনা লাইরিকশিং ফোংদোকপা ঙম্নবা মতেং পীবিবকা অদু Education Department (S). Govt. of Manipur বুসু হন্না হন্না তৌবিমল খঙবা ফোংদোকচরি।

ফোংদোকচরিবা—

ইরোম মঙ্গী

# কচচবা

য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী শিনলম শিঙ্বা হৌদোকপীরম্বা হৌদোকপিরম্মী অমদি থায়নঙৈ মনিপুরদা শিন্নাইফম কাদুনা ফিশা শিনশু মাইপুনবিদুনা ফিজেৎ-চাকচাদা মীপান তাংদনা হিংজবা ঙম্বা পুন্সিরোল অমা শাগৎপিরম্বী ফিশারোইশিংগী মফমদা কচ্চবি ফিশা শিনশুবু শৈথাজবা লাইরিক "য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী লম্"।

কচ্চাববা

ইরোম মঙ্গী

## য়াওফম তাকপা

| তাঙ্কক | হিরম | | লমাই |
|---|---|---|---|
| ১। | মনিপুরদা কয়াম লিরবা মতমদগী মী লৈবা হৌরে | — | ১ |
| ২। | মনিপুরদা কয়াম লিরবা মতমগী মী লৈরম্মী | — | ৪ |
| ৩। | লৈশেমখৈগী ফিজেৎ-লৈতেং | — | ৬ |
| ৪। | অহানবা চকতা শিজিন্নখিবা ফিজেৎ | — | ১০ |
| ৫। | মনিপুরদা তরেং কপত্রেং পুথোকখিবা মতম | — | ১৩ |
| ৬। | লমদমশিদা ফি শাবা হৌরকপা | — | ১৬ |
| ৭। | লাংব-চকতা শিজিন্নরম্বা মখল মখাগী লং অমদি ফি শাবগী থাক | — | ২৬ |
| ৮। | কোনচক - নোংদা পাখংবগী মতমদা ওইবা ফিশা-লোনশা | — | ৩০ |
| ৯। | খুয়োই তোম্পোক মতমগী ফিশারোন | — | ৩২ |
| ১০। | নাউখম্বা নিংথৌ হাকতক্কী ফিশা-শিনশুরোন | — | ৩৬ |
| ১১। | নাউফংবা নিংথৌ হাক্তক্কী ফিশারোন | — | ৩৮ |
| ১২। | নিংথৌ নাউথিংখোং মতমগী ফিশারোন | — | ৩৯ |
| ১৩। | "য়াংলৌ কৈফাবা" মতমগী ফিশা-শিনশু | — | ৪১ |
| ১৪। | নিংথৌ ইরেংবা মতমগী ফিশারোন | — | ৪৬ |
| ১৫। | লোয়য়ম্বা মতমগী ফিশারোন | — | ৪৭ |
| ১৬। | মনিপুরদা কাব্রুং-লং পুথোকপা অমসুং কাব্রং ফি শাবা হৌবা | — | ৫০ |

## অহানবা তাঙ্কক্

# মনিপুরদা কয়াম লিরবা মতমদগী মী লৈবা হৌরে

" অরাঙ কৌক্র অসুপ্পা
ঈয়েল খুন্দা অহানবা !
নোংথৈ মউ লিংবা !
ঈলিক মপান থাবা !
নত্রগা অসুম্নসু
" অৱাং কৌব্রু অসুপ্পা
লোইনাই খুন্দা হানবা
নোংথ্রৈ মউ লিংবা
সনলিক মপান থাবা "

অসুন্না মৈতৈগী অরিবা লাইরিকতা শৈথারি অমসুং মৈতৈ অশৈবশিংনা শৈশক্লরি । মথক্কী ৱাবোলশিনা কৌব্রু চীংদা ঈয়েল (তাইবঙ) খুন্দা অহানবা ওইদুনা মীওইবনা লৈবা হৌখিবগী, চৌদা নৌদা শনদোকখিবগী ৱাখললোন তাকই ।[১]

মৈতৈগী ৱারী লৈশেমলোনদসু চীঙ্গু মপুরেল শিদবগী মথংদা মালেমশিদা চাদা নৌদা শন্দোকনবা লৈহৌবশি " কোঞ্জিল তুথোকপা " পাখংবা মীংথোন ফংনা লৈবাক ৱায়েন ফম্বাল পায়হৌবা ১দি ময়াম্বুং ইবুঙো, লাইনিংথৌ সনামহি মিংথোন ফংনা লৈবাক খুননাইবু ঙাকশেননা লৈহৌবা " অচিবা " (অশিবা) নি । কাইনথংদা মপাবুং চীঙ্গু শিদবনা সনামহিবু " কৌব্রু" হায়নসু মিংথোললমই । পারী নঙনা নপল (নপাবুং) ঐবু খঙনা কৌরবনিনা নঙগী নমিং অসিদি ঙসিদগী "অৱাং কৌক্র অসুপ্পা লোইনাই খুন্দাবা " হায়না

কোলোয় নমিং অমুক থোল্লবনি । হে পারী কৌব্রু ও।[১] লাই নিংথৌকৌব্রুনা লৈবা চীংলমদমবু কৌব্রু চীং হায়না খঙনবা হৌখি । লাইনিংথৌ সনামহিনা কৌব্রু চীংদা খুন্দাবগী ৱাফমনি ।

মনিপুরগী উখ্রুল চীংলমদমগী খাংখুই শুরুংদা অরিবা নূংগী যুগকী মীরোন লৈরম্মী। খৃষ্ট মমাং চাওরাক্লা চহি ৩০,০০০ (লিশিং কুন্থ্রা) দা লৈরম্বগী খুদম পী । নাপচীক্কী লমদমদা অনৌবা নূংগী যুগকী মী লৈরম্মী । খৃষ্ট মমাং চহি ২০০০ (লিশিং অনি) দা মনিপুরগী তম্পাকতা neolithic* মতমগী মী লৈরে। হায়রিবা neolithic মীওইশিংগী পা-পূদি "Austroloid" হায়না খঙনবা মীওই ফুরুপতুনি থাজনৈ। কাংবুশি মপান লমদগী হুলাল্লকপনি। Austroloid গী মতুংদা Tibeto-Burman Mangoloid ফুরুপনা মনিপুরদা লাকখি।[২]

Mangoloid জাতিনা এশিয়াগী খা-নোংপোকতগী ভারতগী অৱাং নোংপোক লমদম য়ৌনা লাক্লবগী লম্বী লিখুল অনিথক লৈ। অমনা Tibet ফাওদুনা লাকলগা অরুনাচল, আসামগী Brahmaputra গী তম্পাক লম, নাগালেন্দ অমদি মনিপুরগী অৱাংথংবা শরুকতা খুন্দারে । অতোপ্পা অমনা চিনাগী Yunnan লমদম ফাওদুনা লাক্লগা Vietnam গী খা মাইকৈদা, Laos, Cambodia, Thailand, Malaya, Burma মথং মথং য়ৌরকই । অদুগা Amoil চীংলম্বী ফাওদুনা কবো তমপাক তারকলগা মনিপুর য়ৌরকখি।[৪] লোয়ননা খা-নোংপোক থংবা শরুকতা খুন্দারে ।

অরিবা নূংগী যুগকী মীওই মনিপুরদা লৈরম্বশিনা মীওইবনা মালেমশিদা হেক লৈরকঙৈদা, মফমশিনা (মনিপুর) হৌরকফম ওইজবা মীওই খরা লমদমশিদা লৈজরম্মী অমদি লৈরমলে হায়বা তাই । " মণিপুর অসিদা মপান্দগী মীনা লাক লাক্লুনা খুন্দারবা ঙাক্কগুমই, মপান্দগী খরা লাকখি হায়বদি চুম্মী অদুগা অসিদা মী ইরৈ লৈরমদবদি নত্তে "।[৫]

" ঐখোয়গী কংলৈপুং অসিদা মালেমগী তোংঙানবা মফমদগী মীগী ফুরুপ

---

* অনৌবা নূংগী যুগ

কয়া কয়ানা খুনগুম-খুনথোক্লকখি। ইতিন্নদবগা হৌনশা তত্তনা খোংগ্রেং হানরম্মী। করোং খুৎকুম্নবনা লোইবা নাইরমদে। ......... কনা অমতা লৈতা নুংদানা পানবা ঙম্নরমদে''।[১] য়েলহৌঙৈ ঙল্লিঙৈ মতমদা মপানদগী লাকতুনা মনিপুরদা খুন্দাকম থিরবা কাংলুপকা লমদমশিদা হান্ননা খুন্দাদুনা লৈরম্বশিংগা লম্মুন্নবা, শাথেংনবা, লালথেংনবগী ৱাফমনি।

'' মঙাং'' কাংবুশি মনিপুরদা খ্বাইদগী অঙনবা মতমদা লৈরম্বা মীওইবা কাংলুবশিংগী মনুংদা অমনি।[৭]

মীতৈ হায়না খঙনবা মীওইবা কাংলুপশিংগী মনুং চন্না য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা লৈবম্বা য়েক, সলাইশিংগী মনুংদা চৈংলৈ য়েকচাশিংসু অমনি।[৮]

### মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং ঃ —


(১) ভম্ফাজা ও য়ুম্নাম, '' মীতৈ লাই হরাওবগী ৱাঙউলোল '', ১৯৮৬, লঃ৩৪।

(২) খেলচন্দ্র এন, '' নুংপান পোম্বী লুৱাউপা '', ১৯৮০, লঃ৯।

(৩) Gangmumei Kabui. " History of Manipur " Vol. I . Printed at Saraswati Printing press, New Delhi, Published by National Publishing House, New Delhi, 1991 P-49,52, 53 .

(৪) Ansari S.A., " Manipur Tribal Demography and Socio- Economic Development " , Published by Anil Mittal for Daya Publishing House, Delhi, 110006, 1991, P–10.

(৫) খেলচন্দ্র এন, '' মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা সাহিত্যগী মখল্ মথেন '', ফিদম ৱারেং অহানবা, চন্দ্রশেখর খুলেম্ (Ed.) ১৯৮৪, লঃ ৫।

(৬) মীনকেতন সিংহ অশাংবম, '' অন্দ্রোগী মৈ '' অপুনবা ৱাবেং, মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল, মণিপুর, ১৯৮৬ , লঃ ১৫৩।

(৭) Gangmumei Kabui, " History of Manipur " Vol. I . Printed at Saraswati Printing press, New Delhi, Published by National Publishing House, New Delhi, 1991 -P-73.

(৮) লোকেন্দ্র অরাম্বম, New Delhi, The Art of Horsemanship in Manipur, Souvenier, International Cultural Conference and Festival, 1991, Imphal, India, Singh N.T ( Chief ed.), 1991, Imphal, P-1.


---

অনিশুবা তাঙ্কক

# মনিপুরদা কয়াম লিরবা মতমগী মী লৈরম্মী

মালেমশিদা থরাই পানবা লেংবা চৎপা ঙমবা পোৎশক্লা লৈরকঙৈদা ঙা অমদি শানা অহানবনি। য়া ওন কয়াগী মতুংদা মী ওইরকখি। চারলেস রোবরত দারবিননা (ইং ১৮০৯-১৮৮২) এপ্তগী মী ওইরকখিবগী অচেৎপা ব্রাখললোন্ উৎলি। মী অমসুং য়োংজাওশিংগী হৌরকফম পা-পূ তিন্নবগী ব্রা ফোংদোকই। ইনজেল্সনদি অসুম্না হায়ঃ " Labour created man himself "।[১]

মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদসু মতাংশিবু ঙমুনা মিতম্না, হঙোইনা কুমদম্না, মী মরাম ওইনা শাইওনবা হায়না শিংথাই।[২] য়োং অমসুং মীগী হৌবকফম পুকোকশি প্রোপলিওপিথেকুস হায়না খঙনৈ। চহি মিলিয়ন ৩০ গী মমাংদা লৈরম্মী। য়োংদগী মথং মথং মী ওইরকখিবা ইজিপতা লৈবা য়োংজাওবু "Aegyptopithecus " হায়না খঙনৈ। য়োং অমসুং মীগী খেন্নবশি খুৎশু-খুৎলাই শেম্না শাবা ঙম্না ঙমদবগী ব্রাফমথকতনি। অশিগুম্না য়োংজাওশিংগী fossils ইং ১৯২৪ দা খা-অফ্রিকাদা ফংখ্রে।[৩] তাইবং মী লৈবকঙৈদা মীওইবনা উহৈ-ব্রাহৈ, মনা-মশিং, শা-ঙা অহিংবা ওইনা চারম্মী। মতুংদা মৈ শিজিন্নবা হৈরকলবদা মৈ চংবা পোৎ চারকখি। ব্রাফমশি Lungkushan নত্রগা Dragon Bone Hill দা লৈরিবা চীনাগী খ্লাইদগী অরিবা মীরোনশিংনা লৈরম্না শুরুংদা ফংবা উৎপুংগী লৈবোলনুংদা শাগী কাহৎলবা শরু ফংখিবদুনা অচেৎপা থাজবা ঙসিগী মীরোন্দা পীবা ঙমখ্রে। মালেমশিদা মীওইবনা ইহান্ হান্না মৈ শিজিননখিবশি চীনাগী অরিবা মীরোননা লৈরম্না শুরুংশিদনি হায়না ঙসি ফাওবদি য়ানরি।[৪] মখোয়না লৈকুৎ- লৈরাইদা য়ারেকতুনা লৈ। নূং উতুপ-ব্রাতুপবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা হৌখি। মতমদুগী মীওইশিংবু নূংগী যুগকী মী হায়না

খঙনৈ। য়োংজাওদগী ওইরকপা ঙললিঙৈগী মীশিংনা শিজিন্নরম্বা নূংগী খুৎলাইশিং অফ্রিকাদা, ফ্রান্সগী " মেনতোন " দা, রোমানিয়া গী " বুজিউলেসতি" দা, চিনাগী নিহোৱান দা, য়ানগয়উন লৈবাক্তা, হোপৈ লমদমদা, হসিহৌতু খুঙ্গংদা, জুইচেং লৈবাক্তা, শানসি লমদমদা ফংবা ঙমখ্রে। অদুনা ঙসিগী তাইবং মীশি অফ্রিকা ,ইউরোপ অমসুং এসিয়া মহাদেশশিংদগী হৌরকই হায়না লৈবাক মীয়াম্না য়ানরি। [৫]

মনিপুরসু এসিয়া মহাদেশগী মনুংদা লৈবা লৈবাক মচা অমনি। মী থোকলকফম, মী পোকলকফমবু " মিরা পোংথোকলম্ " হায়না মনিপুরগী অরিবা লাইরিকশিংদা শৈথানরি। কৌব্রু- চীং, থাংজিঙ চীংজাও, সিরোই চীংবু মিরা পোংথোকলম্নি হায়না শিংথানৈ। [৬]

মনিপুরগী চীংগী লমদম খরদা অরিবা মতমগী মীওইশিংনা শিজিন্নরম্বা খুৎশু-খুৎলাই কয়া ফংবগী অচেৎপা ৱাফম্ লৈ। থাংখুইগী শুরুংদা অমদি তেংনৌপলগী মফম খরদা মরুওইনা ফংই। [৭]

" থাংখুই " শুরুংদা অরিবা নূংগী যুগগী মী লৈরম্মী। থারোন শুরুং অমদি নাপাচিকগী লমদমদা অনৌবা নূংগী যুগগী মীরোনশিং লৈরম্মী। [৮]

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ—

(১) চীঅ লান পো, " দী কেভ্ হোম্ ওফ্ পিকিং মেন " ; ১৯৭৫, লঃ ১৮।
(২) তোম্বী মুতুৱা, ইম্ফাল্ ,- ভোলুম্ ১ ; ১৯৭৫, লঃ৪৬।
(৩) চীঅ লান পো, " দী কেভ্ হোম্ ওফ্ পিকিং মেন্ " ১৯৭৫, লঃ ১৯.২০।
(৪) Ibid লঃ ৩৭।
(৫) Ibid লঃ ২০।
(৬) নরেন্দ্র মোইরাংথেম্ " মৈহৌরোল " , উমং - লাই খুন্দা ১৩/১৪ শুবা মশিং, সম্পাদক চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৮৩ লঃ ২৪।
(৭) তোম্বী মুতুৱা, ইম্ফাল- ভোলুম্ - ১ ; ১৯৭৫, লঃ ২।
(৮) গাংমুমৈ কবুই, হিস্টরি ওফ্ মনিপুর, ভোলুম্ ৱান- ১৯৯১ লঃ ৪৯, ৫০, ৫১।

## অহুমশুবা তান্নক্

# লৈশেমগৈগী ফিজৈৎ- লৈতেং

*(অরিবা ৱারী লৈশেমলোনগা মরি লৈননা নৈনবা ফিজেৎ লৈতেং)*

তেংবানবা অসিনা হৌরকপগী হৌরকলোনশি তাংকক্ মরি থোকনা লৈ ।

(১) কোহংকো - লৈহৌ-নোংহৌগী মতম্ ।

(২) থোইহংকো - য়েলহৌরকপগী মতম্ ।

(৩) তয়োহংকো - মমি তমলকপা মিহৌরোনগী মতম্ ।

(৪) পয়োহংকো - মী ওইরকপগী মীহৌরোনগী মতম্ ।[1]

কোহংকোগী চহি তাংককশিদা লৈরমবশি লাই ওইনা লৌনৈ। মাদু চীঙ্গু মপুরেন শিদবা হায়না খঙনৈ । থোইহংকো, তয়োহংকো, পয়োহংকোদা লৈরমবশিংবু পাখংবা, কোরৌহনবা অমদি কৌবরেন হায়না খঙনৈ।[2] থোইহংকোদা পাল্লম্বা পাখংবশি কোঞ্জিন পাখংবা হায়নসু খঙনৈ।[3]

মালেমগী লৈমায়দা মীওইবনা হেক অহানবা লৈবকপদা ফি-শিজিননরমদে । চক থাইদ্রিঙৈদা থক্কী মতমদা নুপা -নুপী ফি শেদ্রে । মচু মঙাল্লা ফি ওইনা শেংলি।[4] মীওইবনা ইকাই ইক ফাওবকলবদা মশাদা লৈখোম লৈনাং তৈশিনবা নত্রগা খুংশা তরানা ইকাই হংগোইরবা মফম অদু খুমাজিনবনাচিংনা তৌরকখি । চীঙু মপুরেন শিদবনা লৈবাক ৱায়েল ফম্বাল মচানিপা অতোম্বা কোঞ্জিল তুথোকপদা শিন্নরমলগা থুপখ্রে । মচানিপা অতোনবশিনা " পাখংবা মিংথোন ফংনা নিংথৌ ফম্বাল কাখি ।

পাখংবনা ফম্বান কাবদা শেংখিবা ফিজেৎতি ময়াম্বুং ইবুঙো " অশিবা " (অচিবা) লাইনিংথৌ সনামহি মিংথোন ফংখিবনা মালেম নোংখোং কোইবদা শেংখিবা ফিজেৎতুনি । ফিজেৎ অসিগী মওংদি খ্বাংদা মরি অমা কোইনা ফাবা, মাংলোমদা পাকতক্লা কৌনা খনথবা তুং কুপতবা অসিনি।[5] অশিবা অমদি কোঞ্জিল

তুথোকপগী মতমদা মখাংলি লাইখ ন, নিংগ্রি অমসুং নামৈয়েপ্তুবী অকোয়বী মতেক হায়না খঙনবা ফিজেৎ খরশি শিজিন্নবা হৌরে।[৬]

লশিং অমদি লংন-চিংবা শকখঙদ্রিবৈঙে অমসুং পুথোকত্রিবৈঙেদা অহানবদা ফক্ শাবগুম শেম্বা ফিজেৎ মীওইবনা শিজিন্নরম্মী।[৭] এসিয়াগী খা-নোংপোক থংবা ঈথৎ লম্দা য়েলহৌঙৈদা লৈরম্বা মীওইশিংনা ফি শাবগী ব্রাখললোন লৈত্রিবৈঙেদা মশিং মফোন থোকপা উকৃবু উতুপ্না(লংঙজৈ)য়ৈ-য়ৈদুনা ফুজিন্দুনা থেকতোক্ থেকচি য়াবা অপাবা পোৎশক ওইনবা শেমলম্মী । মদুবু ফিগুম্না শিজিন্নরম্মী।[৮] ইজিপ্ত, ইউরোপ-নচিংবা লমদমদা লং শিজিন্নদ্রিবৈঙে, লিমোন পাম্বীগী মশিং লৌরগা ফিগুম শেমদুনা শিজিন্নরম্বগী ব্রারীসু লৈ।[৯] Anatola লৈবাক্কী Catal Hiiyiik লমদমদা ফংখিবা মীগী কোক্কী শরু পোলাংদা খৃষ্ট মমাং ৬-শুবা মিলিনিয়ম চহিগী লং মতৎ য়াওরম্বগী খুদমসু লৈখ্রে।[১০] মোইরাং থাংজীংবু চীংগী অথোইবনি হায়দুনা চীংউ থাংজীং হায়না কোলোইনৈ। মশা পুম্বা লৈশংনা যেৎশিংন্দুনা ফিজেৎকুম লৈতেংখি। মমৈথংদা চীংদগী কুম্লগা মোইরাংগী অহানবা নিংথৌ ওইখি।[১১]



The Sikpui Ruoi festival of the Hmar community at R&D Wing Lamphel
Source : The Sangai Express, 10th Nov., 2002

লমদমশিদা(মনিপুব) পাখংবনা (কোম্ভ্রিল তুখোকপা) নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা লাইনুরা তরেৎকী মনুংদগী হৈরোং লৈমা ফিঙম্বীনা নোংপোক চীংখৈদা লৈদুনা খ্বাংদা ফনেক শাবা হোই।[১২] মীওইবনা ইকাই ঈকি ফাওবক্লবদা লং অমসুং ফি শেম্বা শাবদি হৈত্রিবৈঙে, উনা-ব্লানা অমদি শা মউন্না হকচাংগী শরুক খরা য়েৎশিন-খুমজিনবনা মীওইবগী অহানবা ফিজেৎ ওইফম থোকই ।

Hungary গী Sopron লমদা, ফংখি বা অরিবা চফুদগী খৃঃ মমাং ৬ শুবা চহি চাদা Hungary দা খ্বাংদা ফি শাবা চৎনরে খঙবা ঙমখি। খৃঃ মমাং ৫ শুবা চহিচাদগী গ্রীসগী লমদমদা খ্বাংদা ফি শাবগী থবক লৈরে হায়বসু গ্রীসতগী ফংখিবা অরিবা চফুদগী খঙবা ঙমনখ্রে। [১৩]

অঙনবা অমদি ময়াইচনবা মতমগী নুংগী যুগকী মীওইশিংনা শা-মউন্না ফুরিৎ ওইনা শিজিন্নরম্মী হায়বগী অচেৎপা খুদম Europe গী মনুংচনবা Italy গী Burma Grande অমদি অতৈ অতোপ্পা মফম খরদা ফংখিবা অরিবা পোৎচৈদগী খঙবা ঙমনখি। [১৪] মতমদুদা শিজিন্নরম্বা ফুরিৎশি থবাক খায়দোকতে হায়বসু Moscow দগী কিমিঃ ২১০ (মাইল ১৩০) চৎলগা Sungir হায়বা মোংফমদগী ফংখিবা পোৎ-চৈদগী মখা তানা খঙবা ঙমখি। [১৫] "ফনেক" হায়বা ৱাহৈশিগী ৱাহনথোক মখাগী অসুম্না লৈখিদ্রবা সলাম ৺চন্দ্রশিং পণ্ডিৎ থাঙ্গদা লৈবা ওঝানা পীবিরম্মী। মালেম ইমা্য লৈমরেল শিদবীবু "ফা" কৌএ। তেংপানবদা লৈরিবা মালেমগী মথকতা লৈরিবা পোৎলম খৈপিকপু হায়বদি অচৎ-চত্তা লেংলি পাললিবা খোংলি লাওরিবা খৈপিকপু অনেকপা ঙাহাকতনে। মতম ওইরকলবদা "ফা" কৌবি ইমানা ঙমনমক ফাজিনখিগদবনে। মরম অসি লৈবনে। কোলোই "ফানেক" কৌবনে। মৈতৈ/মীতৈ ফানেক্তা মরাক তাইরগা শেৎলিবা অসি অচম্বা নত্তে। কোরৌ মালেম্বু তাইবনি। মরাক তাইবা ফিবু শেৎপদি পোইরৈ মৈতৈ/মীতৈ লৈবাক নত্তনা মালেমদা অনি শুরমমোই। লৈপাক অমগা লৈপাক অমগা শক খঙনবা ফিৎশেৎতি নুপীতনা তাক্কদবনে। মরম লৈবনা "ইমা লৈপাক ইপু লমদম" হায়না খঙনৈএ। তাইবং পানবদা লৈরিবা নমু মীবু ওইবশিংসে মমা ওইবীগী ফনেকনা য়োমদুনা য়োকখিবনি-চাওখিবনি। পলেম ইমাগী চরৈ ফনেক কৌববু কনাগুম্বনা (কুরুশিংনা) পারী-চাওদা লাংকোললৈ মমোম শাংদা নাওয়োকলৈ হায়না তেংথানৈ। ফানেক্তি খয়োমলোনগী মনুং চনবনে।

করিগুম্বা পোৎ অমা য়োমশিনববু খয়োম কৌই। নুপী ওইবীশিংনা খাগী শরুক খুমজিন্নবা শেৎপা ফিবু "খনেক" কৌই। পোইরৈতা ফাথিবনা

ফনেক কৌনখি।[১৬] লমদমশিদা লাইরেম্বী "চিত্নু-অমিত্নু" না লশিংদগী লং শেমদুনা ফি শানবা থৌরাংখি।[১৭]

## মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং : —


(১) তোমচা মোইরাংথেমচা, " লৈহৌ নোংহৌ ১৯৮২, লঃ ২,৩।

(২) মেরামচা চোংথাম্, " লৈশেমলোন অরিবা ", ১৯৪৭।

(৩) কোক্ঙাংসনা রাজকুমার, " কংলৈ লংবা পাখংবা ", ১৯৫৫, লঃ ১।

(৪) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং ", ১৯৭৪, লঃ৫৫।

(৫) কুলচন্দ্র ঙারিয়ানবম্, সনাকোনুং পণ্ডিদ অচৌবা (১৯৯১-৯২) না ফোংদোকপিবা রাখললোন।

(৬) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং" ১৯৭৪, লঃ ৩৭।

(৭) রাখাল কৃষ্ণ মন্দন অমসুং মিনেনদরা নাথ, " ইলেমেন্টস ওফ প্রি হিসতোরি" ১৯৩৬, লঃ ৪৫।

(৮) Frances M. Clapham, " Evolution of Mankind " Printed by Vallardi Industrie Grafiche Milan, Italy, Published by Galley Press Eingland, 1983- P- 126.

(৯) Ibid P-98.

(১০) Ibid PP.

(১১) ডাঃ কীর্ত্তি মোইরাংথেম, " মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা" ১৯৭৭ লঃ ২২।

(১২) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং ", ১৯৭৪ লঃ ৫৫।

(১৩) Frances M. Clapham, " Evolution of Mankind ", 1983- P- 98.

(১৪) Ibid P-84.

(১৫) Ibid PP.

(১৬) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪ লঃ৫৬।

(১৭) Bandana, " Manipur Handloom " Sovenier, International Cultural confernece and festival 1991, Imphal, India; Singh N.T. ( Chief Ed.), 1991, P - 20.


---

## মরিশুবা তান্নক

# অহানবা চকতা শিজিন্নখিবা ফিজেৎ

হংকো মরিশিগী মথংদা তেংবানবশিদা লৈবা মীরোনশি তান্নক মরি থোক্লা খায়দোকই। তান্নক অমমম্বু " চক" হায়না খঙনৈ। চকশিংদুদি মথংশিংনা হয়িচক, হয়াচক ( খুনুংচক), লাংবচক অমদি কোনচকনি।[১]

হয়িচকতা লমদমশিদা পাললমবা মী কাংলুপগী মনুংদা নিংথৌ " কাঙপা " সু লুচিংবা অমনি। নিংথৌশিগী লৈমগী মিংনা " তরিৎনু " কৌই। কাঙপনা কৌবু চীংগী সুরুঙ অমদা পোকখি। লৈমা তরিৎনুনা নোঙপোক লৈহৌচিং (নোংমাইজিং চীং) দা পোকখি। নিংথৌ কাংবগী মপাগী মমিংদি তাঙচ- লিলা পাখঙপা কৌই। লিলা পাখঙবশি লৈহৌ নিংথৌগী মচা নুপী " শিনবি লৈমনা " পোকপনি। লৈমা তরিৎনুগী অপোকপীগী মিংদি " নোংপোক নারংসুচা " কৌই। চেংলৈ নিঙোল "লললৈমা" না পোকপীনি।[২] মতমশিদা ঙাতি ঙারিয়ান চিংতা তোংনা পাললময়ে। শাতি শায়ালতা য়াললময়ে। ফিতি চিংপাথিত' পাললময়ে লশিং কৌনা।[৩]

রাহৈশিগী রাহনথোকশি চীংদা হৌবা মকু পানা থোকপা য়াবা উ ওইনা পী।[৪] উদুগী মকূনা হকচাংদা শেৎচিনবা, য়েৎশিনদুনা ফিগুম শিজিন্নবগী রাফম ওইগনি।

কাংবনা পানবা মতমদা লশিংবু লোনলৈ হায়না খঙনরম্মী অমসুং ফি ওইনা শিজিন্নরম্মী।[৫]

অফ্রিকা অমদি এসিয়াগী লমদমদা অনৌবা নুংগী যুগকী মীওইশিংনা (৭০০০ বি. সি.) কালেন থাগী নুংশিৎতগী ঙাকথোক্লবা উকূনা মরোন-মরোন নাইনা শেমলবা ফিজং শিজিন্নে।[৬] ফি লৈত্রিঙৈ নত্রগা ফিগী পোৎথোক য়ামদ্রিঙৈ

উকৃবু ফিগুম শিজিন্নবগী ৱাফমনি। কাঙবনা পানবা মতমশিগী ফিজেৎতি লোল্লেনে।[৭] লোল্লেগী ৱাহনথোকশি চোম্না শাবা শমজিরৈ হায়না থেংনৈ।[৮] লোল্লে চিনবা হায়নৈ। শমদা নপশিন্দুনা ফাজিন্দুনা লৈ চিনবগুম, থেৎপগুম শিজিন্নবগী চিনবা কৌবনি। নিংথৌগী কোক্তা হাপ্তুনা চিল্লি। হিয়াং তান্নবদা নিংথৌনা তেংমায় লেপ্লবদি নিংখম শমজিনগী মহুৎতা লোল্লে চিল্লি।[৯] হিয়াং তান্নবগী ৱাফমনা য়াম্না থেংথরবা মতমদা ওইরগসু, লোল্লে চিনবগী চৎনবীদি লিরবগী ৱাফম ওইগনি।

অদুগা কোকয়েৎ মখলদসু লোলৈ হায়বা ৱাহৈশি থেংনৈ।[১০] ময়েকতি খরা খেন্নৈ। "কোকয়েৎ লোল্লে" ময়েকশিমক থেংনৈ।[১১] অদুনা লোল্লে ফিজেৎশি কোক্তা থেৎচিনবা, য়েপশিনবনা মপুং ওইবা তাই। নিংথৌ কাঙবনা পাললমএ হায়বগী কাংঙাপুংও তৌনা কৌএ।[১২] কাংবগী মথংদা মচানিপা কঙ্কোইনা (কোইকোইসু কৌই; মোরিয়া ফম্বালচাসু কৌই) নিংথৌ ওই। মতমশিদসু ফিদি চিংপাথিকি লোল্লে লশিংনো শেৎপদি তাপুল ওইনা শেৎলে।[১৩] করিগুম্বদসু অসুম্না হায়নৈ। মতমশিগী ফিজেৎতি "মৈমু তোমশোন্নৈ"।[১৪] কৌনা তাশিনদুনা শেৎপা, মাংগী শরুক্তা মপুং ওইনা কুপ্পা খনথবা, তুং কুপতবা ফিজেৎকা চাওবাকপা মান্নবগী মওংনি। অসুম্না অহন-লমননা তাকপি। হয়িচকতা পালখিবা নিংথৌশিংবু "তাংজ লিলা পাখংবা" হায়না খঙনৈ। খুনুংচকতা পালখিবা নিংথৌশিংবু "লৈনুং লোঙ্গা পাখংবা" হায়না খঙনৈ। লাংব চকতা পালখিবা নিংথৌশিংবুনা "লোলাং পাখংবা" অমদি কোনচকতা পানখিবা নিংথৌবুনা "নোংদা লাইরেল পাখংবা" হায়না খঙনৈ।[১৫]

### মতেং লৌথিবা লাইরিকশিং :-


(১) তোমচা মোইরাংথেমচা, "লৈহৌ নোংহৌ" ১৯৮২ ল: ৫৬ অমসুং মেরামচা চোংথাম্, "লৈসেমলোম অরিবা" ১৯৪৭।

(২) অঙৌ লুৱাং নোংথোনবমচা, "নিংথৌ কাঙবলোন" ১৯৭৬ ল: ১।

(৩) নিত্যাই লাইশ্রম, "হুঁ নিংথৌ কাঙপারোল" ১৯৮২ ল: ১।

(৪) অঙৌ লুৱাং নোংথোনবমচা, " নিথৌ কাঙবলোন " ১৯৭৬ লঃ ২।
(৫) ফোনিনদ্রো খুমহ্নেমচা, "The Origin and Growth of Sericulture in Manipur " Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organiser, Manipur, 1984, P- 49.
(৬) "Evolution of Mankind " Frances M. Clapham (Ed.),Printed by Vallardi Industrie Grafiche Milan, Italy, Published by Galley Press Eingland, 1983- P- 80.
(৭) ইবোতোম্বী চোংথাম, " মৈতৈ পোইরৈ ফিজেৎ লৈতেং "; Seminar paper on " The Ancient Dresses & Customs of Kangleipak (Manipur) " Imphal, 1988-P-2.
(৮) ভোগেশ্বর ওইনাম্, " লোয়ন-শিন্‌লোন্ " ১৯৬৭ লঃ ১৬।
(৯) গৌরচন্দ্র ব্রাহেংবম্ ইতিহাসনা তেংথাবা, ইং ১৯৯৫, লঃ ১১৭।
(১০) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং ", ১৯৭৪, লঃ ৪১।
(১১) চন্দ্রশেখর খুলেম্ " মণিপুরগী আদিবাসীশিংগী খুৎ-শা হৈবগী থবক ", উমং লাই খুন্দা, মশীঙ ১, চন্দ্রশেখর খুলেম (Ed.) ১৯৭৮ লঃ।
(১২) অঙৌ লুৱাং নোংথোন্‌বমচা " নিংথৌকাঙবলোন্ " ১৯৭৬ লঃ ১।
(১৩) নিতাই লাইশ্রম, " হুঁ নিংথৌ কাঙপারোল " ১৯৮২ লঃ ৪।
(১৪) ইবোতোম্বী চোংথাম্, " মৈতৈ পোইরৈ ফিজেৎ লৈতেং ", Seminar paper on " The Ancient Dresses & Customs of Kangleipak (Manipur) " Imphal, 1988-P-2.
(১৫) মেরামচা চোংথাম্, " লৈসেমলোন্ অরিবা " ১৯৪৭।

## মওাশুবা তাক্তক্

# মনিপুরদা তরেং কপত্রেং পুথোকখিবা মতম

লাই পাখংবনা (কোঞ্জিল-তুথোকপা) লমদমশিদা ইহান হান্না তরেং শাদুনা ফি শাবদা চংবা খুৎলাই অমা ওইনা পুথোকখি।[১]

কলি কুমশিং ৩২৪৫ দা ইরেম নাওশং খুচাগী মচানিপা নোংপাল য়ুচেংবগী মতমদা তরেং কপত্রেংনচিংবা লমদমশিদা পুথোকখি।[২]

নোংপাল য়ুচেংবশি পোইরৈতোনদগী নিংথৌ (মীরোন) ৩/৪ চৎথরগা পাল্লম্বা, লৈরম্বা মীরোননি।[৩] পোইবৈতোন নোংদা লাইরেল পাখংবগা শমান-লেংমান্নবা চহি লেংগা ওইবা মীনি।[৪]

নোংদা লাইরেল পাখংবা কোনচকতা ইহান হান্না (মনিপুরদা) পানখিবা নিংথৌজা শলাইগী নিংথৌনি।[৫]

মথক্কী ৱাফমশিংশিনা কোনচক্তা নোংদা পাখংবগী মতুংদা লমদমশিদা তবেং কপত্রেং পুথোকখি হায়বনি। অদুবু নোংদা পাখংবগী হেক মথংদা পানখিবা নিংথৌ, খুযোই তোম্পোকক্কী মতমদা মখল মখা কয়াগী ফি শারে। পনবা যাবদা নমথাং খুললক।[৬] নমথাং খুলৎসু হায়নৈ।[৭] পুনুং রানফক ফি।[৮] " পোইরৈতোন্না মোইথাপ লশিং য়োনলমই হায়দুনা লোইপী মোয়োল খুললেন কৌনখি।[৯] মোইথাপ নাইবা হায়বদি তরেং শিজিন্নদুনা লশিং মপোপুগী লং চিংথোকলকপনি। মথক্কী ৱাফমশিনা তাকলিবদি লশিং অমদি তরেং য়োনলমই হায়বা নত্রগা মোইথাপ নাইদুনা লং শেম্বা যাবা লশিংথক পোইরৈতোন্না খুনথোকলকপদা লম মথং - মথং ফাওরকপদা চীংলমদম অমদা য়োনলম্লগী ৱাফমনি। চীংলমদমদু বু লোইপীমোয়োল খুললেন্ন কৌনখিবগী ৱারিনি। অদুবু নুপীলক্কী অথোইবী, থোইদোক হেন্দোকপা মতিক ময়ায় চেনবী, অদুমক্কা

লাইরেম্বী অমা ওইনা লৌরিবী "পান্থোইবী" না তরেং শিজিন্নদুনা লংচাক চাকপগী অচেৎপা ৱারী শিনবুনসু লৈ।[১০] পান্থোইবীনা হুইত্রি অহানবা ওইনা লমদমশিদা (মনিপুরদা) শাখি।[১১] হুইত্রি, লশিং মরু লৌথোক্লগা মদুগী মতুংদা মফোন থোক্লবা লশিং কাপোন্দা লাশিংদু কাপথোক্লবা লিরুং মানবা (চপ্মক্ মান্নদে) খুৎলাই অমনি। পান্থোইবী মঙাং শাগেগী নিঙোলনি।[১২] মাবু "সাপাইবা" নিংথৌগী নুপী ওইনা লুহোংনবা হায়নবদা য়াখিদে। সাপাইবা লাংবচক্কী অরোইবদা পানখিবা চেংলৈ সলাইগী নিংথৌনি।[১৩]

"লাইনিংথৌ মারজিং" চেংলৈ সলাইগী লুচিং পুরেন অমনি। লমলক্কী শগোল ফাদুনা মীগা লোলদিন্নবা (লোইনবা) য়াহন্দুনা মখল কয়াগী থবক্তা শগোল শিজিন্নবা লাইনিংথৌশিনা অহানবা ওইনা লমদমশিদা হৌদোকলমই।[১৪] মারজিংগী ফিজেৎতি অঙাংবা শেৎলে। ইনবসু অঙাংবা ইল্লি। কোকথোনশু অঙাংবনি।[১৫] লাইনিংথৌশিংগী মতমদা ফি মখল কয়া শেৎলবা শারবগী ৱাফম তাকলে।

অদুনা নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ, পোইরৈতোন্না খুম্হোকলকত্রিঙৈগী মমাংদা লাংবচক্কী মীরোনগী মতমদা লমদমশিদা (মনিপুর) তরেং কপত্রেংনচিংবা শিজিন্নরে।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :—

(১) Bandana, " Manipur Handloom " Sovenier, International Cultural confernece and festival 1991, Imphal, India: Singh N.T. ( Chief Ed.), 1991, P - 20.

(২) ইবোতোম্বী চোংথাম, মৈতৈ পোইরৈ ফিজেৎ লৈতেং Seminar paper on " The Ancient Dresses & Customs of Kangleipak (Manipur) " Imphal, 1988-P-2.

(৩) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি, ইম্ফাল ; " শাগৈ শলাইরোল ", ভোগেশ্বর ওইনাম (Ed.), 1982, P - 23.

(৪) মীনকেতন অশাংবম, " অন্দ্রোগী মৈ ", অপুনবা ৱারেং, মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল, মণিপুর, Dr. Babu I.R. (Gen Ed.); 1986, P- 166 .

(৫) মেরামচা চোংথাম , ' লৈসেমলোন অরিবা ' ; ১৯৪৭ ।

(৬) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " , ১৯৭৪ লঃ৪৮ ।

(৭) গৌরচন্দ্র ৱাহেংবম, ইতিহাসনা তেংথাবা, ইং ১৯৯৫, লঃ ১৩৫ ।

(৮) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, " চাদ লাইহুই " ১৯৬৬ লঃ ১।

(৯) চন্দ্র মোইরাংথেম্ , পোইরেতোন খুন্থোক , ইং ১৯৭৯, লঃ ৪৮ ।

(১০) চন্দ্র মোইরাংথেম্ , " পান্থোইবী খোঙ্কুল " ১৯৬৩, লঃ ৬৪ ।

(১১) চন্দ্রশেখর খুলেম্ , " মৈতৈ অরিবশিংগী খুৎ-শা হৈবগী থবক " ; ফিদম ৱারেং অহানবা চন্দ্রশেখর খুলেম্ (Ed ), ; ১৯৮৪ লঃ ৪৮ ।

(১২) Gangmumei Kabui, " History of Manipur " Vol. I , Printed at Saraswati Printing press, New Delhi. Published by National Publishing House, New Delhi. 1991 -P-82

(১৩) মেরামচা চোংথাম. " লৈসেমলোন অরিবা " ১৯৪৭ অমসুং তোমচা মোইরাংথেমচা, " লৈহৌ-নোংহৌ " , ১৯৮২ , লঃ ৫৪ ।

(১৪) লোকেন্দ্র অরাম্বম, " The Art of Horsemanship in Manipur ". Souvenier . International Cultural Conference and Festival, 1991, Imphal, India, Singh N.T ( Chief ed.), 1991, Imphal. P-1.

(১৫) গুলামচাৎ অমাকচম্ " চাদ মচন শুবা ", ১৯৭৬ লঃ ৩৫ ।

---

## তরুকশুবা তাঙ্কক্

# লমদমশিদা ফি শাবা হৌরকপা

মঙাং সলাইগী থোইদোকপা মতিক ময়াই চেনবী চনুরা , পাম্ভোইবী" না মনিপুরদা অহানবা ওইনা ফি- শাবা হৌদোকখিবগী ৱারী থেংনৈ । মিনা মহুম মিরাং শাবা উরুবদগী পাম্ভোইবীনা লং শেম্বগী অমদি ফি শাবগী ৱাখল লংলা লংজিন পুথোকলকতুনা ফি শাবা হৌখি।[১]

মিনা মশাগী পুক্লুংদা gland খরনা মুগা-লং থোকহললি । মসিগী মুগা লংশি fibrous protein নি । মিগী নুংগী gland মনুংদা মুগা-লংশি লিকলাই মহি (Liquid Crystal) ওইনা লৈ। মিগী মুগা লংশি ঈশিংদা তুম্বা ঙমদে। মিগী মুগা-লংশিনা খ্বাইদগী কনবা মহৌশাগী লং ওই (natural fibre) । মিগী মুগা লং -চিংথোক্লবা নাইথোক্লবা মরিন হোবা মশাগী তোংশা লৈজে । মি অয়াম্বগী উতোংগুম্বা তোংশাশি মশিং ৬ (তরুক) লৈ । মুগা লং মহিশিনা থোকফম gland দগী উতোংশিংশি ফাওদুনা চেম্ভোরকই। অদুগা মখোংনা উতোংশিংশিদগী চিংথোকই । মি অমনা " মুগা -লং " মখল মঙা থোকহললি । (১) মহুম - লং (Cocoon), (২) মিরাং -লং (Web silk), (৩) য়ুশিন্-লং (Anchor silk), (৪) ফান-লং (Catching silk) অমসুং (৫) পরিং-চিংনলং (Dragline silk) । অদুগা মি মখলশি চাওরাক্লা লিশিং ৫০ দগী লাক্ষ অমরোম শুই ।[২]

পাম্ভোইবীনা অহানবা ওইনা তরেৎ ফিশা তমই । লোয়নননা চরৈ লাকয়েন তাইবা (ফি মরাক তাইবা ), শিংদুমনা পুম্লিং হনবা হৌদোকখি । পাম্ভোইবীনা শারম্বা মশক নাইবা ফিশিংগী মনুংদা তোংকাপ ফনেক (তোঙ্গা ফনেক হায়না খঙনবা) মরুওইবনি ।[৩]

মালেমশিগী ওইবা মিংয়েংদদি ফি - শাবগী খুংশু - খুংনোম্ ,

শিন্‌শারোন ইহান হান্না শিজিন্নখিবশি " বাসকেতরস " হায়বা লমদমদুদনি হায়না থাজনৈ । ”

## য়েলহৌউঙে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

মনিপুরদা লৈবা কুম্মৈশিংগী মনুংদা " লাইহরাওবা " শিনা অহানবনি। লাইহরাওবগী রাখললোনদি লাইনা মীগী লাঙোল লৌদুনা মীওইবগী তৌগদবা মথৌ তাকপনি । লাইহরাওবগী মথৌ মওম থৌরম পাংথোকপদা মরুওইবা থৌদাং লৌবা থৌপাংলোইশিংগী মনুংদা ইমা অমাইবীসু অমনি । ইমা মাইবীশিংনা ফিদোম চিংখৎলগা ফনেক ফিঙৌ শেৎলি । ফুরিৎ শিজিন্নদ্রিউঙে মতমদা থক্কী খুৎনা-চিংবা শরুক খরা হাংই।[২] ইমা মাইবীবু " ফিঙৌ-ইরা তানবী " হায়না মিংগৌনবশিগা চুশিন্‌নৈ। অঙৌবা ফি মৈতৈ জাতীগী ফিজেৎনি । লাইবেম্নীশিংবু শৈথারবদসু " ফিঙৌ ঈবা তাননী " বাহৈ শিজিন্নৈ । ফি অশুববু ঈশিং মনম নম্বা ফি হায়নৈ । শুদোক্লবা মোৎত্রবা অরুবা ফিবু " ফি অপানবা " সু হায় । ঈশিং মনম নম্বা অপানবা অঙৌবা ফি শেৎপা খুদিংমক " ফিঙৌ ঈরা তানবী " হায়না খঙৈ । মচুদি অঙৌবা মোৎলবা ফি অমা শেঙুনা লাকপা নুপীবু লাই ওইরবসু তাইবং মী ওইরবসু ফিঙৌ ঈরা তানবী কৌবা য়াদে।[৩]

মাইবীগী নুংগী অমদি মপানথোংগী শকতমশি লমদমশিগী ওইজবা অমদি মফমশিদগী শাগৎচবা রাখললোনগী শকলোন্‌নি, শকতমনি।[৪] মরমদুনা অমাইবীশিংনা শিজিন্নরিবা ফিঙৌ ফনেক্‌শি লমদমশিগী বাখল অমদি লৌশিংনা শাজর্বান । ফনেকশি অনাইলং, লশিংদগী শুংবা লংনা শাবনি । মীওইবনা ফি শাবা হৈরকউঙেদা শাখিবা ফিশিংগী মনুংদা পুঙৌ-ঙৌবা , ইচম-চম্বা ফিসু মরুওইবা অমনি।[৫] অদুনা অমাইবীশিংনা লমদমশিদা অঙনবা মতমদা ফিঙৌ শিজিন্নবশিনা মনিপুরদা ফি শাবা হৈরকউঙে , হৌরকউঙেগী তাঙ্ককতু (রাখললোন্দু) তাকই ।

লাই হরাওবদা " হিরী-লং" হায়দনা অখন্নবা লং অমসু য়াওরি।[৬] হরাওবদা পাংথোকইবা থবক থৌরমশিনা উৎপা লোনচৎতা, মী ওইনা পান্নবগী, লৈশেম্বদগী য়ুমলিং খুললিংদুনা চাওখৎনবা হোৎনবা থবক ফাওবা য়াওই। অমাইবীশিংনা পাংথোকপা থৌরমশিংগী মনুংদা " ফিশা জগোই" ফৌহুন অমদি

লৌলোকপা জগোই শিংথানরি। মালেম লৈতৌদুনা (পাময়ানদুনা) লশিং থাবা (লশিং মরু হুনবা), লশিং লোকপা, মোইথাপ্ তাদুনা লং নাইবা, মদুদগী ফি শাবা থোইদোক-হেন্দোকই। ফিশি খ্বাংদা শাই হায়বা তাকই।[১০] লশিং পাম্বী ভারত্তা হৌজবা লমদমশিগী পাম্বীনি। মশি ইজিপ অমদি শারপ তৌবা আমেরিকাগী মফমশিংদসু হৌই।[১১] পৃথিবীগী মনুংদা ইহান হান্না লশিং থাদুনা লৌউ-শিংউগী পোৎথোক ওইনা পুথোকখিবশি ভারতকী Indus Valley Civilisation গী চহি তাঙ্ককতা লৈরম্বা লৌমীশিংনি হায়না শিংথারি।[১২] মথক্কী ব্রাফমশিবু মরিক চুমহনবা ব্রারোন অমনা ঃ— লশিংগী ব্রাবী শিংবুন অমদি লশিংদগী লং, ফিনচিংবা শেম-শাবশি ভারতকী Indus Valley Civilisation গী মতমদগী হৌরক্লে। লোয়ননা য়েনহৌঙৈ মতমগী লং শুংনবা লশিং পানবা পাম্বিশি " Arboreum" Type হায়নৈ।[১৩] হিমালয় চীংজাওগী মশা মরেং ওইবা চীংশাং চীংলমদমশিংদা লশিং নিংথিনা হৌই।[১৪]

মনিপুর, ভারতকী নোংপোক চীদাইদা লৈবা চীংলমদমগী শরুক্তা লম্বা লৈবাক মচা অমনি। মনিপুরদসু অরিবা মতমদা চীংগী লমদা লশিং মরাং কায়না ফংলম্মী। শুথাং য়ৈনা শৈথানরি শৈশকনরি ।

"চীংদা ফীঙৌ
লমদা লমজোং
পাৎতা লাইমু " ।[১৫]

লশিং Tropical and Sub-tropical গী ওইবা ঈশিং নুংশিৎ ফংবা লমদমগী পোৎথোক ওইবা মহৈ মবোংশিংগী মনুং চল্লি। অদুগা লশিং পাম্বীনা হৌবদা চাননা-চুনবা লৈবাক লৈশাশিংগী মনুংদা Lateritic Soil, Red Sandy Loams, Alluvial, Black Cotton Soil পনবা য়াই।[১৬]

মনিপুরগী ঈশিং নুংশিংকী ফিভমশি Sub-Tropical Monsoon গী মখলনি।[১৭] মনিপুরগী লৈবাক লৈশাশি মখল অনি থোক্লা খায়দোকই।(1) Residual Soil (2) Transported Soil.অমুক মখা তানা Residual Soil

শি মখল অনি থোক্লা খায়দোকই। (1) Red Soil (2) Laterite Soil : Tranported Soil বুনা Old Alluvium অমসুং New Alluvium হায়না খায়দোকই।[১৮] লশিং পাম্বীনা হৌবদা চুনবা লৈবাক লৈশা মখল অয়াম্বা মনিপুরদা লৈজবগী ময়েক লারবা খুদম লৈবশিনা মনিপুরদা মহৌশা পোৎথোক ওইনা লশিং পাম্বী হৌজরম্বদা গুকনিংঙাই লৈতে। অসুম্না হায়নবসু লৈ ঃ— ভারতকীনা লশিং, চীনাগীনা শিঙ্ক। ভারততি মহৌশা লশিং পাম্বীগী হৌরকফমনি।[১৯] ভারতবর্ষশি লশিং পাম্বীগী হৌফম শাংফমনি হায়না য়াম্না থাজনা লৌনৈ। চহি ৪০০০ বিঃসিঃ দা ভারত্তা লশিং পাম্বী হৌরে হায়বগী ৱারোলসু লৈ।[২০] গ্রিক নিংথৌরেল Alexander না ভারত্তা লান্দারকপদা লোইনরকপা লাম্মীগী লুচিংবনসু ভারতকী লশিং পাম্বীবু "ভারতবাশিশিংনা Vegetable Wool হেকচবা পাম্বী" হায়না শৈথারম্মী। Nearchus কৌবা গ্রিক মচা অমনসু অসুম্না হায়রম্মী Wool চরোং চরোং শাৎপা পাম্বী কয়া ভারত্তা হৌই। মশিদগী ভারত মচাশিংনা অম্ভৌবা ফিজোন কয়া শেমলমই।[২১] ইংশোক ১২৯৮ দা ইংলেণ্ডদা ইহান-হান্না লশিং শিজিন্নবা হৌখি। মোম্বতিগী মৈচাক-লং (দোশী) ওইনা শিজিন্নখিবনি।[২২] মনিপুরদা, লাই হরাওবা হৌরকঙৈগী মমাংদগী লং শুংবা (লং-নাইবা), ফি-শাবা হৈরে, হৌরে হায়বশি লাই হরাওবনা তাক্লে। অদুগা অহানবদা ফিশি খ্বাংদা শাই হায়বসু তাক্লে । খৃষ্ট ২৬৪ শুবদা যোইমোংবা তাওথিংমাংগী সনা হাক্তক্তা খ্বাংদা ফি শাবশু হৌদোকখি। উখোং অনিদা চগোক পাল্লগা ৱা য়ুংশিন্দুনা শনম হাপ্লগা ফি শাবগী মওংবু খ্বাং ইয়ুং-ফিশা হায়না খঙনৈ।[২৩] মনিপুরদা খ্বাং-ইয়োং অসিদি গুল্লিঙৈ মতমদগী শিজিন্নবা হৌরক্লে। [২৪]

খ্বাংদা ফি শাবনা ইহান হানবনি। লাইরেম্বীনা শারম্বগী ৱা নত্তে। মৈতৈনা শাবা হৌবগী (মনিপুরখক্কী ওইবা ৱাফম) ৱানি। মসি কয়া কুইরবনো হায়বদা ইতিহাসনা হৌদ্রিঙৈগী ৱানি।[২৫]

ফি শাবগী মতাংদদি তেমদি, খ্বাংদা ফি শাবদা শিজিন্নৈ। খ্বাই নুংজেংবা পীবাগী মহাকথক সেম্ত্রেং নিংথৌগী মতমদা তেম শিজিন্নদুনা ফি শারে। অদুগা নিংথৌ তাওথিংমাংদি নোংদাং লাইরেল পাখংবগী মথং খুয়োই তোম্পোক্কী মথংদা

পানখিবনি। অদুনা মনিপুরদা খ্বাংদা ফি শাবা হৌদোকপশিদি তাওথিংমাংগী মমাং খৃষ্টগী মমাংদা হৌদোকখ্রে হায়বা তাই। মমৈথংদা য়োংখমদা ফি শানরকখি। য়োংখমদা ফি শাবশি থায়না য়েলহৌঙৈদা (অরিবা মতমদা) চিনাগী লমদমদগী হৌদোকরকপনি থাজনৈ।[২৬] মনিপুরদা লোয়ুম্বা নিংথৌগী (ইং ১০৭৪) মতমদা পাং-ঈয়োংদা (য়োংখম্) ফি শাবা হৌখি।[২৭] খৃষ্ট মতুং ৮৭ চহিচাদা মৈত্রবাক্তা পাংঈয়োং শিজিন্নরে হায়বা ৱাখললোনসু ফোংদোকনৈ।[২৮] নোংদা লাইরেল পাখঙবা স্রা হাক্তকতা ৱা মরি য়ুংলগা ফৈবা মরি পাল্লগা লং তিংদুনা ফি শাবা হৌখি। ফি খুৎশাশিবু পাংইয়ুং হায়না খঙনখি। চারোল মথং মথং ৱাহৈ থৈথরকপদগী মমৈথংদা " পাঙয়োং" হায়না খঙনরকখি।[২৯] নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইবা চহি ৪৫ শুবকপদা শকাব্দ অমা হৌএ। খৃঃ ৭৮ দা শকাব্দ অমা হৌখি। মৈদিংঙু পাখংবনা চহী ১২০ পাল্লমএ। শকাব্দ ৭৬ তা খুইয়োই তাম্পোক্পা নিংথৌ ওই।[৩০] অদুনা খৃঃ ৮৭ অসি নোংদা লাইরেল পাখংবনা পাললিবা মতমনি। অদুনাদি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা মনিপুরদা পাংইয়ুং (পাঙয়োং. পাংঈয়োং) পুথোকখিবশিনা হেন্না চুমই।

খুৎলোইবা হেন্নবা খল্লকপদা পাংচন্দুনা ইয়োং শারে। শিজিন্নবা য়ারে। পাংচল্লগা শাবা ইয়োংনি হায়দুনা পাংয়োং কোই। মওং অসিদনা খ্বাংনা শাবদা চংবা তেমগী মহুত্তা শমজেংনা শিল্লে। পাংয়োংনা ফি শাবদা খুৎলোইনবা লং হুন্নবা তেম অমা শারে। লংহুন তেমশিনু "পাঙতেম" (পাঙদেম) কৌনরে।[৩১]

পাঙয়োংদা ফি শাংবদগীদি খ্বাংদা ফি শাবনা হাল্লি হায়বশি ময়েক শেংই। সুনা খন্দুনা ফি শাবদি ফি শাবগী থবক্তা খুৎলোইরবা মতুং থেংথরবা মতমদা ওইরমগনি। অহানবা ফি শাবা হৌরকপদা অৱাংবা ফৈরাদগী লং য়ানথরগা ফন্না নত্রগা লেপ্পা ফি শারম্বা য়াবগী ৱাখলল্লোন মখাদা (লঃ ২১) য়াওরিবা খুৎনম শকতমশিদগী ফংবা ঙমই। তেমগী মহুত্তা ৱাচেৎকুম্বা অমা অদুগা লংচাক হাপ্তুনা লং হুন্নবা পাঙদেমগী মহুত্তা লংতুম পিক্পা য়েৎপা চৈতেক্কুম্বা শিজিন্নবনা অহানবা ফি শাবগী খুৎলাই ওইগনি।

## য়েনহৌঁও মনিপুরদা কি শাবগী লম্



Source Columbia Encyclopedia. Vol 22,P 6725

খ্বাং অমদি পাং-ঈয়োংগী ফিশা শিনশুরোনশি পৃথিবিগী তোঙান-তোঙনবা মফমদা মাগী মাগী মরনাই ৱাখললোন্না পুথোক্ল খি।[২২] মনিপুরদা কয়াম লিবা মতমদা ফিশারোল্ চৎনরে হায়বগী পললেপফম্ খঙনবা হোৎনবদা লাই হরাওবনা পোকম অমা কাংবিবগুম তৌরি। মরমশিনা লাই হরাওবনা হৌরকখিবা মতম খঙনিংবা পোক্লকি মসিগা মরি লৈননা ৱারোন অমতং ঃ– পাহ্লোইবী অহানবদা "খাবা" সলাইগী লুচিংবা "খাবা তরং খোইনুচা"দা লুহোংখি। মমৈথংদা সেল্লোই লংমাইগী নিংথৌ "কাইরোন চিংসোমবগা" অপামনুংশিগী মরি লৈনখি অমসুং লৈমিন্নখি। চিংসোমববু "নোংপোক নিংথৌ" হায়নসু খঙনৈ।[২৩] লাই হরাওবা হৌদোকখিবগী মতাংদা অখঙ অহৈ অহন-লমনশিংনা তাকপিরম্বা খরা লৌখৎচরি।

লাইযাম্না (মতমদুগী সলাইশিংগী মচিন চৎপা লুচিংবশিংনা) নোংপোকপু (নোংপোক নিংথৌবু) লাইনিংথৌ সোরারেল (সলাইলেল্, সলাইরেল) হাপলবদা লৈ লাংদুনা হরাওখিবা অদুদগী লাই হরাওবা হৌখিবনি।[২৪]

পণ্ডিদ কুলচন্দ্রগী "মৈতৈ লাই হরাওবা" লাইবিকতা ইবা ৱারোল ঃ- অশীবনা (লাইনিংথৌ সনামহি) মালেম শেম্বা লোইরগা তাইবংপান অসিদা পান্নবা থৱায় পানবা শেম্বগী মরমদা নুংবঙন্নৱা লৈরিঙৈ চীঙু মপুরেল্ শিদবনা ময়া কাথোকতুনা পীবুকনুংদা তাইবংপানবদা পানগদবা থৱায় পানবা পূম্নমক উৎপীবা অদু উবদা অশীবনা নুংঙাইবগা লোয়ননা লাউদুনা হৌদোক্লকপা অদুবু "লাই হোই লাওবা" কৌই। মদুগী মতৌ তমদুনা মীওইবনা লাই পেন্নবা শান্নববু লাই হরাওবা কৌই।[২৫]

তরং খোইনুচাগী তালোয়্, কংলৈ (মৈতৈ) নিংথৌগীদি মচানুপী পাম্ভোইবীনা নোংপোক নিংথৌগী মফমদা চৎথ্রবদা মনেম মনুতেকপা অমসুং মকুবোক্লা শংলেন শাদুনা পাম্ভোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌ অনিবু লাৎপা হৌখি।[৩৬] অদুবু পাম্ভোইবীনা নোংপোক নিংথৌগা লৈমিন্নদ্রিঙৈ, খাবগী ময়ুমদা লৈরিঙৈদা নুমিদাং অহিং থেংলফাও মোইথাপ নাইদুনা শিনশুবগী ব্রাফম ফংই। " তম্পা " মৈতেঙঙু চনুনা খাপা মরাল য়ায়তা ব্রাইথুংলাপাতা তম্পা ব্রাংঙমলোন্তি নুমিতাং খাম্পী মৈরা মৈমৃৎতা, অহিং মিংয়েং নংউশুমতা, খোমলেল্ তুমকনতানা তরেঙ্ হুঙশোল লয় থাপলও মরিল শিং, মোংপা তাচিল্ হান্না"।[৩৭]

ঙা ফাফম্ ঈশিংখোংদা পাম্ভোইবীনা ঈল চীংদুনা ঙা ফারিঙৈ নোং চুথরকতুনা মফি চোৎতুনা ফি ফৌবগী ব্রারীসু লৈ। "তমপা ব্রাংঙমলোম পান্থোইপীনা ঙানুরোন্ শিনতা অয়াঙ ফাপী মঈন খাঙ্পু ঈনফুয় মায়রংশোন হংগেল তাইকঙ্ লাক্, পৌরা লরুক চননা লেমলৈ ঙাপৃ চোপথেম্না লাইজ ঈন্ পৃক্কাও তিললাং হাইশিংনা লেমলৈ ঙাতাপাতা "।[৩৮] অদুনা মতমদুদা ঙা ফানবা নুপী ঈল শিজিন্নরে হায়বসু তাকই। ঈল-নচিংবা শারে হায়বগী ব্রাফম উৎলি ।

পানথোইবীনা পাম্ য়ানবদা (মালেমলৈতৌবা) থবক শুবগা চান্নবা ফি শেৎ-ইন্বগী খুদম ফংই। " তম্পা ব্রাঙপ্লোন ......... চিন্ফি খানিক্ল, লাইফি খোইতোম্ল, .......... খান্লৈ লৌভায়ে "।[৩৯]

মথক্কী ব্রারোল খরশিনা তাকলি পাম্ভোইবীগী মতমদদি মখল কয়াগী ফিশা পোৎথোক শিজিন্নরে । অদুনা মতমদুদা লমদমশিদা ফিশা শিল্লমশি পরিং পথাপ নাইরে।

পৃথিবীগী ওইনা ফিশা শিললমশি খৃষ্ট মমাং চাওরাক্লা চহি ৩,০০০ (লিশিং অহুম) গী মতমদা তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী চাওখৎলমদমদা শকউৎনরে, চাওখৎলে । [৪০]

## য়েলহৌটঙে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

লশিংনচিংবা পোৎশকতগী লং শুংদোকপগী থবকশি হৌখিবা চক কয়াদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা চাওখৎলবা তোঙান্ তোঙান্‌বা মী কাংলুপশিংনা শকখঙনখ্রে, হৈনখ্রে।[৪১] লশিংদগী লং নাইদুনা ফি শাবগী থবকশি ভারতবর্ষদদি ৩,০০০ বিঃসিঃ দগী হৌখ্রে।[৪২]

মনিপুরদদি খৃষ্ট মমাং, হয়িচকতা লশিংগী চন্নফমশি নিংথৌ কাংবনা পানবা মতমদা নিংথৌশিনা শকতাকখি, পুথোকখি। নিংথৌ কাংবনা লশিং শিজিন্নবা হৌদোক্লকপা মতমদগী মনিপুরদা লশিং লং অমদি ফিগী পোৎথোক খবা লৈবা হৌরে।[৪৩]

মনিপুরদদি লাইহরাওবা হৌদোকত্রিঙৈ লাংবচক্কী মমাং, পাস্থোইবীগী মমাংগী মীবোন খৃষ্ট মমাংদা লমদমশিদা ফি শাবা হৌখ্রে হায়বা তাকই।

### *মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ-*


(১) Bandana, " Manipur Handloom " Sovenier, International Cultural confernece and festival 1991, Imphal, India: Singh N.T. ( Chief Ed.), 1991, P - 20.

(২) Kalyan Kumar De, " Spining Silk the genetic way ", The Telegraph, 24th May, 1994.

(৩) চন্দ্রশেখর খুলেম্, " মৈতৈ অরিবশিংগী খুৎ-শা হৈবগী থবক", ফিদম ব্লারেং অহানবা, ইদিটর খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৮৪, লঃ ৪৬।

(৪) Lexicon Univeral Encyclopedia vol. 19, Lexicon Publication New York, 1984, P-83.

(৫) ইবোতোন শর্মমা ফুরাইলাৎপম্, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪, লঃ ৪৮।

(৬) গৌরচন্দ্র ব্লাহেংবম্, "ইতিহাসনা তেংথাবা ", ১৯৯৫, লঃ ৪২।

(৭) Saroj Nalini Parrott, " The Religion of Manipur " Published by Firma KLM (Pvt.Ltd.) Calcutta, India 1980, P-96.

(৮) Lexicon Universal Encyclopedia, Vol. 19,1984, P-84.

(৯) চন্দ্রশিং মোইরাংথেম্ , " লাই হরাউবা অমসুং রাস" ফিদম ৱারেং অহানবা, ইদিটর চন্দ্রশেখর খুলেম্,১৯৮৪ লঃ ৫৬।
(১০) ইবিদ লঃ-৫৭।
(১১) Lexicon Universal Encyclopedia, Vol. 19, P-136
(১২) " Evolution of Mankind ", Frances M. Clapham (Ed.). Printed by Vallardi Industrie Grafiche, Milan, Italy. published by Galley press, England. 1983,P-112.
(১৩) Sethi B.L."Cotton in India", published by Indian Central Cotton Cmmittee, Bombay, 1960, P-2
(১৪) Ibid P-1
(১৫) উষা, " মুৎত্রবা পাউখোং", মচা লৈমা (অহুমশুবা চহি), ৭ শুবা মশিং, ওক্তোবর ১৯৭৪, সত্যবতী হাওবম চনু (ইদিটর), ১৯৭৪, লঃ ৬।
(১৬) "Handbook of Agriculture", P.L. Jaiswal (Chief Ed.), Published by Indian council of agricultural Research, New Delhi.1980, P-1021-22.
(১৭) Shyamsunder Singh H. " Geography" Book-II for Class X. published by BSEM. 1991,P-77.
(১৮) ইবিদ লঃ৭৫ ।
(১৯) Sethi B.L."Cotton in India", published by Indian Cen tral Cotton Committee, Bombay, 1960, P-3
(২০) The Times of India. " Directory & Yearbook" 1973,printed at the Times of India Press, Bombay, P-85.
(২১) Sethi B.L." Cotton in India", P-2.
(২২) Ibid pp.
(২৩) ডাঃ টিঃ বিঃ সিংহ, "ইচাশা নখোয় লাইরিক পাও, ইমা ফি শাগে" য়াকাইরোল (অখন্নবা চেহাপ) ওক্তোবর ২৪, ১৯৯৯।
(২৪) মুতুৱা বহাদুর, "মীতৈগী ফিজেৎ লৈতেং", হুইয়েল লানপাও, Special Issue, ২১/১/১৯৯৬, লাঃ ৪।
(২৫) গৌরচন্দ্র ৱাহেংবম, "ইতিহাসনা তেংথাবা" ১৯৯৫, লাঃ ৪৫।
(২৬) Lexicon universal Encyclopedia, vol.19,1984, P-84.

(২৭) বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নমচা, " মৈতৈনা কাব্রংনা ফি শাবা ফুরিৎ তুবা ", উমং লাই খুন্দা মশীঙ ১৯/২০ শুবা , ১৯৮৪, লঃ ৩ অমসুং মুতুম বহাদুর "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং", হুইয়েন লানপাও, Special Issue, ২১/১/১৯৯৬, লাঃ ৪।
(২৮) "Designs of Manipur Handlooms", Directorate of Industries, Imphal, Manipur, 1960, P-4.
(২৯) ডা.টি.বি. সিংহ , য়াকাইরোল অথয়বা চেহাপ, ওক্টোবর ২৪, ১৯৯৯।
(৩০) ইবুংঙোহল লাইরেনময়ুম অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৮৯, লঃ ১।
(৩১) গৌরচন্দ্র রাহেংবম, " ইতিহাসনা তেংথাবা ", ১৯৯৫, লঃ ৪৬।
(৩২) Lexicon Universal Encyclopedia, vol.19,1984, P-83,84.
(৩৩) চন্দ্রশিং মোইরাংথেম, " পাম্বোইপী খোঙ্কুল ", ১৯৬৩ , লঃ ৬১। অমসুং Gangmumei Kabui, " History of Manipur", Vol.I. printed at Saraswati printing press, New Delhi, published by National publishing House, New Delhi, 1991, P- 82.
(৩৪) চন্দ্রশিং মোইরাংথেম, " লাই হরাউবা অমসুং বাস", ফিদম রাবেং অহানবা, চন্দ্রশেখর খুলেম (ইদিটর), ১৯৮৪, লঃ ৫৯।
(৩৫) মনিহার চোংথাম, " লাই হরাওবা", অপুনবা রারেং, published by মণিপুর য়ুনিভরসিটি, কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল, মণিপুর, ১৯৮৬, লঃ১৩৫।
(৩৬) ইবিদ, লঃ ১৩৪।
(৩৭) চন্দ্রশিং মোইরাংথেম, " পাম্বোইপী খোঙ্কুল" ১৯৬৩ , লঃ ৬৪।
(৩৮) ইবিদ লঃ ৬০।
(৩৯) উদয়চাঁদ এম, " সেল্লোই লংমাইলোল ", ১৯৭৩, লঃ - ২২।
(৪০) Dr.Chowdhury S.N.,"Mulberry Silk Industry", 1984, P-3
(৪১) Dr. Shenai V.A., " Technology of Textile processing ", Vol.I, Textile Fibres, Sevak publication, Bombay 400031. P-IX.
(৪২) Columbia Encyclopedia, Vol. 22 P-6725.
(৪৩) Sagolsem Indramani, " The Origin and Growth of Sericulture in Manipur" Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organisier, Manipur,1984 P-60.

---

## তরেৎশুবা তাঙ্কক্

# লাংব-চক্তা শিজিন্নরম্বা মখল মখাগী লং অমদি ফি শাবগী থাক

কংলাগী নিংথৌ তাংজ লাংওন পাখংবনা কুপত্রেং, সেন্ত্রেং কৌবা মচানিপা অনি পোকখি। কুপত্রেংনা ময়াম্বনি।[১]

কোনশৌরেন্না লাইয়েক্ লাইখুৎ পান্নদুনা শেন্ত্রেং পোকএ।[২]

কোনশৌরেন্না লাইয়েক লাইখোং চনু পান্নদুনা কুপত্রেংনে, শেনত্রেংনে পোকএ। শেনত্রেংনা নিংথেম ওই। কুপত্রেংনা অঙোম ওই।[৩]

খ্বাই নুংজেংবা পীবানা নুমিৎ কাপ্পদা অঙোম নিংথৌ শিখ্রে। খ্বাই নুংজেংবম্ পীবনা নুমিৎ কাপখিবা মতম অদুদা লোলাং পাখংবা অসি মোইরাংদা শম্লোংলোক চীংবু লোকতা লোৎতুনা লৈখ্রে।[৪]

লাংব চকতা কংলৈদা পানখিবা নিংথৌশিংবু "লোলাং পাখংবা" হায়না খঙনৈ। অদুনদি মতমদুগী কংলৈ নিংথৌনা মোইরাংদা চেনবগা রাফমনি।

খ্বাই নুংজেংবা পীবা খাবা শলাইচানি। কংলৈ নিংথৌগী থৌ পুবা ওইনা লৈবনি।[৫] খ্বাই নুংজেংবম পীবানা তাউহুইরেং অহনবু তেন্না কাপতুনা হাংখি। মদুদা কিদুনা নুমিৎ সনা খোম্মতোননা চেলখিদুনা মোইরাংদা লোৎতুনা লৈখি।[৬] সনা খোম্মতোন নুমিৎ ওইরমদ্রে। কংলৈগী নিংথৌ সেন্দ্রেঙনি। তাউহুইরেং অহনবনা সেন্দ্রেঙগী ময়াম্বা কুপত্রেংনি।[৭]

অয়ুক নুংথিল নুমিৎকী মঙালদা শুনোমমুরগা নুমিৎদাংদা য়ুমদা পোৎথাজগদবদা, নুমিৎদাংগী মতমদসু নুমিৎ অমমুক থোকলকতুনা অমম্বা (নুমিদাং) হায়বদু লৈতদুনা পোৎথাবা ফংনদবগুম্, কংলৈদা অয়ুক নুংথিলগী নিংথৌ অমা অদুগা নুমিৎদাংদা নিংথৌ অমা নিংথৌ অনি পান্দুনা নিংথৌগী থৌ

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা কি শাবগী লম্

পুবশিং ১দি লৈবাক মীয়াম ব্বারবদা, খ্বাই নুংজেংবা পীবানা নুমিৎ অমা কাপথদুনা মাংহনবা, অয়ুক নুংথিল ১দি নুমিৎদাং খায়হনবগী ব্বাখললোননি। অশেংবা ব্বারীনা ময়াম্বুং (নুমিৎ অহন) কুপত্রেংবু হাংখিবগী ব্বারীনি।[৮]

নুংজেংবা পীবাগী নুপীগী মমিংনা "হাউনু চখানু" কৌই।চখানুবু পোকপা মপাগী মিংনা "হোদম্বা" কৌই। নুংজেংবা পীবা অমদি মাগী নুপীনা তুরেলদগী ঙা ফাবদা মপামদগী নিপা ঈল ব্বাইরুদুনা শিজিন্নৈ। মীওইবনা ঙা ফাবদা লংনা শাবা ঈল; লাংনচিংবা শিজিন্নদ্রিঙৈদা ইউরোপতা ময়াই চনবা নৃংগী যুগকী মতমদা লৈরম্বা মীওইশিংনা ঈশিং হাজিনবা মফমদা হৌবা লী মখল অমনা লাং শাদুনা ঙা ফাবা হৌখিবগী ব্বারীসু লৈ।[৯] চখানুগী মপাগী ঈলশি লৈমা (চনু) তরেৎনা থাংজা তরেৎ চংনা শাবনি।[১০]

নোংমা-নিনিদা লোইনবা শাবশি পোৎতু খোইজংবা ব্বাৎকনি। মী অমতনা শাবা ওইরগসু নুমিৎ কুইনা চংগনি । অদুবু মী তরেৎনা শুবদা মতম চংহনবশিনা তাকলিবদি ঈলদু খোইজংনা শাবা অমদি কন্‌বা, নানবা শম্না হয়রবদা ফবা ফংলবনি। হোদম্বা সেনলোই চিংদা লৈবনি। লমদমদুগী লুচিংবা (নিংথৌ) গী মিংনা কারন নিংথৌ শোকপাম্বা হায়না কৌনৈ।[১১]

পীবানা তেন শাবা লোইরগা পানজুমনবা তেন্‌কাপ তমবদা মাগী নুপীনা "তুনুং লংলা লংপুম" লংবু (লং অতাবা) খোংদা তিংলগসু লংদু পানবা ঙমনবা অমদি তৎপা ঙমনবা চাংয়েং তৌই ।[১২]

মথক্কী ব্রাহ্মশিদগী কংলৈ অমদি সেনলোইনচিংবা তম্পাক অমসুং চীংলমদমশিংদা লং শুংবা, লং থাংজিং তাদুনা অকনবা লং শাবা,ঈশিংদা শিজিন্নবদা কনাগদবা লং শেমদুনা ঙা ফানবা নিপা ঈলনচিংবা পোৎশক কয়া, পোইরৈতোন অমদি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাংদা লাংবচকতা লমদমশিদা শারে হায়বা খঙবা ঙমলে।

কংলৈ নিংথৌ সেনত্রেংবু "নিংথৌ অপানবা" হায়নসু খঙনৈ। মহাক্লা সনা লেম্বী (শনদ্রেম্বী) অমদি মমা পোকমিন্নদবী চাইশ্রা মচিন মনাও অনিবু লৌখি।[১৩]

সেনত্রেং পাখংবনা ফম্বাল তোংলবদা কোলোই মমিং থোন "নিংথৌ অপানবা" কৌরে।[১৪]

নিংথৌ অপানবগী মতমদা কংলৈ পুংদা ফিগে ফি শারে। ফিগে মুগা লংনা শাবনি।

"চৈরৈ ফিগী ফিশাখোন
তারক্তবা কোরৌসু ফন চৈশীং য়াম্লকলে।
নিংথৌ য়াম্রা তাবদা মশানৌদি চাইশ্রানা
ফিগে ইয়োং তিংদুনা মচেম্ শিম্থা খুদুং ইন
চেরৈ তেমথেং লোনগেনীগু
সুনা কাগুনা তেমলোনবা
তেমগী তেমদোন চীন্দুম্বী শিনৌ কুমলং লংলারক"।[১১]

ফিশি খাংদা শাই হায়বা তাকই।

লাংবচক্কী লোইরমদাইদা পানখিবা নিংথৌ শোপাইবগী মথংদা মচানিপা "পুথিবা" না নিংথৌ ওইখি। মচানুপী অনি পোকখি। অহনগী মিংনা "শৌবোন লৈমা"অদুগা অতোম্বীগী মিংনা "সনা খোংনাং লৈমা" কৌই। লৈমা অনিশিনা লৈবাক লৈতৌদুনা মপাগী থবকতা মতেং পাংলম্মী। নিংথৌশিনা ৱাইনু মচিলনা লাঙ্গোল শেমদুনা লৈবাক খোয়দোকতুনা লৌউবা হৌদোকখি।[১৬] লৈবাক খোয়দোকতুনা লৌ উবগী পাম্বৈ পুথোরকত্রিঙৈদা Europe গী Denmark-নচিংবা লমদমদা মহৈ - মরোং থানবগী লৈবাক তৌবদা শিজিন্নরম্বা খুৎলাইশিংদি উনা শাবা লৈতৌনবা চৈ, উগী য়োংপাক অমদি শাজিগী মশা লোংবা মচীনচিংবনি।[১৭]

নিংথৌ পুথিবশি মখুৎ-মশা য়াম্না হৈবা অমসুং পৈয়া শঙ্গাই শুবা হৈবা মীওইনি। হৈকোই লাইয়েক "হায়রিবা" কানক-ফনেক " গী ফীবান্দা হাপলিবা ময়েকশি নিংথৌশিনা পুথোকখিবনি।[১৮]

হায়রিবা ময়েকশিগী মওং মতৌনা নিংথৌশিগী হাকতক্তা পুথোক্লম্বা অদুগা ফনেক ফিবানদা ময়েকশি মাননা লোনবনা চহি খরগী মতুংদা কনাগুম্বা মীরোন অমগী মতমদা ওইরুবগী ৱাফমনি।

ফিশাবদা নত্রগা শেম্বদা ময়েক থোকপগী ময়েক্কী(নোমুনা) মওং খরা লৈরবগী রাফম পনবশিনা পোইরেতোন অমদি নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাংদা লাংবচকতা লমদমশিদা মখল মথেল খরগী ময়েক মওং থোক্লা ফি শারে, শেমলে হায়বা উৎলি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-


(১) Gangmumei Kabui, " History of Manipur" vol.I, printed at Saraswati printing press, New Delhi, published by National publishing House, New Delhi, 1991,P-65

(২) কোক্ঙাংসনা রাজকুমার, "কংলৈলংবা পাখংবা" ,১৯৫৫, লঃ ১।

(৩) লুখোই রাইহেংবম, "লাই হরাউবা" ১৯৮৯ লঃ ১৪৯।

(৪) Ibid P-10.

(৫) অমুবী ইরোম্, "লৈহৌ নাউফমলোন্" লঃ ৩৮।

(৬) ভোগেশ্বর ওইনাম্, "নুমিৎ কাপ্পা" ১৯৮৬, লঃ ২৪,২৫।

(৭) চন্দ্র মোইরাংথেম্, " নুমিৎ কাপ্পা" মণিপুরী রারেং, ভ্র. বাবু আই আর (Ed.) published by the cultural forum, Manipur, 1991, P-64.

(৮) ভোগেশ্বর ওইনাম, "নুমিৎ কাপ্পা" ১৯৮৬, লঃ ৫,১৩।

(৯) Evolution of Mankind, Frances M.clapham (Ed.), published by Galley press, England.1983,P-85.

(১০) "মৈতৈগী থায়নগী বারী খরা"। (লাইরিবশি মকোক অমসুং মমদা চেনা তৎখিরমদুনা অইবগী মিং ফোংবগী চহিনচিংবা খঙবা ঙমজদ্রে)

(১১) ভোগেশ্বর ওইনাম্, "নুমিৎ কাপ্পা" ১৯৮৬, লঃ ৭.

(১২) Ibid P-9.

(১৩) Gangmumei Kabui, " History of Manipur ", Vol.I 1991, P-66 অমসুং ভোগেশ্বর ওইনাম্ ," নিংথৌরোল-শৈরেং",১৯৬৭, লঃ ৮১।

(১৪) য়াইমা খুমল্লম্বম , " কংলা লৈয়াৎ", ১৯৮৭, লঃ ২৩।

(১৫) ভোগেশ্বর ওইনাম্, "নিংথৌরোল শৈরেং ", ১৯৬৭, লঃ ৮১।

(১৬) Gangmumei Kabui, "History of Manipur" vol.I 1991, P-64.

(১৭) "Evolution of Mankind ",Frances M.Clapham(Ed.),1983, P-96.

(১৮) লুখোই রাহেংবম্ , "লাই হরাউবা ", ১৯৮৯, লঃ ১৭১।

## নিপালশুবা তাঙ্কক

# কোনচক্ -নোংদা পাখংবগী মতমদা ওইবা ফিশা -লোনশা

সেনত্রেংগী মথংদা মচানিপা মেনচিসনা (লৈনুং অহোম্বা হায়নসু খণ্ডনৈ)না নিংথৌ ওইখি।[১] সেন্ত্রেংনা লৈনুং য়াবিরোক পান্নদুনা নোংদা লাইরেল পাখংবা পোকএ।[২] লৈনুং য়াবী য়াখা চনুবু পাখংবগী মমানি হায় ।[৩] নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাশি লৈনুং য়াইবিরোকনি হায়নসু পী ।[৪]

সেনত্রেং অমসুং লৈনুং য়াবিরোকপু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মপা-মমানি হায়বা তাকই ।

নোংদা পাখংবশিনা অহিংগী মতমদা মাইমু তোম্‌সোনগী ফিজেৎ শেৎলি। নুংথিলগী মতমদনা সমপ্রেৎ লোলয়াম্‌বা শেৎলি।[৫] মতমদুগী নিংথৌনা অয়ুক নুংথিল অমদি নুমিৎদাংগী মতমদা তোঙান তোঙানবা ফিজেৎ শিজিন্নৈ তাকপনি। মফম মতমগী য়েংদুনা ফিজেৎ হোংবশিনা মখল মখা কয়াগী ফিরোল শারে তাকই।

নিংথৌ পাখংবশিনা অরু-অহেনগী ওইনা শিজিন্নখিবা ফিজেৎশিংদি ঃ– লৈরুথক্রে, নিঙম্‌নে, ফিরেল লুসেৎ, লোম্লৈ, সমজিন লেংখাং-নচিংবনি। ফুরিৎতি কোনখা অমদি ফিহাই নিঙখমনে ।[৬]

লাইস্নানা শেৎপা ফিজেৎতি লুরেন লুচাউ, কুমসং ফানিক্, কাব্রং কানক্ , কাব্রং খাওন, ফৈসা লেংখাং-নচিংবনি। ফুরিৎনা সংপারেন (সমপ্রেৎ), ফিরেন কানক্ , থারোন ফানিক, সমজিনাসি, খানিক খাংখা, পুমথিৎ শয়বা, নায়ান, সারেন কমথাঙ, খোংলী অসিনচিংবনি। শাবদি অয়েক অখোৎ তম্না শাইএ।[৭]

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা লংথোক তীলদগী শেম্বা লংনা লোনবগী

থবক মপুং ওইনা য়াওবা ফি কয়া শিজিন্নরে। খুনুং চক্তা পাল্লম্বা "য়ানকাপ্পা" লাইনিংথৌগী মতমদা লং মখল মখা কয়া শিজিন্নদুনা ফি শারে। ফি শাবদা চংবা খুৎশু-খুৎলাই মওং কয়া পুথোক্লে (Discovered)।[৮]"

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-*


(১) Gangmumei Kabui, "History of Manipur" vol.I 1991, P-66.

(২) কোকুঙাংসনা রাজকুমার, "কংলৈ লংবা পাখংবা", ১৯৫৫, লং: ২।

(৩) Gangmumei Kabui, "History of Manipur" vol.I 1991, P-76.

(৪) Ibid - P.P.

(৫) অমুবী ইরোম্, "লৈহৌ-নাউফম্লোন", লং: ১১।

(৬) Ibid - P-39.

(৭) Ibid - P-40.

(৮) Phonindro Khumanthemcha, "The Origin and Growth of Sericulture in Manipur". Compiled by: Naorem Kunjaraj, Seri-Organiser, Manipur, 1984 P.- 49.

## মাপলশুবা তাঙ্কক্

# খুয়োই তোম্পোক মতমগী ফিশারোন

নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথংদা খুয়োই তোম্পোক্না নিংথৌজাগী নিংথৌ ওইরে। নিংথৌশিংগী লৈমা ওইনবা অঙোম সলাইগী নিংঙোলবু হায়না শিংনরম্মী। অঙোম চনু নোংমোইনু অহোংবীবু মনাই মশন অমদি অঙম অথৌ অহন-লমন থাদুনা হায়না শিংনহললম্মী। অঙোমদা মৌ হায়বা চৎপদা য়াওখিবা মনাইশিংগী মনুংদা "নুংবা থয়াংবা" অমদি "সেঙ্গা হায়হৈবা" অনিসিনি। মখোয়না অহাও অথুম অথেনপোৎ পুদুনা মৌ হায়বা চৎপদা নিংঙোল ময়ুমগী মীনা পেললদুনা নুংবা থয়াংবদা "লৈরোং য়েকপা খোই লোম্বা ফি" অদুগা হায়হৈবদা "লানফি অঙাংবা পুমসেং সেংবা" পীদুনা ব্রা লোইনখি।[১] ব্রাফমশিনা মচু মখল কয়াগী ফি লমদমশিদা মতমদুদা শাবা ঙমলে হায়বা তাকই। খুয়োই নিংথৌশিংগী মতমদা ব্রানফক হায়বা "পুনুং ব্রানফক ফি" হায়না মমিং চংলবা ফি "লাইকোকশুনা" শাখি। ফিশিংগী মতৌদি হংকোক মউন্দা য়েকলিবা ময়েক অদু মান্না ময়েক থোক্না শাবনি।[২] ময়েকশি হৈকোয় ময়েক হায়না খঙনৈ। কাব-লংনা শাবনি।[৩] হংকোক মউনগী ময়েকপু হৈকোয় হায়না খঙনবশিনা তশেং তশেংহল্লবা ব্রাফমদি হৈকোয় ময়েকশিংগী মওংশি হান্নলা, খুয়োই তোম্পোক্কী মমাংদা লৈজরমলে তাকপনি। অদুনদি ৭শুবা মতাংদা পনখিবা হৈকোয় ময়েক পুথোকখিবগী ব্রাফমদুগা মতাংশিদা পনলিবশিগা চুশিননৈ।

ফিগী মচু, লাংবগী মওং তাক্লবা লোইননা ফিশা শিল্লম্ পরিং পথাপ নাইনা চৎথনবা, অখল্লবা, ফিশা হৈবা মীবু ফিশাবগী থবক পান্নহল্লী অমসুং য়েংশিনহল্লী। অদুগা খুজিল থৌরাংসু তৌহনলি। থৌশি পুবা মীবু " ফিশা হঞ্জবা" হায়না খঙনৈ। মতমদুদা "লাইকোকশুনা" ফিশাহঞ্জবা ওইরম্মী।[৪] ফিশাহঞ্জবগী

ফমথোন লৈরমবশিনা নিংথিবা খুজিল থৌরাংগা লোয়ননা ফিশাবগী শিল্লমশি লমদমশিদা চাওখৎলমলে তাকই।

খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা "নমথাং খূলক্" হায়না খঙনবা ফি অমসু শাবা হৌদোকখি। ফিশি লিল্গী মবুক্কী অরাংবা মওং লৌদুনা শাবনি। লমহাংদা হুনদোকলুববা লিলদু অমুক খূললুবগা মওং য়েংদুনা ফিদু শাখি হায়বগী খূলক কৌই। খুৎনা হৎতুনা শাই হায়বগী খুৎহৎ কৌইসু হায়নৈ। ফিশিগী মপুং ওইবা মিংদি নমথাং খূলক হায়না খঙনরে। ফিশি মনাফি ওইনা চৎনৈ। নিংথৌসিগী হাক্তক্তা মখুৎ-মশা হৈবা "লাংগোন কুরুম্বা", "মরিং হনুবা লহাঙম্বা" কৌবা নিংথৌগী ব্রাখল্লোয় কয়া লৈরমই।[৫]

নুপীগী ইন্নফিবু নমথাং হায়না খঙনৈ।[৬]

লিলগী মবুক্কী অরাংবা মওং লৌদুনা; নমথাং খুৎহক লংজম অমদি মুগানা শাখি। নমথাং খুৎহক ১৮ শুবা চহি চাদা শিজিন্নরম্বা থেংনৈ।[৭] লিলগী মবুক্কী মওং লৌরগা শাবা ব্রাফমশিমদি চুশিন্নরে। অদুনা ১৮ শুবা চহিচাদা শিজিন্নরম্বা হায়বশিনা ফিশি চহিশিদা অহানবা ওইবা শাদুনা অনৌবা ফি মওং অমা পুথোকখি হায়বগী মিৎয়েংদি ওইররোই। খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা শাখিবা ফিশক ওইফম থোকই।ব্রাহৈ অমসু লৈরি।"লমথাং খুলৎ"। ব্রাহনথোকতি কোয়েৎ মপান চনবনি। মনাফিনি।[৮] তৌবদি ঙসি ফাওবা নমথাং খূলক ফিজিন্দা হাপ্তুনা অরেম্বা মচুতাবা ইন্নফি ওইনা নুপীশিংনা শিজিন্নরি। মনাফিগী ওইবা ব্রাফমদুদি মাংখ্রে। লিলগী মশাগী মযেক লৌদুনা ফিদা নমদুনা শেৎপা ইনবা অনিমক্তা শিজিন্নবা মথল অমসু নিংথৌশিগী হাকতক্তা পুথোকখি। ফিশিবু "খামেন চপ্পা" হায়না খঙনৈ। মুগা ফিদা নম্বনা অফবা ফি ওইনা শিংথানৈ। অচম্বা ফিদসু নম্মী। মশিসু মনাফিনি।[৯]

T.C.Hodson না ফিশি খৃঃ মতুং চহি ১৬৩০, খাগেম্বা নিংথৌগী মতমদা মনিপুরদা চিনাগী ললোলবশিংনা পুশিললকপা ওইগনি হায়বা ব্রাফম থম্মী।[১০] ফিশি খাগেম্বা নিংথৌগী মমাং ঙললিগৌ খুয়োই তোম্পোক্কী মতম খৃঃ ১৫৪-২৬৪ দগী লমদমশিদা শিজিন্নরে। লোইননা মপান লমদগী

পুশিললকপা নত্তে। লমদমশিগী ওইজবা ফিশা ব্রাখললোনগী পোৎথোকনি হায়বা ময়েক শেংনা উৎলি।[১১] খামেন চপ্পা শেম্বগী মওং:- উদা ময়েক হৎলগা ফিবু চপশিনবা, চপলিবা মফমশিদা খমূ হায়না খঙনবা পাম্বী মচা মখলশিগী মহি হৈজিনবনি অমসুং ফিদা ময়েকতু তাহনবনি। [১২] থবকশিবু খমূ চপ্পা ফিদুবুনা খামেন চপ্পা হায়না খঙনবা অদুগা করিগুম্বা মতমদা ফিদুবু খমূ চপ্পা নত্রগা খামেন চপ্পা হায়না খঙনবগী ব্রাফম লাকই।

কোয়েৎ ফাদুনা খদাংচেৎ লাক্লবা মরাক চপ্পা অতেনবা ফি মখল অমসু মতমশিদা শাবা হৌখি। মশিবু "খদাংচেৎ শমজিন মরি" কৌই। ফিশিসু খামেন চপ্পগুম ময়েক থোকই।

শেৎকদবা ফি শেৎচিল্লবা মতুংদা নিংগী শরুক খুম্নবা খাংদা কিদুনা শেৎচিনবা ফি মচা অমসু নিংথৌশিগী হাকতকতা শাখি। ফিশিবু 'নিংখম শমজিন' কৌই। খদাংচেৎ মরি অমদি নিংখম শমজিন অনিমক ময়েক অহুম থোক্লা লৈ। (১) থম্বাল চেপলৈ ময়েক (২) য়েস্নিন ময়েক (৩) খোই ময়েক। [১৩]

উদা ময়েক হকতুনা ফিদা উদু চপ্পা অদুগা উপাম্বী মচা কয়াগী চুগদবা মহি লৌদুনা চপ্পদুদা মহিদু হৈজিন্দুনা মখল কয়াগী ময়েক থোকপা ফি মরাং কাইনা নিংথৌশিগী হাকতকতা পুথোকলে অমদি অরু-অহেনগী ফিজোন ওইনা শিজিন্নরে তাকই।

ঙসি ফাওবা নিংখম, শমসিন মরি অখন্নবা থৌরমদা শিজিন্নরি। খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা কোকয়েৎ অমসু নৌনা পুথোকখি। মদুবু নিংখম শমজিন কোকয়েৎ কৌই।[১৪] মরাক পাক্তবা অশাংবা ফি শাদুনা ফিজেৎনবগী ব্রাফম তাকই।

পুম্নমকশিনা, খুয়োই নিংথৌশিগী হাকতকতা লমদমশিদা কিশা শিনগুরোনশি থাক ব্রাংনা চাওখৎলে হায়বা উৎনি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-

(১) য়াইমা খুমল্লম্বম, "পাখংবা ফম্বাল" ১৯৬৭ লঃ ৩৯।

(২) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "চাদ লাইহুই" ১৯৬৬ লঃ ১ অমসুং "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ", খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম (Ed.) published by মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৭৮ লঃ ১৬৪ ।

(৩) বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নমচা , " মৈতৈনা কাব্রংনা ফি শাবা ফুরিৎ তুবা " উমং লাই খুন্দা ১৯/২০ শুবা মশীঙ, চন্দ্রশেখর খুলেম্ (Ed.) ১৯৮৪ ল : ১ ।

(৪) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "চাদ লাইহুই" ১৯৬৬, লঃ ১ ।

(৫) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্ , "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪ লঃ ৫১, ৪৮ ।

(৬) দিনচন্দ্র নামৈরাকপম্ " খুনুংলোনগী অর্থ ", ১৯৬০ লঃ ৫৮ অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ। ১৯৭৮ , লঃ ৯০.

(৭) চন্দ্রশেখর খুলেম, " মৈতৈ অরিবশিংগী খুৎশা তৈবগী থবক ";ফিদম ৱারেং অহানবা, চন্দ্রশেখর খুলেম্ (Ed.) ১৯৮৪ লঃ ৪৭ ।

(৮) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্ , " অরিবা মণিপুরী লোনগৈ" ১৯৭৮ ল ঃ ১৬২।

(৯) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্ "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪ লঃ ৫২।

(১০) T.C. Hodson, " The Meithei " Printed at D.K.Fine Art Press, Delhi, published by Low price publication, Delhi 1st Ed. 1908, P-15.

(১১) বাহাদুর মুতুয়া , " মণিপুরী আর্কী ৱরীশিংবুন (অহানবা শরুক), ১৯৭৩ লঃ ১৭।

(১২) Ibid P.P.

(১৩) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম্ " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪ লঃ ৫১, ৫৪ ।

(১৪) Ibid P-43.

---

## তরাশুবা তাঙ্কক্

# নাউখম্বা নিংথৌ হাকতক্কী ফিশা-শিনশুরোন

শকাব্দ ৩৩৩, খৃঃ মতুং ৪১১ গী ৱানি। মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বনা চেংলৈ নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী লৈমা য়াওরৈমা চনুবু মুন্দুনা লৌখি। মসিদা খোংজ্রোম্বনা চাবা থকপা চংদনা মথৱাই নুংঙাইতনা লৈরবদা মাগী মনাই অচানবা "নোংবান কানাকপনা" নিংথৌখোংজ্রোম্বগীদমক চীংঙ্ নোংথৌ সরারেন অৱাংপাখং য়োইরেনবগী মচা ইবেম্মা সনা খোমদোন মেনুবু (পেনুসু কৌই) লৈমা ওইনবা মপুক লোয়নবা থেমদুনা নৌদুনা হায়রুনবা চংখি। মতমদুদা সনাইবেম্মশি মপাগী সঙ্গাই মাংগোল খেনজোংলাংদা তরেং লৈনা লৈনা মোইথাপ নাইদুনা, তরেং য়োংতা লংদুম শাদুনা লৈরমখি। "অৱাং পাখং য়োইরেনব" গী মমোম সনা খোম্মদোন মেনু (পেনু) কৌবীবু কোরৌ নোংনুংনাং কাওখং কোন ৱাংবন মশাইকোন্দা তরেং খোংকাংলৈ থাপলৌ মরিন সিৎ মোংবা তাজিন হান্না শুমাং নুংনাং ঙম, মাঙ্গোল য়াথোকলম্বদা য়োইবু শিনসু লূক্তা নোংবান কানাকপনা মমৈ থুপ্পা চোংশিনখিয়ে।

থাংয়ি খোংজ্রোম্বগা মেনু লৈমগা লৈমিন্নখি। চিংজেন নারন পাঙ্গনবা কৌবা মচানিপা অমা পোকখি। অঙাংশি পিকলিঙৈদগী মীথোই মীহেনবা থোইদোক হেন্দোকপা মতিক ময়াই চেল্লি। পিক্লীবা অঙাং চিংজেন নারন পাঙ্গনবনা মাবু পোকপা মপাবু উনিংবদগী মমাদা হংলকখি। মতমদুদা মাবু পোকপা পম্বৌদি কৌবা ঈ মরুদা পন শাবা (পন থোনবা) চংখি। মমানা ৱাফমদু হায়রবদা মচানিপানা মপাগী নাকতা চংকে হায়খি।মমানা মচাবু, পীকলিবা মানা করম চংকনি। চংপা ওইথোকলোই হায়দুনা খামবদা য়াখিদে। মপা পম্বৌনা মাবু মশক খঙনবা লাবা লুকোই শলাই ফি (শলাইগী মশক খঙনবা নিংখম ফিবান) পুদুনা চংকে পাওখুমখি।খাম্বা য়াররোই খঙলবদা লাবা লুকোই শলাই ফিবু মচাগী

মখুৎচেংদা কিশিনবিরগা শম্লাং তোনগা নান খজাই লেংলোই চুপ্লগা মচাবু চৎহনখি।[২] শলাই মশক তাকপা ফিজেৎ মফম মতম য়েংনা লমদমশিদা শিজিন্নরে হায়বগী ৱাখললোন ফোংদোকই।

থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা চিংজেন নারন পাঙ্গনবগী মতুংদা মচানিপা অমসু পোকখি। মমিংনা "থাংয়ি তাউবুং খোংদৌবা" কৌখি। মহাকশিনা চেংলৈ নিংথৌ ওইনা পাল্লবদা মতমদুগী লুৱাং নিংথৌগী মচানুপী "ইরেম তোইবী লৈমা" বু লৌখি।মচানিপা অনি পোক্লবা মতুংদা লৈমশি মশাদা লাইথুং থুংদুনা মশা ফৎচিললকত্রবদা মপামদা লৈখি। মপা লুৱাং নিংথৌনা ঈরেল অমদা ঈরুপহলদুনা মচাগী লাইথুং কোক্লবা হোৎনবদগী কোকখিদুনা লৈশাবী মচাশুম মশক মতৌ ফজথোকখি।

নোংমা থাংয়ি তাউবুং খোংদৌবনা মাগী মনাই "শোই ঙারাবা" গা নম্বুল তুরেল মবিনদা হি তোংদুনা লাক্লগা শা তানবা চৎলম্মী। শাদানবা লোইদুনা হল্লকপদা লম্বীদা পোৎথারিঙৈ মাগী মনাইবু লুৱাংগী ময়ুমদা চৎতুনা তোইবী লৈমগী হকচাংগী ফিবম য়েংউনবা থারম্মী।[৩] নিংথৌ মনাইনা লুৱাং ময়ুমদা চৎলুবা মতমদুদা লৈমদি ফিশাশংদা ফি শাদুনা লৈরম্মী। "মরোই শোই ঙারাবা" না অচেনখোংলৈ হৌনা লোক্লাং খুদোন হুন্না মিৎয়েং শানখৈরুববু ইরেম তোইবী লৈমা লুৱাং খুবা চনুদি মপনগী শঙদিং ফিশাশঙ শঙলেন অতেংবদা চরৈ ফিবু শারমএ"।[৪] লুৱাং লমদমগী ফিশা শিনশু চংখোনববু তাকপনি। মতমশিদা লুৱাং লমদমদা য়ুম-য়ুমদা ফিশা শং থম্মরবগী ৱাফম ফোংদোকই। ফিশাবগী শিনলমশি মতমদুগী নুপী ওইবীশিংগী মপুং-ওইবা শিল্পা ওইরে হায়বসি ফিশা শং লিংনরবশিনা ময়েক শেংনা তাক্লে।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-

(১) মনাওয়াইমা নোংমাইথেম্, "চেংলৈরোন" ১৯৮৯ লঃ ৪,৫,৬।
(২) Ibid P- 13, 14.
(৩) বরমনি সারাংথেম্, " লম্মিৎলোন", ১৯৫৪, লঃ ৩৮।
(৪) মনাওয়াইমা নোংমাইথেম্, " চেংলৈরোন", ১৯৮৯, লঃ ৩০।

## তরামাথোইশুবা তাঙ্কক্

# নাউফংবা নিংথৌ হাক্তক্কী ফিশারোন

চেংলৈ নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোমবগী লৈমা য়াওরৈমা চনুবু নাকলু ফিরাক থোইবা থাবুম মঙা শুরবদা মৈতৈ নিংথৌ নাউখম্বনা মুন্দুনা লৌখি। মতম খরা লৈরগা মচানিপা অমা পোকখি। মমিং নাউফং অহনবা কৌই। মথংদা য়াওরৈমা চনুনা মৈদিংঙু নাউখম্বগী মচা নাউফংবা পোকখি। খৃঃ মতুং চহি ৪২৮, শকাব্দ ৩৫০ দা মৈদিংঙু নাউফংবনা নিংথৌ ওইখি।[১]

নিংথৌ নাউফংবগী হাকতকতা লৈরম্বা ফিশাহঞ্জবগী মমিং "অকো" কৌই। মহাক্না লাইরেনগী (লিল অচৌবা মখল অমা) মউন হুরম্বগী ময়েক য়েংলগা নিংথৌনা শিজিন্নবা ফি শাখি। মতমশিদা নিংথৌ ফিশাবা হৌদোকখি।[২] ফি শিদা থোকইবা ময়েকশিবু লাইয়েক (লাইয়েং) ময়েক হায়না খঙনৈ।ফিশিসু কাব-লংনা শাবনি।[৩] নিংথৌ পুথিবগী মতমদা পুথোক্লম্বা লাইয়েক ময়েকতুগা নাউফংবা নিংথৌ হাকতকশিদা লিনগী মউনগী ময়েক লৌদুনা শারুবশিগা মাননরুবগী ব্লাফমনি। লৈমা নিংথৌগীদমক অখন্ননা ফি শাবগী থৌশিন হৌদোকপশিনা মতমসিদা চহিচাসিদা মনিপুবদা ফিশা শিনলমসি থাক ব্রাংনা লৈরে হায়নিংই ।

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ -*

(১) ইবুংঙোহল লাইরেনময়ুম অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্ , "চৈথারোল কুম্বাবা" published by মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,ইম্ফাল ১৯৮৯ ইং,লঃ ৪ অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম , "চাদ লাইহুই " ১৯৬৬, লঃ ৫।

(২) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্ , " অরিবা মণিপুরী লোনগৈ " published by মণিপুরী ষ্টেট কলা একাডমী ইম্ফাল , ১৯৭৮ , লঃ ১।

(৩) বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নামচা, "মৈতৈনা কাব্রংনা ফি শাবা ফুরিৎ তৃবা", উমং লাই খুন্দা ১৯/২০ শুবা মশীঙ , চন্দ্রশেখর খুলেম্ (Ed.) , ১৯৮৪ লঃ ২।

## তরানিথোইশুবা তাঙ্কক্

# নিংথৌ নাউথিংখোং মতমগী ফিশারোন

শকাব্দ ৫৮৫ , খৃঃ মতুং চহি ৬৬৩ দা নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইখি। উরা কোম্বৌবগী মচানিপানি। মমাগী মমিংনা খাবরোন নোংজেংসু কৌই।[১] নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ মাগী মমিংশি হোংনেময়াই খুঞ্জাও কৌরম্মী। অচোং য়ুমলেনবম নিঙোন লংমাই পীতংঙা লৌদুনা লংমাই চীংদা য়াওং ইন্দুনা মতম খরা লৈখি।[২] থৌদোক ব্রাথোক অমদগী হোংনেময়াই লংমাই চীং থাদোকতুনা চৎপা তাখি। চৎলমদাইদা পীতংঙানা মাবু ফিজেৎ লৈতেংবিখি। শলাই মশক তাকপা কোয়েৎসু য়েৎপিখি।

"হয়েং তুবী নঙনা ফম্মোই মিংতা ফম ফলাংমৈদা তোংলবদা নশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙাবী ঐবু লাইরেল সনা নখোঙ খাবু ইন্দাঞ্জরকপদা লাইরেল পুক্লিং ব্রাকাউঙমগুনো হায়না শঙদিং মনিংখমবু পুনুং কিশি থোকপিখিয়ে। চরৈ মকুরিৎপু পুনুং হৈরু হুকপিখি। মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবিখিয়ে। লাবা শমচিন নৌরৈথোংবু পাকলোই শল্লাই যেৎপিখিয়ে"।[৩] ফুরিৎতা কুদাম পানবা শিজিন্নবে তাকই। মতমদুগী ওইবা মওংদা কুদামগুম শিজিন্নবা ওইগনি।

মতুংদা খূমন নিংথৌ "পুনশি য়ুমোইবা" গী মচানুপী খয়োয়রোন কৈরুং হাংবী লৌদুনা যাওং ইন্দুনা খূমনদা লৈখি। মতমশিদা মোইরাংদা পানবা নিংথৌশি ঙাঙোই সনা লাকখ্বা কৌই। নিংথৌশিগী মচানুপী কেগে মোইরাম্বা চনু " লৈমা নামন চাউবী " বুসু হোংনেময়াই খুঞ্জাওনা লৌখি।[৪] লুহোংলবা মতুংদা খূমনদা থিললকপদা ফিরোন মরাং কাইনা অওং অউন তমলকখি। "মানপী চীনম তপা লোইমু চীহেনববু কাওরেন শনফাং হোই, চৈরৈ মরোন থীঙমদা, ফাগং ফিমু মশীং থীঙমদনা কেগে চাউবা পূংদগী নোংয়ায় খূমন নিংথৌগা লাইরেন হোঙনেময়োয় খুঞ্জাওগা ঙাইরোয়ননা মরান লুহোংখোংদোং থিল্লকলে হায়দবরা?"[৫]

## য়েলহৌটৈও মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

মোইরাংলমদমদা ফিশারোন শিনশু মরাং কাইবগী ব্রাফম ফোংদোকই। অসিদা নত্তনা ফিমু, মুংফি, লৈরুম ফিরোন মখল কয়া মনিপুরগী মফম কয়াদা মতমদুদা শিজিন্নবগী খুদমসু পী ।[৬] মমৈথংদা মপাবুং লৈখিদ্রবদা কংলৈদা লাকখি। মহাক্লা লৈহৌ নিংথৌগী মচানুপী "খমশুরোন চীংয়াইসু" লৌদুনা কংলৈগী নিংথৌ ওইখি। ফম্বাল তোংদুনা নিংথৌ ওইরবদা নাউথিংখোং হায়না খঙনখি। নিংথৌশিনা ফম্বাল কাবদা শেংখিবা ফিজেৎপু ঙসি ফাওবা "নাউথিংখোংফিজেৎ" হায়না মমিং চৎলি।[৭] নিংথৌনা শেংখিবা ফিজেৎতি ঃ- লৈরুথেক (কোক্কী লৈতেং), চরিনিঙখম (নিংখম শমজিন) অমসুং ফিরেল ফৃরিৎ (অচোনবা তরাও তরাওবা)নি । নিংথৌগী লৈমানা শেংখিবা ফিজেৎতি ঃ- লৈরেন লৈচাও (শমলাংগী লৈতেং); কুমশং ফনেক ( অমুবা মচুগী ফনেক); কাব্রং কনাক (মুগা লংগী ফনেক) অশিনি। নাউথিংখোংগী হাকতকশিদা ফিজেৎশি হেন্না লুবা নানবগী থাকতা লাকলে তাকপনি ।

### মতেং লৌখিজা লাইরিকশিং ঃ-

(১) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চাদ লাইহুই", ১৯৬৬, ল ঃ ১৮।
(২) Ibid P- 19.
(৩) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, " নাউথিংখোংফম্বাল কাবা ", ১৯৬৭, ল ঃ ২৪।
(৪) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চাদ লাইহুই" ১৯৬৬, লঃ ১৯ ।
(৫) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা", ১৯৬৭ ল ঃ ৪৬।
(৬) Ibid P- 53.
(৭) মনিহার চোংথাম "নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা", ফোংবা-মণিপুর ইউনিভরসিটি, ১৯৮৩, লঃ ১৬ ।

## তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক্

# "য়াংলৌ কৈফাবা" মতমগী ফিশা-শিনগু

মৈদিংঙু চেংলৈ ইপান লাম্বুবা অমদি মৈতৈ লৈমা লাম্বাসু অনিনা য়াংলৌ কৈফাবা পোকই। অহানবদা মাগী মমিং "খমলাং অতোনবা" কৌই। খৃঃ মতুং ৯৬১ শকাব্দ ৮৯১ দা নিংথৌ ওইখি।[১] নিংথৌশিংগী হাকতকতা ফনেক ফিবানদা খোই লোনবা হৌদোক্লমএ।[২] ফনেক খোইজাও লোনবী হায়না খঙনরে। ফনেক ফিবান্দা লোনবা ময়েক্কী মনুংদা হিজময়েকসু অমনি। হিজময়েক্কী মতাংদা লৈরিবা ৱাফমদি ঃ—

(ক) "হিজময়েক্কী ময়েক অসি হিয়াং হিরেল শানবা উগী উরৈদা থোকপা ময়েক্তগী লৌথোকপা ময়েকনি খংনবা হিগী মিংথোল লৌদুনা হিজময়েক কৌবনি। নিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবগী মতুংদা লাকপা নিংথৌনা হিজময়েক লোনবা পুথোকপা হৌই। খোইজাও লোনবীগী মখাদা লাকপা ফনেক অসি হিজময়েকনি"।[৩]

(খ) "ঐখোয়না ফংবনা হিশাবা কোন্দ্রবনা হি শাবদা মৈগী মঙান্দা উগী ময়েক ফজনা লৈবা উরগা মযেক অদুমক ফিগী ফিবান্দা লোনখি অমসুং মদুগী মঙং মান্না লোনবা ফনেকপু হিজময়েক কৌই। মসি য়াংলৌ কৈফাবগী মতমদনিসু লাইরিক্লা হায়"।[৪]

(গ) লুৱাং পুস্বিবগী মতমদা হিগী মপান্দা থোকলিবা ময়েকতু লৌদুনা হিজময়েক ফনেক হৌদোকখি।[৫]

হৌজিক মাংদা লৈরিবা ৱারোলশিংঃ— হিজময়েকশি য়াংলৌ কৈকাবগী মতমদা পুথোকপনি, য়াংলৌ কৈফাবগী মতুংদা পুথোকপনি, লুৱাং পুস্বিবগী মতমদা পুথোকপনি। করম্বনা চুমফম থোকপগে। মখা তাবা ৱাফম খরা লৈরি।

"হিজম ময়েক লুৱাং শলাইবু খঙনৈ। মৱা, মপুরোইবা লৈত্রবী লুখ্রাবীশিংতনা হিজম ময়েক শেংলি"।[৬]

## য়েলহৌতৈ মনিপুরদা কি শাবগী লম্

"লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী খোংনেৎ হি শারিবা উনিংথৌ নাচুম্বা অসিমক লুৱাং শলাইনি। লুৱাং ঈনি"।[১]

" হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা তালোয় অতোপ্পী লৌদুনা পোকখিবা মচা নিংঙোল অদুসু লৈশাবী ফারকলে।মহাক্কা মচাগী অউন পোৎতি শিঙনাংনা ওইগে হায়না খনখিবনা শিঙনাং পাম্বী য়ায়া থারমই। মসিবু অরিবা লোনদনা হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মমোমগীদমক নেমবী অরাইবদি নুংদা চল থামলৌ অচানবদি পান্দা থোং নেমবী শিঙনাং তাংদলববু নেমবী মপাল মরা ফুকনা শিংথারমএ হায়না শৈথানৈ। মহাক্কা মচা নিংঙোলগীদমক থাখিবা শিঙনাং অদু মপাল ঙৌনা শারবরা য়েংবা চৎলমই। মতম অদুদা ঈৱাংলি ভুরেল অসি ঈহৌরকুনা ঈশিং য়ায়া চাওরদুনা লানবা য়াদ্রবদা করম্না লানসিগে খললিঙৈদা "চিবা মৈনাই তাবা" অমনা খিকলোই মতাং অকংবা অমা চিকলগা মখোংনা হোৎ হোৎতুনা ঈরাল্লকই। চিবা মৈনাই তাবা হায়বসি হৌজিক চুম হায়না খংনরিবা অসিনি।লৈরাই য়ৌরবদা খিকলোই মতাং অদু কাওথোক্লম্লগা অকংবদা কাখৎলকই। মদু উরবদা তোংলগা ঈশিং লানবা য়াবা উনা শাবা পোৎ অমা পুথোককে নিংখি। মতম অসিদা মঙোন্দা হিশাবগী ব্রাখল ফাওরকখি। লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মরানয়াইদা হল্লকলগা লুৱাং মচিন মনাউশিংবু কৌরগা রা তানখি। লুৱাং মনাউ শিলহৈবা, নুংবাল (লুৱাং) মনাউ খুৎহৈবা নুংবাল মপাচা পুম্নামকপু হয়েং নোংঙানবগা তলা অচৌবা পামেল অবাংবা অমা চীং কাদুনা থিরুরো য়াম্লুবো হায়না তাকপিখি। লুৱাং মচিন মনাউ নুংবাল মপাচাশিংনা চীং তমন্না লাকলে। তলা পামেল অচৌবা থিরুরবসি হায়না "কৌবা হনয়েং" দগী কাখৎলগা উ অচৌবা অসুম থিরকপদা লুৱাং মকুবী চীং নোংমা য়ুমজাওমাং শংদিংলোক্লুং চীং লুৱাং পোকপা চীং অদুদা নহাল ঈরোক লাইচম চন্নুনা হায়বদি খোংজোংনুবী খ্বাইগী অতোপ্পীনা পোকখিবা উ ওইনা হৌখিবা উনিংথৌ অদু থেংনরে। নুংবাল মপাচা লুৱাং উথিবশিংনা উ অদু হেক উবদা পুক্লিংদা খোয়দারদুনা য়াল্লসি হায়নরে। উগী মখোঙ অদু ফানদোকলে। লা লাতোন অমা থারগা চেং য়েরুম লাংথ্রেনচিংবা

হাপলগা স্না লুপা কোনগা চন্দুনা তলা মমল হল্লে। ঙসিদি নুমিৎ অসি থেংখরে হয়েং নোংঙাল্লগা য়াল্লসি হায়না খাংপোক অমা শারগা অহিং অদু লেললে। নোংঙাল্লগা লুৱাং উথিবশিংনা উ য়াললে। হি শারে। ইয়াম্বনা থবী হান্না খংঙে, নুমিৎ হান্না উইয়ে। মীনম্বা য়াদে ইয়ামবগী মকোক অকংবা অদুনা ব্রাককৈ লুদা হান্না থাংগৎসে হায়নদুনা ব্রাকয়ে হিগী মকোক্তা থাংগৎলে।মসিগী মওং লৌদুনা লুৱাংগী হিয়াং হিরেন্দা চিরোং য়েক্লখি। চিরোং অদু লুৱাং পুংদাংকোইনা ওনখিবা চীরোং শঙাইগী মকোক অদুনি। লুৱাংগী ঈনা ওইখিবা হি অদু লৱাং নিংথৌনা মচিন মনাউশিংগা লোয়ননা লুৱাং ঈ তাক্লা লৈরোং ঈ হায়রিবা তুরেল অসিদা তোংদুনা হোনখি ”। [৮]

অহানবা ওইনা, লুৱাংগী হি শারিবা উনিংথৌ অসি লুৱাং ঈনি হায়বগী ৱারি লিখুনদি ঃ– “মতিক মগুন চাউবা লুৱাং চনু তরুকমন হাওকু অতোম শোয়দ লৈত লায়রা কোক্লব ৱোইজ ৱোইথক থিব, মখোয়গী মপোৎ মরল পীরগা ঙা তিক্কে হায়বগী চৎখি। ইকাইখুম্নবগী মচা হাওকু পাখং তরুকমন হাওকু শোয়দ পল নাপতুনা লু থুমবা, শোয়বেল শঙলিঙৈদা লৈশাবী মখোয় মতা তরুক্লা ঙা লয়গে লাকপদ হাওকু শোয়দ মখোয় মশেল ৱোক্লরে ”।[৯] লুৱাং চনু তরুকশিগী মনুংদা লুৱাং পুক্লিবগী মচানুপীসু য়াওই। মখোয় খরগী মিংদি – তোংজেং নুরাবী, ঈংঙেল নুরাবী, ঙানুরোল লওশিগাম চনু , লৈমা য়াংদৌ অতাওবী । য়াংদৌ অতাওবী লুৱাং পুতাংখোয় (পুংদাংকোই) খুৎখোইবগী মচানুপীনি। খোমথোক লইবাক্কী মবেম্মগী মচানুপীসু য়াওই। হাওকু পাখং তরুক্কী মনুংদা মমিং খরদি – অতাম শোয়শেনব, ঈতম শোয়রওবা, লেমলৈ ঙাহা তানবা, হুয়ওক ৱানব, লুফুই নাপ অসিনি। [১০]

“লমদেংদা চৌবীখোং কৌবা খোং অমা লৈ। নুংবাল (লুৱাংবু খঙনবা) চৌবী শোইশেমবা চাওহুই ওকয়ানবা মচিন মনাওশিংনা শোই চারম্মী হায়বগী খোং অদু চৌবীখোং কৌথিবনি। নুংবান নিপা মচিন-মনাওশিংনা খোং অদুদা শোই চারিঙৈদা খোংজোংনুবী মচিন মনাওসু ঙাথিবা লাকই। মফম অদুদা লুৱাং নিপা মচিন মনাওশিং অদুগা খোংজোংনুবী মচিন মনাওশিংগা পুন্না নোংগামিন্নশি

হায়নরে। খ্বাইগী ময়াম্বা অহল অদুনা খ্বাইগী অতোম্বী অদুবু খোইদারুরে। মখোয় অনিমক অতে কনা খংহন্দনা লোন্না নুংশিনরে। হৈরাং লোলহায়নদুনা লাকলু ফিয়ানখ্রে, কুমশিং নাউপুরে। কুইরবদি অকায়বা অমা লাকপা তারে হায়দুনা মখোয় পুন্না নোংগামিন্নরশি, কৌবা শরুমচীংদা লুৱাং চনু মখোয় তরুক ঙাইরমমো হায়দুনা লুৱাং পাখংশিংনা পাওমেল্লে। ("ঐখোয় হাওকু পাখং ৬ মগ নিংঙোল নখোয় ৬ মক ঐখোয় তরানিথোইমক লাইগী নিংথৌ সোরারেল অৱাং পাখং য়োয়রেলবগী সনা মখোঙখা য়ৌনবা নোংগমিন্নশি")।[১১] মতম কুইনা খোংজোংনুবী মচীন মনাওনা লুৱাং মচিন মনাওশিংবু ঙাইরকলে। খোংজোংনুবী অতোম্বী অদু কুমশিং থাশিং য়ামলকলে। মচেমশিংনসু খংলকলে। মচেমশিংনা মনাও অতোম্বীবু য়েংলগা ঐখোয় নোংগাখ্রগে। খোইনৌ অতোম্বী নংদি য়াররোই লৈহৌরো। খোংজোংনুবী অতোম্বীনা লুৱাং মচিন মনাওবু ঙাইবা থা ৫ ফারকলে। লাকপা কৌবদি লৈতরে। মীমাং থোকপা য়াদবনা তাংজা ফিরুক খুমগদবা মরমনা থা ৫ চুপ্পা অমুক ঙাইদুনা লৈখরে। লোইদাম থা ১০ শুরবদা অঙাং অমা পোকলে। অঙাংনা পুংকক চাউরকলবদা খোংজোংনুবী অতোম্বীনা অঙাং য়েংনা পারি ইবুংঙো ইমাদি তাংজ ফিরুক খুমলে ইমা ৱা অমৎতা হায়গে হায়রবদা মমাগী অৱাবা উবদা ইমা হায়য়ু খুমলবদা মথক্তা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুবু মমানা মচাদা লীখি। অঙাংগী মপানা মচাবু থিরকতবা, মমাবুসু থিরকতবা, মমানসু অঙাংবু মপাদা থিল্লুবা ঙমদনা য়ামনা ৱানা অঙাংবু য়োক্লকপা, ইকাই ফিরুক খুমনা খাঙলকপা। অঙাংগী তুংগী পুন্সিদা ওইরক্কদবশিং অদু খল্লুবদা খোংজোংনুবীগী থম্মোয়দা খাংবা ঙমখিদে। মচাবু উ ওইনা হৌরুরো হায়খি। মচানসু য়াখি। মচা অদুনা উ ওইনা হৌরবদি মরককী উ ওইনা হৌরোই। ৱাংথোইবা চাউথোইবা অহেনবা উ, উনিংথৌ ওইনা হৌগে হায়খি। মমানা মনবা হায়বশি তৌগনু মীগী মীৎয়েং চংলক্কনি হায়খি। শয়ি, কুহি, উয়িন, খাল, মিশি, ফৈজা অশিনচিংবা অপাম্বা উ অমা ওইনা হৌনবা মমানা হায়খি। মচানা হৌদা হৌরবদি উনিংথৌ ওইনা হৌগে হায়রে। মচানা উ ওইনা হৌগনি খল্লুবদা ইবেম্মগী মমিৎতগী মপী তারমই। "হয়েং চীংগী" খুদেং শাবা ফজবা লোকমাই নিংথিরবা

তময়াদা মচা অদু উ (উনিংথৌ) ওইনা হৌখরে। উ অসি ঈচুম লাইরেম্বীগী মচানি। ইচুম লাইরেম্বী ইবেম্মগী হৌরকফম শাৎফম অসি লমলেল লমদেং হায়বা খুল অসিদনি। হনয়েং চীংদা হৌখিবা উনিংথৌ অদুনা চাউরকলবা মতমদা হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুঙ্গিবগী মতমদা হি শাবগী রারীনি "। [12]

হি শারুবদা উগী ময়েক উরুবদগী ময়েকতু ফিদা লোনবা হৌদোকপশি কনাগুম্বা মীরোন অমগী নত্রগা নিংথৌ অমগী মতমদা ওইরুবা থোকলুবা য়াই। অদুবু হিজময়েকপু লুরাং শলাই খণ্ডনবা হায়বা রাফমশিবু চেৎনা থাজবা অমদি অশেংবা অচুম্বা ওইনা লৌরগদি লুরাং পুঙ্গিবা মহাকথক্কা শাখিবা হি অদুদগী লৌথোকপা হায়বশি অচুম্বা ওইগনি। অদুনা লুরাং নিংথৌ পুঙ্গিবগী মতমদা ময়েকশি পুথোকপা লোয়ননা ফনেক ফিবান্দা লোনবা হৌদোকতুনা "হিজময়েক ফনেক " হায়না খণ্ডনখিবা ওইগনি।

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ -*


(১) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্ , " চাদ লাইহুই ", ১৯৬৬ , লঃ ২৫।
(২) ইবুহঙোহল লাইময়ুম অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চৈথারোল কুম্বাবা", ১৯৬৭, লঃ ৮।
(৩) ইবোতোন শর্ম্মা ফুরাইলাৎপাম, "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং " ১৯৭৪, লঃ ৫৮।
(৪) গৌরচন্দ্র রাহেংবম , "ইতিহাসনা তেংথাবা " ১৯৯৫ , ল ঃ ১৪৬।
(৫) চন্দ্রশেখর খুলেম, "পণ্ডিত" "ফেলো" মৈতৈ অরিবশিংগী খুৎ-শা হৈবগী থবক, ফিদম রারেং (অহানবা) ;সম্পাদক চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৮৪, লঃ ৪৬।
(৬) বাহাদুর মুতুরা," মণিপুরী আর্টকী রারী শীংবুন "(১বা শরুক),১৯৭৩, লঃ ৬৮।
(৭) জুগে অঙোম,"হিরেল তেংথা", ফোংবা নোংমাইথেম মনাওয়াইমা,১৯৯৭, লঃ ১৪।
(৮) লুখোই রাহেংবম, "লাই হরাউবা", ১৯৮৯ , লঃ ১৩২-১৩৪।
(৯) নরেন্দ্র মোইরাংথেম, "খোংচোমনুপী নোংকারোল " ফোংবা পোক্রফম পব্লিকেসন ; ১৯৯৫, লঃ ২৭-২৮।
(১০) ইবিদ - পি পি।
(১১) ইবিদ - ল ঃ (৩০-৩১)।
(১২) লুখোই রাহেংবম, পানা পণ্ডিত মণিপুর পণ্ডিত লোইশং, "লাই হরাউবা ", ১৯৮৯, লঃ (১৩১-৩২)।


---

## তরামমরিশুবা তাঙ্কক
# নিংথৌ ইরেংবা মতমগী ফিশারোন

য়াংলৌ কৈফাবা অমদি খোঙলৈমা মুবীশু চনুগী মচানিপা কাইনৌ ইরেংবনা শকাব্দ ৯০৬, খৃঃ ৯৮৪ চহিচাদা মৈতৈ নিংথৌ ওইখি।[১] চিংদাই নিংথৌ খায়িংবগী মচানুপী "হাওলৈমা পিদোংনু নুফবী" বু মৈতৈ নিংথৌ ইরেংবদা থাজখি। মচাগী অউনপোংগীদমক মখল মখাগী ফিরোল হাওফি, লোইফি, লাইফি, ফিবোং অসিনচিংবা থৌরাংবদা মচানুপীনা য়ানিংখিদে। মপাগী মরমদা হৌবা অকনবা ব্রা খোকতুম মশিং চামাশুনা উনবিনবা হায়জখি। ব্রাগী মখোক অকনবশিংদুনা মপুরোইবগী শাথেংনবা লালথেংনবদা পায়নবা তাগী মখোক ওইনগে অদুগা ব্রাগী মতোনশিংদুনা মাগী "শংদিং কিফৌখোক" (ফিয়ান-খোক) ওইনগে হায়জখি।মপানা ফিরোলগী মথকতা ব্রাসু চামা শুনা উনবীখি। লুহোংবা থিললকপদা অউনপোং পুরকপা লোইবী হাও পাখংগা পোইরৈ মৈতৈ পাখংগা অউনপোং ময়ামদু শমু খুৎশিন্নবদা পৌরা মশিং চামবু মশিং থিদুনা শিন্নৈ। অদুগা মফমদুবুসু "পৌরাবী" হায়না খঙনখি।[২] ব্রাফমশিনা তাম্পক্কী লমদম অমদি চীংগী লমদমদা মতমদুদা ফিরোল মবাং কাযনা শাবা অমদি ফিশারোনগী শিনশুরোনশি নিংথিনা চংনবে তাকই।

### মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-

(১) ইবুংঙোহল লাইময়ুম অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "চৈথারোন কুম্বাবা" অফোংবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৯ ইং, লঃ ৮ অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চাদ লাইহুই", ১৯৬৬ লঃ ২৭।

(২) বরমনি সারাংথেম, "লম্মিৎলোন"১৯৫৪, লঃ ৪৩ অমসুং "থাঙমইলোন", হেমচন্দ্র অমসুং কুলাচন্দ্র শিন্দোকপা অমসুং পুথোকপা,১৯৮৯, লঃ ২২ - ২৩।

---

## তরামওাশুবা তাঙ্কক

# লোয়য়ম্বা মতমগী ফিশারোন

কাইনৌ ইরেংবা অমদি খয়োইরোন চনু "হাওরেমা তমহৈবী" গী মচানিপা "লোয়য়ম্বা" না শকাব্দ ৯৯৬ খৃঃ মতুং চহি ১০৭৪ দা নিংথৌ ওইখি। "মতমদুদা মী মশিং হেনগৎলকপা, ফিশাবগী থবকসু হেন্না চা ওখৎলকপা, মখল কয়াগী ফি শানরকপা অমদি শিজিন্নরকপাগী; মী অমগা মী অমগা নত্রগা য়ুমনাক অমগা য়ুমনাক অমগা ফি শাবদা ফিগী মওং-মতৌ মুন্নদনবা অমদি অখন্নবা ফি মওং অমরু য়ুমনাক অমনা মদুতা শারবদি ফিদুগী মগুন হেনগৎহনবা ঙমগদবা, থোইদোক-হেন্দোক্না মী খরতনা শুজ-নোমজা ফংবা অদুগা খবনা ফংদবগী রাজমসু লৈতনবা মাগী মাগী য়ুমনাকশিংনা শাগদবা ফিগী মখল লেপথোকতুনা য়ুমনাকশিংগী ফিশা ফিশক য়েনথোকলম্মী। থৌশিলশিবু " লোয়য়ম্বা শিনয়েন " হায়না থোইদোক্না মমিং চৎলি।" তোঙান-তোঙানবা শিল্লমদা মী অমনা শুবদগীদি মা মানা নিংথিনা হৈরবা অখন্নবা, অপান্নবা শিলদুদা চংখোল্লনা শুবদুনা মপুং ফাবা হেনগনি থোইদোক্না নিংথিগনি।" নিংথৌ লোয়য়ম্বনা য়েলথোক্লম্বা মাগী মাগী য়ুম্নাকশিংনা শাগদবা ফিশকশিংদি " ঃ –

| | য়ুম্নাক | ফিশক |
|---|---|---|
| ১। | থিঙকুচম | মুঙফি |
| ২। | লাইরেল্লাকপম | লাইফি |
| ৩। | কাম্বাম | রানা কাতং ফি |
| ৪। | চকপা থিয়াম | লাইফি তোংকাপ্ |
| ৫। | চকপালমপম | ফিরেল |
| ৬। | কোংপচম | লংতোমফি (লংদোম) |
| ৭। | থোংকাপম | য়াইরোংফি |
| ৮। | খুমলম্বম | চামি ফি |

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

| | | |
|---|---|---|
| ৯। | হাওখোম | তোংকাপ ফি |
| ১০। | লাইখ্রামপম | শাবোং ফি |
| ১১। | ব্রাহেংবম | দোলাই কুপফি |
| ১২। | কবাচম | দোলাই থানা ফি |
| ১৩। | অপুচম | ফিবোই ফি |
| ১৪। | হাওদৈজম | কৈকোয় ফি |
| ১৫। | থোঈতিংচম | সিংখল ফি |
| ১৬। | থোংপম | লাইযেক ফি |
| ১৭। | চিঙঙাখলপম | ফাকং ফি |
| ১৮। | থৌতাম | তবাউ ফি |
| ১৯। | থিনপম | পুমথিৎ ফি |
| ২০। | তাইপঙচম | ফিমু যেকপাসুং ফি |
| ২১। | যুমলেনপম | নোং ফি |
| ২২। | কোংবম | প্রুম ফি |
| ২৩। | চিংখ্রামপম | কাবৌ ফি ফিঙাং |
| ২৪। | ব্রোকথিযামপম | খুনুং মুসম ফি |
| ২৫। | খোইবিসুব্বম | খুনুং চুমখন ফি |
| ২৬। | যুমনাকসংপম যুম্নাম | চিঙখোঙফি ফিমু |
| ২৭। | খোইসনাম | ফিমু লার্লফি |
| ২৮। | সিংখাংবম | খনুং মাথং ফি |
| ২৯। | ব্রাংপাচম | অঙমু শাংমু ফি |
| ৩০। | থাংকংশাপম | থাংলি |
| ৩১। | অহোংশাংবম | খুৎশুলিখোংলিবু লোনলো |
| ৩২। | চবৈ ফিশাবা | চবৈ নিংথৌফি |

(নাওতম, যাংনু, হৈসু, নাহা, খোইবিযান)

মনিপুরদা কোনচকতা সলাই ৭ তা নত্তনা কাংলুপ কযামসু লৈবম্মী। উবোক উশাই (উশা), হৈবেম খুঞ্জান, কাংলুপশিংদুগী মনুং চল্লি।

" লোযয়ম্বা শিনয়েন "গী মনুং চনবা চনদবা থিদনা মনিপুরদা অবিবা মতমদা শিজিন্নবম্বা ময়েক থোকপা ফি খবা, কবম্বা য়েক সলাইনা নত্রগা কাংলুপনা

শাবা নত্রগা শাবা হৌদোকখিবগী ব্রাফমসু থমজনিংই। ফিশিংদুদি [৬] ঃ—

লাইয়েং ফি ঃ- চীংমী চোথে কাংলুপ্না অহান্বা শাবনি। লং মচু মখল অনিনা ফেল্লগা শাই।

লৈরুম ঃ- অঙোম্না অহানবা শাই। লৈরুমদা পুংগ্রি থোকপসু শাখি।

হৈকোইঃ- হৈরেম-খুঞ্জান্‌না শাবা হৌখি।

ফিবোং ঃ-ফিবোং ফি উরোক উশানা শাবা হৌদোকখি।

লোয়য়ম্বা নিংথৌগী মতমদা মনিপুরদা থাংনা কক্তুনা ফুরিং ভুবা হৌদোকখি। [৭]

লোয়য়ম্বা নিংথৌগী মতমদা মনিপুরদা মচু তাবা খুজিনথৌরাংগী মখাদা ফিশা শিনলমশি পায়খৎলে হায়বা ময়েক শেংলে। অদুনা ঙল্লিরৈঙে মনিপুরদা ফি শাবগী থবকশি চাওখৎলে হায়দবা ঙমলোই।

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিংঃ-*


(১) ইবুংঙোহল লাইরেনলাকপম্ অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চৈথারোল কুম্বাবা" ১৯৮৯, লঃ ৯ অমসুং খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম্, "চাদ লাইহুই" ১৯৬৬ লঃ ২৯।

(২) "লোয়য়ম্বা শিনয়েন", অফোংবা চন্দ্রশেখব খুলেম ১৯৭৫ লঃ ১৭।

(৩) Jawaharlal Nehru " Letters from A father to his Daughter " printed at Indraprastha press, New Delhi published by children's Book Trust, Nehru House, New Delhi , 1973, P-43
অমসুং জবাহরলাল নেহরুগী "মপানা মচানুপীদা ইবা চিঠিশিং", মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা কুলচন্দ্র ঙাঙবম, নমফম Puthiba press computerised, Khuai Lamlong Keithel, ফোংবা ইবেতোম্বী দেবী কে.ঐচ.নোংমৈবুং পুঙমখোঙ, অহানবা ফোংবা মার্চচ ১৯৯৮, লঃ ৫২।

(৪) " লোয়য়ম্বা শিনয়েন" Ed.by চন্দ্রশেখর খুলেম, অফোংবা ইবোতোম্বী সিংহ মোইরাংথেম্, May 1975, P-17,18।

(৫) " য়েলহৌঙে মণিপুরগী মমিংশিং" , বীরচন্দ্র এন. ১৯৮৩ , লঃ ৩।

(৬) চন্দ্রশেখর খুলেম, "মণিপুরগী আদিবাসীশিংগী খুৎশা হৈবগী থবক", উমং লাই খুন্দা, অমবা মশীঙ, ইদি. চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৭৮, লঃ ২।

(৭) বুদ্বিচন্দ্র য়ুম্নামচা ,"মৈতৈনা কাব্রংনা ফি শাবা ফুরিং ভূবা ", উমং লাই খুন্দা, ১৯/২০ শুবা মশীঙ, ইদি.চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৮৪ , লঃ ৫ ।

## তরাতরুকশুবা তাঙ্কক

# মনিপুরদা কাব্রং-লং পুথোকপা অমসুং কাব্রংফি শাবা হৌবা

কাব্রং লং তীল মহুমদগী শুংবা লংনি। লংথোক তীলদগী লং শুংবগী মতাংদা লংশি মখল অনিথোক্লা খায়দোকই। (১) কাব্রংগী মখল, (২) কাব্রং নত্তবা মখল। কাব্রংচাক মনাচাবী তীলগী মহুমদগী শুংবা লংবু কাব্রং কৌই। কাব্রংচাক পাম্বীশিদা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বী খরসু কাব্রংচাক পাম্বীগী মনুংচনবা ওইনা শিংথানৈ। মনিপুরদা ফংবা অশিগুম্বা কাব্রংচাক পাম্বী মখলশিংদি ঃ- নৌ-উ, হৈগ্রেং(হৈপানবী, হৈপান্দবী), ঈশিংমনা অসিনচিংবনি। পৃথিবীগী ওইনদি কাব্রংচাক পাম্বীগী মখলশি চনিগী (২০০) মথকতা লৈ। [১]

অতোপ্পা লাইরিক অমদনা মনিপুরদা ফংলিবা কাব্রংচাক পাম্বীশি মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই। (১) পাম্বী পংচাউ চাউদবা কাব্রংচাক পাম্বী। (২) পাম্বী খরা চাউবা, মনাশু কুপ্পা য়াংপা কাব্রংচাক পাম্বী। মসিবু "লউ পাম্বী" হায়নসু খংনৈ। লাইরিক খরদনা ঃ– নৌ-উ হায। (৩) উজাউ ওইনা হৌবা কাব্রংচাক পাম্বী। পাম্বীশিংগী মনাশি শুকয়াৎ য়াংতে। পাম্বীসিবু "লমজাউ কাব্রংচাক পাম্বী" হায়নসু খঙনৈ।[২]

পৃথিবীদা খ্বাইনা খঙনরবা অশেংবা শিল্ক মখল মরিথক লৈ । (১) কাব্রচাক মনাচাবী শিল্ক (Mulberry Silk, কাবা লং– কাব্রং), (২) কেগে মনাচাবী শিল্ক (কেগে লং–Eri Silk ), (৩) নোংনাংকোরি মনাচাবী শিল্ক (Muga Silk), অমসুং (৪) উয়ুং মনাচাবী শিল্ক (Tasar Silk) ।[৩]

কেগে মনাচাবী, নোংনাকোরি মনা চাবী, উয়ুং মনাচাবী তীলশিংগী

মহুমদগী শুংবা লংবু কাব্রং নত্তবা লংগী মখল হায়না খঙনৈ।[৪] নোনাংকোরি মনাচাবী অমদি উয়ুং মনাচাবী তীলশি পৃথিবীগী ওইনা মখল ৫৪ রোম লৈ। মশিগী মনুংদা মখল ১, ২ দি মনিপুরগী শিখোং থুমখোংগী মনাক্তা লৈবা ফৌওইবী চীংদা অমদি মাও-তদুবী, তফৌ অমসুং উখ্রুলদা ফংই। তীলশিংশিবু এনথিরিয়া পেরনী অমদি এনথিরিয়া রোইলৈ হায়না খঙনৈ।অদুগা মখলময়ামশিগী মনুংচনবা এনথিরিয়া ক্রিথী হায়না খঙনবা তীল মখল অমসু মনিপুরগী উয়ুং হৌবা মরুওইনা অরাংথংবা চীংলমদমশিংদা ফংই। [৫]

রাফমশিনা উয়ুং মনা চাবী তীল মখল থরদি মনিপুরদা মহৌশাগী ওইবা মওংদা লমলক্কী তীল ওইনা(wild insects) লৈজরকলবগী অচেৎপা খুদম পী।

অদুগা মালেমশিদা কেগে মনাচাবী তীলগী মখলশি চাওরাক্লা ১৫ রোম লৈ।[৬] পৃথিবীগী ওইনা তীল মহুমদগী লং শুংবগী থবকশি চীনাদা ইহান-হান্না হৌদোকখি হায়না য়ানরি।[৭] চীনাদা ইহান-হান্না তীল মহুমদগী লং শেমখিবা, পুথোকখিবগী রারীশি অনি থোকনা লৈ। চীনাগী নিংথৌরেল Hwang-Ti গী লৈমা Si-Ling-Shi না অশাবা চা য়াওবা কপ্ অমদা তাখিবা তীল মহুম অমা লৌখৎনবা হোংনরম্মী। অশাবা মহিদা ঙৈহাক তাখিবদুনা মহুমদু পোপ্থোকখি। তীল মহুমদু লৌখৎনবা হোংনবদা মিরাংগুম অকুপ্পা লংজা মহুমদুদগী থোরকখি।[৮] অতোপ্পা রারী অমনা Huang-ti (2698-2640 B.C) নিংথৌগী লৈমা Sil-Ling-Chi না লৈকোন অমদা কোইনা চৎতুনা য়েংউবা তানজা অমদা অপিকপা তীল অমা উরকখি। তীলদু মহুম অমনা য়োমশিল্লি। মহুমদু মানা নুমিৎ খুদিং চেকশিন্না খঙনিংবা অমগা লোইননা য়েংলম্মী। মহাক্লা তীল মহুমদুদগী অকুপ্পা অশাংবা লং চিংথোকলম্মী। [৯]

মনিপুরদা নিংথৌ খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা কাব্রং লং পুথোকখিবগী রারি থেংনৈ, রারিশি অনিথোক্লা লৈ। নিংথৌশিগী মচানুপী অতোনবীশি তওৎ-তমং শুবা হৈথোই শিংথোই। মহাকশি মীচম পাখং অমদা ময়ুম পাল্লি। ইবেম্মাশিনা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অহিংদা মশাগী ইকাইখাং (কাংখল) মনুংদা লোৎনা

লৈরগা মচিন্দগী কাব্রং লংলা চিংথোক্লগা লংলা ৭ (তরেৎ) ফাইদুনা শাবা কাব্রং ফি মপাবুংদা কত্তুনা লৈত-লায়বা কোক্লরম্মী।[১০] অতোপ্পা ৱারী অমনা- খুয়োই নিংথৌগী মচানুপী অমা মনুং মতম চাদনা লৈখিদে। নিংথৌ মচানুপীবু লৈরোন চনখ্রবা মতুংদা, লৈরোন চনখিবা মফমদুদা মশক খঙদ্রবা তীল খরা লৈরম্বা থেংনরুবদগী নিংথৌনা মীওই খরদা তীলশিংদুবু চেকশিন্না য়োকহনখি। তীলশিংদুনা অথন্নবা পাম্বী অমখক্কী মনা চাদুনা হিংবা ঙমখি। চাওবা মপুং ফারগা মহুম শারকই। মশিবু তীল মহুম হাইবা হায়না খঙনৈ। মহুমদুদগী অরংবা লংলা চিংবা য়াখি।[১১] অসুম্না চিংদুনা শেমখিবা লংবু "কাব্রং" হায়না খঙনখি। "মহুম কাবু অপিখক অরং লংলা ফংবদি কাব্রুং হায়না মিংহুল্লে"।[১২] অতোপ্পা মিৎয়েং অমদনা কা-কাদুনা মনা চাবা তীলগী মহুমদগী চিংবা (ফংবা) লংনি হায়দুনা কাব-লং(কাব্রং) কৌই। কাব্রং-লং থোকপা তীলবু কাব্রংতীল হায়না খঙনখি। নিংথৌগী মচানুপীগী মোংফমদগী ফংখিবা তীল ওইবনা "লৈমা তীল" হায়নসু খঙনৈ। কাব্রং তীলনা কা-কাদুনা চাবা পাম্বীবুনা "কাব্রংচাক" হায়না খঙনখি।[১৩]

নিংথৌগী অথন্নবা ফি শানবা লংগীদমক লংথোক তীল মখল তরেৎ য়োকলমই। অদুগা লং মরাং কাইনা পুথোক্লমই। অসিগুম্বা লংথোক তীলদগী পুথোকপা শেম্বা খ্বাইদগী ফজবা লংশি "কাবা-লং" হায়না কৌই। কাবা-লং থোকপা তীলশিবু "লৈমা" মীংথোল পী।[১৪] লমলক্কী তীল (wild insects) কয়া কনানসু খঙঙু উশিললুদনা লৈজরি। মীরোন অমগী মতমদা তানজা অমদগী মীওই খরনা নত্রগা অমনা তীল মখল অমবু থেংনরুবা য়াই। পামজবদগী খঙনিংউবদগী মদুবু কুপশেন শেন্নদুনা থমজবা অমদি ওইরকলিবা অহোংবা কয়া য়েংশিন্দুনা মদুদগী ওইরকপা অফবা অচুম্বা থৌওংবু থবক ওইনা লেপথোকপসু তাইবঙ মীওইবনা তৌনরিবা মথৌনি। মশিগুম্বা থৌদৌ অমা খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা থোক্লমবসু ওইবা য়াই।

খুরখুলদা "লৈমরেল" হায়না খঙনবা কাব্রং লং লংথোক তীল অমা ঙল্লিখৈঙে মতমদগী য়োক্তুনা লাক্লি। লংথোক তীল অসিবু লৈমরেল কৌখিবগী মরম অমদি

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা কি শাবগী লম্

ৱারী লিখুলদি ঃ— কবো নিংথৌ অমগী হাক্তকতা থোকখিবা ৱারীনি। নিংথৌশিনা নোংমা উমংদা শা তানবা চৎপদা লমলৈমা তরেৎকী অতোনবী লাইনুরা শকহেনবী থেংনখি। মশক মতৌ ফজবদু উরুবদগী মাগী তালোয় ওইনবা ফারগা কোনুংদা পুরকখি। মাগী তালোয় অতোনবী ওইখি (অনিশুবী নুপী)। লৈমরেল ফমথোন হাপখি। লৈমা অতোনবীশিনা নুমিদাংৱাইরম সনা কৈথেল কারমদাই খুদিং কনা খঙহন-উহন্দনা কাংখল মনুংদা চঙদুনা ময়া মনুংদগী ফজখ্রবা লংলম তরেৎপু চিংথোক্লগা দওৎ/তওৎ (লংখাই শানবা খুৎলাই) অমা পায়রদুনা লংখাই শাদুনা চিংলমই। লংদুবু সনা কৈথেলদা য়োন্দুনা শেলগী অৱাৎপা লৈতবা হায়বদু ওইরম্মী। লৈমা অহনদুনা চিংনবদগী নিংথৌদা মাগী চিংনবদু তমলে। নোংমা নিংথৌনা সনা কোনুংদি কাদনা নাথৈদুনা লৈরগা লৈমরেল অতোনবীগী লিচৎপু লোন্না য়েংনবা লৈরম্মী। নুমিদাংৱাইরম ওইরবদা তালোয় লৈমা অতোনবীনা ইরু-মাইথজরগা কাংখল মনুংদা চংদুনা ময়া মনুংদগী কাব্রং লং চিংথোক্লুনা দওৎনা লংখাই শাদুনা লৈরম্মী। নিংথৌশু ওকমনখ্রদুনা খুকউ শৌদুনা য়েংলগা হায়রকই। হৈমা ! লৈমা নংদি অশুম্না তৌবোইরে । ৱাহৈদু তাবদা লৈমরেলবিদু খুদক্তা মপুক্সি লোমখি। লৈমরেলবীগী থৱায়দু অশি-লৈবাক য়ৌরক্লে। অশি-লৈবাক্কী নিংথৌরেলনা লৈমরেলবীবু অশি-লৈবাক্তা লাকপা য়াখিরোই হায়রে। লৈমরেলবী মহাক্না পুথোকখিবা কাব্রং লংলম তরেৎ অদু তাইবং শিনবা থুংহল্লুখো তার্কপিরে। মতৌ অশুম্না লৈমরেলবী অশি-লৈবাক্তগী হল্লকলগা তাইবংপানদা অমুক লাক্লে। অদুবু মপুক্লিংদা ৱারৌদুনা কবো লৈবাক্তদি চৎত্রে। মাইকৈ খঙদা পল্লেপফম নাইদনা লাক্লে। মতমসু থেংজিল্লক্লে। লম্বীদা নোংবী নোংলাউ অকনবা অখাক-অরাউ মায়োক্লরে। অকি-তুজুং ফাউরে। অখাক-অরাউ থোকলিবা খুঙ্গং দুদা লৈজবী লুখ্রাবী অহন অমসু মাগী লৌবুক্তা থারিবা ফৌবু শোকপ্রা হায়দুনা য়েংবা মখুত্তা থাঙ্গোল অমা পায়দুনা লাক্লম্মী। ফৌদি শোক্লমদ্রে। লুখ্রাবীদু লৌশঙদা চঙদুনা ঙৈহাক লৈরম্মী। কোরৌ নারল ৱায়রকপা মতম ওইরে। লৈমরেল অতোনবীনা কোয়না য়েংবদা অহনদু উরদুনা মাগী মনাক্তা লাক্লে। অকি-অখঙ

# য়েলহৌঙে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

নংলবী লৈমরেলবীবু উবদা লুখ্রাবী অহনদুনা ইমা লৈরি কিগনু হায়দুনা মখুত্তা থাঙ্গোল পায়দুনা লৈমরেলবীবু কোনশিনবীরম্বী। লৈমরেলবী অকি তুজুং কোকচখি। অহন-ওইবী মমাগী পান্মক ওইবিদুনা লৈমরেলবীগী ওইরিবা ফিবমদুদা নুংঙাইত্রদুনা মাগী মরি মখোং হংলক্কখি। লৈমরেলবীনা মাগী থোকখিবা ব্বারীদু লিজরে। মাগী কনা লৈজদরে হায়বদু অহনদুনা খঙলে। লৈমরেলবীবু মচা শক্লা য়োকচগে পাওমেল্লে। অহনদুনা মাগী য়ুমদা চৎশি হায়রে। লৈমরেলবীনা অহিংশিমদি মহাক লৌশঙশিদা লৈজরগে। হয়েং ইনুং ঙানবগা মাবু লৌবীররো হায়জরে। অহিংদা অহন লুখ্রাবীগী খোম্লেন মংলান্দা লৈমরেলবীনা চীংঙু মপাউ তাক্লরে। ইমাগী খারী লৌবুক্তা হৌরিবা তলা পামেল মথক্তা লৈমরেলবী মহাক্তি কুরাক ওইনা তোংদুনা লৈজরম্মগে। তলা পামেলদুনা মাগী মচিঞ্জাক ওইজরগে। অহন ওইবী মহাক্লা মচামক্কি খনবীদুনা মাবু নাউয়োক-নাউকোনবীয়ু। ইনুং ঙাল্লে। অহন ওইবীদু লৌবুক্তা লাক্লে। মংতাক য়াব্রা তুংইন্না লৈমরেলবী তলা পামেল মথক্তা কুরাক ওইনা তোংদুনা লৈরমল্লে। কুরাক অদো ফারগা ময়ুম তান্না পুরক্লে। ইমাগা লৈমিন্নরশি হায়দুনা কাংখল মনুংদা পুশিন্দুনা চরৈ ফিনা য়োমদুনা লুনা-চান্না য়োকচরে। মতমগী মতুং ইন্না লৈমা মকুম কোকচরে। নুমিৎ খরা লৈরগা লৈমরেলবী তীল ওনলমলে। মংলান্দা হায়রম্বা য়াব্রাদু ইন্না তলা পাম্বীদুগী অনৌবা মনা হেক্কুনা তীল মচাদুদা পীজরে। তীলদু খরা চাওরক্লবদা অরিবা মনা হেক্কুনা পিজরে। মথং-মথং চাওরক্লুনা লৈমা মহুম হাইজখি। তীলশিনা মনা চাবিবা পামেলশি হৌজিক কাব্রংচাক পাম্বী হায়রিবা অসিনি। অহন লুখ্রাবীদুগী নোংমগী খোমলেন মংলান্দা অমুক তাকপীরে। মহুম অদো কোরৌ মৈশাদা ফৌরগা লংনাই চফুদা হাপ্পগা খাম্বী-মৈবু হৌদুনা লং ওইনা নাইবীয়ু। মংতাক অদু নিংশিংনা লংনাই চফুদা হাপ্তুনা লং নাইবা হৌরম্মী। দওৎ পায়দুনা লংখাই শারে । খ্বাংদা ফি ওইনা শারগা অহন লুখ্রাবীদুনা শেংলম্মী। অহন অসিনা শেংলকপা চরৈ ফিদু উবদা মীয়াম পুম্নমক ঙক্লরম্মী। অহন লুখ্রাবীশিনা লৈরমলিবা লমদমশি ঙসিগী খুরখুল হায়রিবা খুঙ্গংশিনি। অসিগুম্বা ফজখ্রবা সনা মচুগী মহুম অসিদগী লং পুখোল্লিবা

কাব্রং তীল অসি নিংথৌগী লৈমা (লৈমরেল)গী লাংওননি (শায়োননি) হায়দুনা "লৈমরেল" হায়না খঙনখিরম্মী। অশুম্না খুরখুলদা ফংলিবা লৈমা তীল অসিবু "খুরখুল লৈমরেল" হায়নসু কৌনৈ।[১৫]

বর্ম্মা লৈবাকপু কবো লৈবাক অদুগা চীনা লৈবাকপু খাগী লৈবাক হায়না মীতৈশিংনা খঙনরম্মী। শিক্ষগী মতাংদদি – মীতৈনা খাগীদগী তম্বা, খাগীনা মীতৈদগী তম্বা হায়বা তোঙান-তোঙানবা ৱাখললোন ফোংদোক্লবগী ৱারোলদি লৈ। কবোদগী তম্বা হায়বদি লৈতে। কবোবু মীতৈশিংনা মুগা লংগী ফিশা-লোনশা তম্বীবগী ৱারোলদি লৈ। মথক্কী খুরখুলগী ৱারী শিনবুলশি ইতিহাস মমাংগী ৱারী ওইকম থোকই। মতম-মতমদুগী থৌদোক্কি হায়না লৌরগা ৱারীশিনা তাকলিবদি ঃ - কবোদগী মনিপুরদা কাব্রং তীল মহুম, নত্রগা তীল পুশিল্লকপগী ৱাফমদি নত্তে। মনিপুরগী লমখৈ মনুংদা লৈজবা লমদম অমদা ৱাখল লৌশিং লৈবী অহন অমনা কুরাক অমা থেংনরুবা মদুবু নুংশিজবদগী য়োকলুবা। মরুম কোক্লকপা, মচা ওনলকপা, মচাশিংদুবু য়োকপা। তীল মহুম কয়ামা ফংখিবা, মহুমশিং অদুদগী মফোন, মশিং চিংদুনা লং শেমখিবগী ৱারীনি। অদুনা ওল্লিঙৈ মনিপুবদা শিজিন্নরম্ব ওসিশু শিজিন্নরিবা কাব্রং লং অমদি কাব্রংচাক পাম্বীশি মনিপুরশিদগী ফংজখিবা থোকচশিনা য়েলহৌঙৈ মনিপুরগী মচাক মরলনি হায়বা ময়েক শেংই। য়েলহৌঙৈদা মালেমশিগী মফম তোঙান-তোঙানবদা লমদমদুগী মীওইশিংনা মাগী-মাগী ৱাখল লৌশিংগী পাম্বৈনা শিক্ষ লং শেমজবা শিজিন্নবা হৌজখিবা হায়বদুদি হৌনবীনি।

মনিপুরদা কাব্রংচাক পাম্বী মহৌশা পোৎথোক ওইনা ফংবগী ওইথোকপা য়াবা অমদি চান-চুনবা নোংজু নুংশাগী ফিভম লৈবরা হায়বদু কুপ্না য়েংশিনবা তাই। মরমদি করিগুম্বা মফম অমদা হৌরিবা উপাল, ৱাপাল, মনা-মশিংগা মফমদুগী লৈবাক লৈশা অমদি নোংজুগী ফিরেপ্কা অপান্নবা মরি লৈনৈ।[১৬]

পৃথিবীগী ওইনা কাব্রংচাক হৌবা লমদমশিং Brazil নত্তনা অতৈদি Equator গী অৱাংদা লৈ। মখল মখা কয়াগী ঈশিং নুংশিংতা কাব্রংচাক পাম্বী

হৌই। Temperate দগী tropic ফাওবদা মশি হৌবা ঙমই। Monsoon মখলগী ঈশিং-নুংশিৎ ফংবা লমদমদসু কাব্রংচাক পাম্বী হৌই। Tropic ওইবা মফমদদি অপনবা লৈতনা শারেপ তানবা ঙমই।[17] মনিপুর Equator গী অৱাংদা লৈবা লৈবাক মচা অমনি। মনিপুরগী Climatic condition সু Sub-tropical monsoon ওই।[18] মনিপুরগী নোংজু ফিভম য়েউরগসু monsoonic ওই।[19] কাব্রংচাক পাম্বী হৌনবগীদমক অশাবগী চাংশি temperature 13°C দগী তাথদবা অদুগা 37.7°C দগীসু হেললোইদবনি। [20]

মনিপুরগী চহি ১গী মনুংদা ওইরিবা অইং-অশাগী চাং, ঈশিং নুংশিৎকী মওং অমদি নোংজুগী ফিভমনচিংবা হিরম খুদিংমক কাব্রংচাক পাম্বী হৌজনবগী চুন-চানবা অমা ওইজৈ হায়বশি ময়েক শেংলে। অদুনা মহৌশাগী পোৎথোক ওইনা লমদমশিদা কাব্রংচাক পাম্বী হৌজরম্বদা ঙকনিংঙাই ওইদে। য়াম্না থানবা অমদি খুদোংচাগদবা মফমদা থানবা লোইননা পাকশন্না লৈমা তীল য়োকপগী থবক পায়খৎনবা শিনবনা অঙনবা মতমদা ওইবা নত্রগা খরা থেংবা মতমদা ওইরুবনা ৱাফম অমনি। কাব্রংচাক পাম্বী থাদুনা লৈমা তীল য়োকপা অমসুং কাব-লংগী পোৎথোক পুথোকতুনা কাব-লংগী ফিশাবগী শিনশুশি লমদমশিদগী পোকচবা লমদমশিগী শিনশুরোননি। অতোপ্পা লৈবাকতসু চৎনজবা, হান্না চৎনখিবা হায়বদুদি মালেমশিগী ৱানি। ওইবা য়াই।

লমদমশিদা কেগে মনাচাবী তীলসু য়োক্লরম্মী; য়োক্লরি। তীল মহুমশিদগীসু লং শুংই, লংশিবু মুগা-লং হায়না খঙনৈ। লং শুংদোকপগী পাম্বেদি "ফৈবাক তাবুল" হায়না খঙনৈ। লংশি নানবা, কুপ্পা লংবগী চাং নেমই। কেগে মনা চাবী তীন য়োকপগী থবকশি আসামদা পাক-শন্না ত্তৈই। খরা হনথবা মংদা Bihar, West Bengal, Manipur, Orissa অমসুং Tripura নচিংবা লমদমশিংদসু য়োকনৈ। আসামীশিংনা হায়রিবা তীল মহুমশিদগী ফংবা লংশি মরুওইনা চাদর শাবদা শিজিন্নে।[21] মনিপুরদদি হায়রিবা মুগা লংশিনা ফনেক, খুদৈ, ইন্নফিনচিংবা শানৈ। কেগে মনাচাবী তীল মহুমদগী লং শুংবগী

কাংলোনশিগী হৌরকফমশি Assam নি হায়নসু শিংথারি।[২২] মৈতৈনা মপান্দগী লৌশিন্দুনা শিজিন্নবা পোৎ-চৈগী মমিং লমদমদুগী লোয়নজরকপা ব্রাহৈগা খোনথোক চান্নবা অদুম লৈজে। **খুদম** ঃ- ঈশিং থমনবা চনখৎতুনা শেন্বা মফম্বু (Tanky) মৈতৈশিংনা তাংকি, কেরোশিনবু ত্রেরশিং, long-cloth বু রোং-কোত হায়না ঙাংনৈ। ব্রাফম অমনা ঙসি মনিপুরদা অব্রা কেগে হায়না খঙনবা পান্বী অমসু হৌরি। অব্রাদগী পুরকপানি হায়দুনা অব্রা কেগে কৌবনি। তখেল লৈবাকতগী পুরকপা লৈনি হায়দুনা তখেল-লৈ, অদুগা খাগী লমদগী পুরকপা লৈহাওনি হায়দুনা খাগী লৈহাও কৌনৈ। লৈ, লৈহাও, কেগে মমিংশিংশিদি য়েলহৌগৈ মনিপুরদা লৈরম্বা খুন্দারোইশিংনা লমদমশিগী লোল ওইনা শিজিন্নরম্বা ব্রাহৈশিংনি। কেগে পান্বীশি মনিপুরদা মহৌশা পোৎথোক ওইনা হৌজবা পান্বীনি। মনাশি চাবা তীলবুনা কেগে তীল কৌবশিসু অতোপ্পা লমগী লোল ওইদ্রে। অতোপ্পা মফম অমদসু হৌজবা, মমিং অমা কৌজবা, লোয়ন্না পান্বীশিগী মনা চাবা তীল যোকতুনা লং শুংবা, ফি শাবগী শিনশু লমদমদুদসু তৌবা ওইফম থোকই।

মুগা তীল য়োকপগী থবকশি মপুং ওইনা আসামদা তৌই। অশিগুম্বা লংশিগী পোৎথোক আসামদদা নত্তনা মশিগা থংনবা লমদমশিংদসু পুথোকই।[২৩] পৃথিবীগী ওইনা তসর সিল্ক পুথোকপদা মাংজিন থারিবা "Peoples Republic of China" গী হেক মথংদা মুগা লং পোৎথোক চাওনা পুথোকলিবশি ভারতকী আসামদা ফংলিবা তাংলবা Golden yellow মচুগী মুগা লংশিনী হায়না শিংথাই।[২৪] মণিপুরসু কাব্রংচাক অমসুং কেগে পান্বীগী পোৎথোক চাথোক লৈ। অদুনা মুগা অমসুং তসর শিনশুরোলগী হৈনা-নাৎ লৈজৈ।[২৫] মনিপুরদা অহানবা ওইনা লৈমা তীল অমদি কেগে মনাচাবী তীলগী মচা নত্রগা মরুম মপান লমদগী পুশিল্লকপনি হায়বা ব্রাফম লাকপা তারবদি ঃ- মালেমশিগী ওইনসু অহানবা ওইনা তীলশি য়োকপগী থবক পায়খৎখিবা লমদমদুদসূ তীলশিগী মরুম নত্রগা মচাদু তীলশোন লাইশোন্না নত্রগা লৌশিং কাংলোনগী (Science) পান্থৈনা শেমউবা

নত্তে।অহানবদা লমলক তীল (Wild insect) ওইনা মহৌশা খুৎশেমগী থরায় পানবা অমা ওইনা লৈজরম্বনি।মীয়োন অমদা তানফম অমদগী থেংনরুনুনা মীওইবনা য়োক থাকখিবা লোয়ননা মতমগী মতুংইন্না Domesticated insect ওইরকখিবনি। কাব্রংচাক পাম্বী , কেগে পাম্বী মনিপুরদা মহৌশা পোৎথোক ওইনা হৌজরম্বা অমদি মনাশিংশি চাবা লমলক তীলশিং লৈজরম্বদি মহৌশা লারেম্বীগী খুদোলনি।মপাল লৈবাক্কী থিজিল্লোইশিংনা অসুম্না হায়রম্মী -"Manipur was the home of the Silk Worm, the real mulberry silk insect originated in Manipur" [২৬]।

মনিপুরদা চৎথরিবা কেগে অমদি কাব্রংচাক মনাচাবী তীল মহুমদগী লং শুংবা অমসুং ফি শাবগী শিনশুশি লমদমশিদগী থোকচখিবনি।থেংবা ঙনবগী ব্রাফমনা অমনি। চীনানচিংবা লৈবাক্লা ইহান হানবা হায়বনচিংবা ব্রাফমনা মালেমশিগী ওইবা মিৎয়েংনি। মনিপুরদা মুগা লং শিজিন্নদুনা মুগা ফি শাবা অমদি কাব্রং ফি শাবদি খৃষ্ট মমাং নিংথৌ অপানবা (সেম্ব্রেং) হাকতকতসু থেংনখ্রে। মুগা লং শিজিন্নদুনা ফি শাবগী থবকশি চীনাদা ১০০০ বিঃসিঃ দা হৌখ্রে।[২৭]

নিংথৌ খুয়োই তোম্পোক্না মচাগী মোংফমদগী ফংবা তীলদুবু নুংশিজবদগী খুনজা থরবু লৈবাক কোনুংগী মখৌ কোকপীদুনা কাব্রংচাক পাম্বী পাক-শন্না থাদুনা লৈমা তীল য়োকপগী থবক পায়খৎনবা থৌশিনখি। খুনজাশিংদুনা খুন্দাদুনা লৈমা তীল য়োকপগী থবক পায়খৎখিবা মফমদুবু লৈমাপোকপম হায়না খঙনখি। মথংদা অতোপ্পা খুঙ্গংদসু থবকশি পায়খৎনরকখি। খুঙ্গংদুবুনা লৈম্রাম হায়না খঙনখি।

খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা লৈমপোকপম, লৈম্রাম খুঙ্গং অনিশিবু লৈমা তীল য়োক্কুনা লৈবাক মীয়ামগী ওইনা কাব-লং পুথোকনবগী থবক শিন্নখি।[২৮] লৈমা তীল পাকশন্না য়োকহন্দুনা কাব্রং মরাং কাইনা (Large Scale) ফংহন্নবা শিন্দুনা শিঙ্কশিলশুগী চাওখৎ খোংথাংদা অনৌবা য়াওন অমা খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা য়েনহৌঙৈ মনিপুরদা পুরকলমই হায়বদা ঙকনিংঙাইদি ওইদ্রে।

য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা কাব-লংগীদমক লৈমা-তীল মশকথোক্না

ইহানহান্না য়োকখিবা মফমশি লৈমাপোকপম হায়রিবা লমদমশিনি।[২৯]

খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা শাখিবা পুক্লিং ব্লানফক-ফি কাব-লংনা শাবনি। লৈমা তীল য়োকপগী থবক লৈত্রানচিংবা খুঙ্গং লমদা মথং মথং পায়খৎনরকখি।

লং-নাইবা অমদি লং-চিংবা অনিশিগী খেন্নবশি খঙদোকপা চুমগনি। লশিং মফোন কয়ামরুম শুংজিন্নদুনা লং হায়বা মশক অমা নাইববু লং-নাইবা (spinning) কৌই। তীল মহুমদগী থোরকপা মচিল মখা খঙদ্রবা মিরাং লংলা কয়ামরুম শুংজিন্নদুনা লংগী মওং তানবা শেম্ববু লং-চিংবা (realing) কৌই।[৩০]

ব্লাফম অমনা কনাগুম্বনা হায়নৈ কাব্রং লংশি কবো লমদগীনি। কবো লং হায়বদগী কাব্রং হায়নখিবনি। অদুবু লমদমশিগী (মনিপুর) অহন-লমন ফিশারোইশিংনা শিজিন্নবম্বা ঙসি ফাওবদা মমিং মুৎত্রিবা লংগী মমিংশিংদি ঃ—

(১) মৈতৈ -লং
(২) ময়াং-লং
(৩) খাগী -লং
(৪) কবো -লং মরুওইবনি।

হায়রিবা কবো-লংশিগা কাব্রংগা মশক-মগুন মান্নদে।

কাব্রং মুগা লংবু "মুগা লংলম তরেৎ" হায়নসু খঙনৈ। তীল মহুম মশামক্তগী তোঙান-তোঙানবা থৌওংনা কাব্রং মুগা লং ফংনবগী, লাক্লবগী পরম হায়বদি লংলম থিবা। অসিগুম্বা লংলমশি তরেৎ লৈবগী ব্লারোল ওইফম থোকই। লংলমদুগী মতুং ইন্না শেমলিবা, ফংলিবা লংদু মমিং থোনবা। অদুনা লংলম তরেৎ লৈখিবগী ব্লাফম ওইগনি। লংলম তরেৎ অদুদি ঃ—

(১) অয়াই লং
(২) অচিং লং
(৩) তমং লং

(৪) খেরে লং
(৫) অহাই লং (লংলেন লং)
(৬) ফৈপাক লং
(৭) লংথী লং।

অয়াই লং ঃ— তীল মহুমদু নুংশাদা নত্রগা মৈদা য়াইরগা মহুমদুদগী নাইবা (চিংবা) লংবু অয়াই লং কৌই।

অচিং লং ঃ— তীল মহুমদু ঈশিংদা মুন্না ফুৎলগা মদুদগী চিংবা লংবু অচিং লং কৌই।

তমং লং ঃ— তীল মহুমদু ঈশিংদা ফুৎতুনা মহুমদুদগী চিংথোবকপা লংদু তমংদা য়েৎলগা নাইবা লংদুবু তমং লং কৌই।

খেরে লংঃ — চকুদা হাপলগা চিংবা (নাইবা) লং হায়না পী। মবিক চুম্না ৱাৎলি।

অহাই লং ঃ— তীল মহুমদুগী মথক থংবা কুরোল খরা লৌথোকখ্রগা ময়াইগী শরুক মখৈ খল্লগা নাইবা লংবু অহাই লং নত্রগা লংলেন লং কৌই।

ফৈপাক লং ঃ— কুরাক কোকখ্রবা মহুম অদু ঈশিংদা মুন্না ফুৎলগা ফৈপাক্তা তাদুনা নাইবা লংবু ফৈপাক লং কৌই।

লংথী লং ঃ— মহুমদগী চিংবা/নাইবা য়াবা লং লৌখ্রগা মুনুবীদা লেমহৌবা শরুক খরা লৈহৌরি। লেমহৌবা ময়ামশি পুনশিল্লগা লং ওইনা অমুক নাইথোকপা য়াই। অসুম্না ফংবা লংবু লংথী লং কৌই।[২১]

Johnstone K.C.S.I. না খাগীদগী মৈতৈনা মুগা শাবা তমখিবনি হায়না Nineteenth Century কৌবা চেফোংদা ইরুববু James Watt K.C.S.I. না ৱাফমশি লাললি। মৈতৈদগী খাগীনা মুগা শাবা তমখিবনি হায়বা অচেৎপা ৱাফম James Watt মশামক্তা ইবা Silk Industries in Manipur কৌবা লাইরিক্তা ময়েক শেংনা পল্লি।[২২] মনিপুরিশিংনা (মীতৈশিংনা) ব্রহ্মিজশিংবু

মুগা লংগী ফিশা-লোনশা তম্বীরম্বী।[৩৩] অমবু ওইরে অমবু ওইরে মৈতৈনা তমলুবা নত্রগা মৈতৈদগী তমখিবা হায়বা ৱাফম অমা লাকপশিনা তাকলিবদি ঙললিঙৈ মতমদা মুগা লং শিজিন্নবা, মুগা শাবা লৈবাকশিংগী মরক্তা মনিপুরসু মনুং চল্লে হায়বনি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশি ঃ-


(১) কীর্ত্তিচাঁদ তেনসুবম্, "তসর য়োকপান", ১৯৮৩, লঃ ৬।
(২) লৈমহনবী লৈমা, "খুরখুল মুগাগী হৌরকফম", ফোংবা সনাতোন ফুরিৎশাবম, ইং ২০০১, লঃ ১৭।
(৩) Ibid P-1.
(৪) Ibid P-7
(৫) Ibid P-10,12,13
(৬) Ibid P-10
(৭) Dr. Choudhury S.N.,"Mulberry Silk Industry" , 1984, P-3 andLexicon university Encyclopedia vol. 19, P-136.
(৮) Dr. Choudhury S.N.,"Mulberry Silk Industry" , 1984, P-3.
(৯) Shenai V.A ," Technology of Textile Processing vol.(i), Textile Fibres Sevak publications, Bombay, P-71.
(১০) কীর্ত্তিচাঁদ তেনসুবম্, "তসর য়োকপা", ৱাহৌদোক লঃ (ii)
(১১) ভোগেশ্বর ওইনাম্, "নিংথৌরোল শৈরেং" (অহানবা শরুক) ১৯৬৭, লঃ ১৯৭,১৯৮.
(১২) Ibid P.P.
(১৩) কীর্ত্তিচাঁদ তেনসুবম্, "তসর য়োকপা", ১৯৮০ ,ৱাহৌদোক লঃ (ii).
(১৪) Phonildro Khumanthemcha, "The Origin and Growth of Sericulture in Manipur" Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organiser, Manipur 1984, P- 49.
(১৫) লৈমহনবী লৈমা, "খুরখুল মুগাগী হৌরকফম", ফোংবা সনাতোন ফুরিৎশাবম, ইং ২০০১, লঃ ৬-১৩।
(১৬) Dr. Angou Thokchom, " Manipur through Ages", Hueiyen Lanpao, Special issue , 13-03-93, p-6.

(১৭) "Manuals on Sericulture", " FAO Agricultural Services Bulletins" published by Food And Agricultural organisation of the united nations, Rome, 1976, printed by central Silk Board,Bangalore,India, 1987,P-3,4.

(১৮) Shyamsundar Singh H, "Geography Book II , for Class X, published by Board of Secondary Education, Manipur, 1990, P-81.

(১৯) " Techno Economic Survey of Manipur", report of the National Council of Applied Economic Research, 1961, printed in India CAXTON press, New Delhi, published by the cheif Secretary, Manipur Administrative, Imphal, P-19.

(২০) "Manuals on Sericultures", "FAO Agriculturral Services Bulletins" Rome 1976 reprinted by central silk Board, Bangalore, 1987, P-4.

(২১) Ibid P-5 (Non-mulberry).

(২২) Dr. D.C. Sarkar, "Ericulture in India", published by cen tral Silk Board, Second Edition,1988, P-1.

(২৩) "Manuals on Sericultures", 1987, P-5

(২৪) The Times of India "Directory & Year Book" 1973, The Times of India press, Bombay, P-95.

(২৫) Ibid P-96.

(২৬) Hodson T.C, ,"The Meitheis ", 1908 1st pub. ,P-44.

(২৭) Columbia Encyclopedia, vol. 22, P-6725.

(২৮) Sagolsem Indramani, The Origin and Growth of Sericulture in Manipur" Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organiser, Manipur 1984, P-60.

(২৯) কীর্ত্তিচাঁদ তেনসুবম্ , "ভসর য়োকপা", ১৯৮০ , লঃ ১৯৭।

(৩০) Ibid P- 100.

(৩১) লৈমহনবী লৈমা, "খুরখুল মুগাগী হৌরকফম", ফোংবা সনাতোন ফুরিংশাবম, ইং ২০০১ , লঃ XII ।

(৩২) নন্দালাল শর্ম্মা, "মৈত্রবাক", ১৯৬০ , লঃ ৩৫ ।

(৩৩) Sagolsem Indramani, The Origin and Growth of Sericulture in Manipur" Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organiser, Manipur 1984, P-60.


---

## তরাতরেৎশুবা তাঙ্কক

# লমদমশিগী ফিশা শিনশুদা চংবা পোৎচাকশিং অমসুং মরি লৈনবা ৱারী শিনবুল

লমদমশিগী ফিশা শিনশুগা মরি লৈনবা পোৎচাক পোৎলমশিং লমদমশিদা ফংজরম্মী অমদি ফংলি হায়বা মখাগী ৱারোন কয়াশিনা তাকই। মনিপুরগী তম্পাক অমদি চীংগী লমদমশিংদা ফংবা, ফিশা-শিললোনগা মরি লৈনবা পোৎথোকশিং নিংথৌগী খুৎথাংদা লমদমশিগী মফম খুদিংদা ফংহন্নবা খুজিন থৌরাং লৈরম্মী। মখাগী ৱাফমশিংশিনা অচেৎপা খুদম্ পী।

১) অন্দ্রোগী পোৎনাদি - কুহি।

২) সেকমাইগী পোৎনাদি - লংলোইদি মী ৩ না মুগা খন ১, লংয়াই খন১, খামু অসিনচিংবা ।

৩) তাংখুল থরক্কীদি - খুম ৪ হানবা লশিং পোন ১।

৪) তাংখুল অৱাং লূপ্তি - লশিং পোন ১।

৫) ইরৈমগীদি - লাল্লুপ অমদা কুহি পরি ৫।

৬) শুগুদি - কুহি ।

৭) মরিং - কুম্না পোন ১ ।

৮) খোইবুদি - পানচি অমনা কুম্না পোন ১, লশিং পোন ১।

৯) ৱাঙু - কুহি পরি ১।

১০) লূহূপ খুন্দি - পানচি অমনা লশিং অয়িন-অয়াই পোন ১ ।

১১) মখান খুলেন্দি - লশিং পোন ১ । কুম্নাসু পোন ১ ।

১২) কবুই চীংমাইগীদি - পানচি অমনা লশিং পোন খন ৫ না হাপ্পা পোন ১ ।

১৩) চোথে - হুইত্রি ১০ ॥ [১]

## য়েলহৌভে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

মনিপুরগী চীংগী লমদমদা লশিং অমদি মচু শংবদা চংবা মচন মরাং কাইনা ফংলম্মী তাকই।

খন্ ১ = উতোং ৭৩০ (চাতরেৎ কুম্বা)

উতোং ১ = ব্রা উতোং কক্লগা শেম্বা লৈপাক্কী ওইনা চংনবা চেং ওন্নবা মেরুক (মীরুক) অমদগী খরা চাওবা মচাং অমনি।

মীরুক ১ = মী অমনা চাগদবা চেংগী চাংবু মীরুক ১ কৌই।[২]

খল ১ = পব্রা ১ ।[৩]

নোংচুপ মায়কৈদা লৈবা খারম কৌবা চীংগী লমদমদা লশিং থোকনবা লৌফম, অনেম্বা কুমনা থাফম নিংথিনা লৈ।[৪] নোংপোক পাংবদা লৈবা খারি কৌবা লমদমগী খুনজাশিংনসু তম্পাক লমদা লং মরাং কাইনা ফংহনবদা মতেং চাওনা পাংলম্মী।[৫]

" খোংচোমনুপী নোংকারোল " দা অসুম্না ইরি ঃ- হে ইতাশা ঐখোয়না নোংকারকপা অসিদা ঐখোয়গী খুৎশু " তমং " কাওরমলে । হয়েং নোংদোন লৈবাক্তা ঈচন্দা করি শুহনগনি, ঈমৌদা করিনা শিন্তাক্লগনি হায়না শোল্লমই। অদুগী তমুং - পুঙ কৌই।[৬]

"থাঙমইলোন " দসু অসুম্না ইরি ঃ- য়িনু করিনা সিললঙনা। য়িথৌ করিনা সিলতম্ নাসিপানো। মোমনু তামং য়িখুৎসুপু । য়িপল ফম্লাংচাল্। ফকলাং লোলচানুতা। থৌকাওরমলে। হাইনা সোললমএ। আতুনোংকিপু । লোইপী তামং -পুঙ অো কৌএ।[৭] লুব্রাং লমদগী ব্রারীনি। মতমদুগী ফিশা শিনশুদা ' তমংসু ' খুৎলাই অমা ওইনা শিজিন্নরে হায়বা তাকই।

"লুব্রাংলোন খোঙগুন " দা অসুম্না ইরিঃ— নোংবানলোন লুচাওবীনা "তওৎ-লংজৈ" লোক্লপুংনে।[৮] তওৎ অমদি লংজৈ শেম্বদা খুৎলোইবা ব্রা অমদি উ হৌবা চীংমাই লৈবগী ব্রাফমনি ।

"চাদ লাইহুই " দা ইরি ঃ- কৈরুক কৈতাই তব্রোৎ তমং মশীং চামাশু, হাওফি লোইফি ফিবোঙ মশীং চামা শুনা ....... ।[৯]

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

"মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা" দা ইরি ঃ- লশিং কাপ্পবা হুইত্রি লোংজল অসি মরিংনা শাবদু পামনৈ ।[১০] ব্রা অমদি লিগী থবকতা মরিং কাংবুসু হৈথোইশিংথোইবগী ব্রাখল ফোংদোকই।

মনিপুরদা য়ুমথোং খুদিংগী য়ুম্বুরেম্বী খুদিংমক্তা মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা শিজিন্নগদবা ফিরোন খুদিংমক শাবা ঙমই অমসুং শাই। মাঙ্গোন্দা খিনবা অচম্বা ইয়োংগী মতেংতনা শাবনি ।[১১] থাদৌশিংনা তম্পাক্কী মীওইশিংগা লশিংনচিংবা ললোন-ইতিক তৌনৈ। য়েলহৌঙৈগী মতমদা থাদৌশিংনা লশিংগী অথাবা ফি অমা শিজিন্নরম্মী। ফিশিবু "ফোইপি হায়না খঙনৈ।[১২] তম্পাক্কী লমদমদসু লশিংনা শাবা অথাবা ফি অমা মরুওইনা নিংথমথাগী মতমদা পাক শন্না শিজিন্নরম্মী। ফিশিবু "ঙাবোং-ফি" হায়না শিংথানৈ। মনিপুরদা শিজিন্নরিবা ফিশিংশি মচু কয়া থোক্লা লাংবসু লৈ। অঙাংবা, হিগোক, অশংবা,কমলা-মচু অমদি সনামচুনা মরুওইবনি। ফিগী মগুন অমদি মচুগী খুলাং মনিপুরদা ফংলিবশি অতোপ্পা মফমদা ফংদে।[১৩]

নোংপোক থংবা তাংখুল তাবা চীংগী লমদম মরুওইনা উখ্রুল, তোলোই. নাইমু, সানদাং তোইনেম অমদি ফাদাং খুঙ্গংশিংদা ফিশা শিল্লম্ খুমাং চাওশিন্না চৎথরম্মী।মখোয়না মৈদিঙু সনা কৈথেলদগী লশিং অমদি লং লৈরম্মী। মখোয়না নোংচুপ থংবা চিংশাংশিংদা তারিবা কুকিশিংদগীসু লশিং ফংলম্মী।[১৪] ব্রাফম অমসু লৈরি। মনিপুরদা লৈরিবা চীংশাংশিংদা লশিং পাম্বী হৌই। তৌবদদি মরুওইনা হৌরিবা মফমশিংদি চুরাচান্দপুর, তেংনৌপল অমসুং উখ্রুলগী লমদমশিংনি।[১৫] লশিং মরুনা পোকথায়দুনা ময়োল চোংবা ঙমজনবা তঙাইফদনা ১৫° C দগী হনথদবা অশাবগী চাং চংই। অদুবু ২১° C দগী নেমথখিবদা, হৌজরবসু ব্রায়োং চাবদি ব্রাংলি।[১৬] লশিং থোকপা লমদমগী মমিংদা টমেংলোং য়াওদবশিনা লশিং থোকপা লম্ শিংথাবদা মরিক চুম্বা ব্রাংলে হায়দবা ঙমলোই। ব্রাফমশিবু মথাগী ব্রারোন খরশিনা মপুং ফানা চুম্লে হায়বদু উংলি। লশিং পাম্বীগীদমক চুনবা Soil গী মতাংদা লাইরিকশিগী ৬-শুবা মতাংদা শুগাইনা পনখ্রে। মতাংশিদা খন্নগদৌবা

ৱাফমদি red soil দি মনিপুরগী নোংপোক অমসুং নোংচুপগী চীংশাংশিংদা ফংই। অদুগা লশিংগা চুনজবা লৈবাক লৈশা (Soil) অমা ওইরিবা Laterite Soil দি নোংচুপলোমগী চীংশাং নাপোমদদা য়াওবগী ৱারোল লৈ।[১৭] টমেংলোং দিষ্ট্রিক্তা লশিং পোৎথোক চাং ৱাংনা ফংই হায়বসি মখাগী Data Chart অসিদগী খঙবা ঙমই।

মনিপুরগী অনেম্বা চীংলমদমশিংদা লশিং পাম্বী মথন্তা নত্রগা ফৌ পাম্বীগা য়ানশিন্ননা হৌই। মনিপুরদা অরিবা মতমদগী ফংজরক্কবা মপোপ তেনবা লশিং মখলশি "Comilla" হায়না খঙনৈ।[১৮] লশিং মখল খুদিংগী মাগী মাগী মফোন (ফাইবর, লশিং) শিংশিগী অশাংবশি মিমি .২২ দগী ৫০ ফাওবা ওই। ডেনসিটিনা ১.৫৩ ওই। তৎত্রিফাওবা চিংথোকপা য়াবশি (শাংদোকহনবা ঙম্বশি) চাদা ৪ দগী ১৩ ফাওবা ওই। চাংচৎতা চাগী চাংদা ৭-৮ ফাওবা ওই।[১৯] তাংখুল তাবা উখ্রুলগী লমদমদা খুনজাশিংনা শেন্দান লম্বী ওইনা ফৌ নত্তনা অতৈ মহৈমরোং কয়াসু থাই। মদুগী মনুংদা লশিংসু অমনি। চীংচেপ, চীংমাইদা অমদি লাম্মৈ থাবা পামলৌগী মফমশিংদা লশিংসু থানৈ।[২০] মনিপুরগী ওইবা ৱাফমদা লশিং থাফম ওইরম্বা মফম কয়া ফৌ অমদি অতোপ্পা মহৈমরোং কয়া থাবদা শিজিন্নখ্রে।[২১]

অহোংবা শামতুগী ফি শাবদা য়ানশিন্নবা মনিপুরগী মপোপ অতেনবা (Comilla) লশিংশি মপান লৈবাক্তা য়াম্না পামই অমসুং য়াম্না তান্নৈ।[২২]

লমদমশিদা শারিবা ফিদা ময়েক থোকলিবা মওং মতৌ কয়াশি মনিপুরদা শিজিন্নরিবা ইয়োংশি নত্তবা অতোপ্পা অমদা মান্ন্না থোকহন্বদা মচু তাবা ৱাৎলি।[২৩] "হাওসি নামোইনু " দা ইরি ঃ- ইপলদো কেগে মোইরাং নিংথৌগীসেনবী ইংথি খলোং লোই, তুনুং লংপাল লোই, চাবাক লোঙচুম লোই, ফাখঙ য়ুখল লোই, ফিঙাং লংবুল লোই, সোইকন হয়ঙান লোই, মংগে হয়চিল মোকতোক লোইবু লোই থৌরুখিগে .........।[২৪] "ফিঙাং লংবুল " শিগী ৱাহনথোকশি ফি অঙাংবা শানবা লং অঙাংবা মপুন হায়না লাইরিকশিদা পী। কেগে মোইরাংগী অকোয়বদা লৈবা লমদমশিংদসু ফিশা-লং মখল কয়া অহোং অচাও নাইনা ফংলমবগী ৱানী।

**DISTRICT WISE ESTIMATED AREA OF THE CROP "COTTON" FOR THE YEARS 1989-90, 1990-91 AND 1991-92 IN MANIPUR ( AREA IN 1000 HECTORES).**

| Year | Senapati | | | | Tamenglong | | | | Churachandpur | | | | Ukhrul | | | | State | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | Autumn | Winter | Spring | Total | Autumn | Winter | Spring | Total | Autumn | Winter | Spring | Total | Autumn | Winter | Spring | Total | Autumn | Winter | Spring | Total |
| 1989-90 | – | – | – | – | 0.0050 | 0.0050 | – | 0.0100 | 0.0117 | 0.0116 | – | 0.0233 | – | – | – | – | 0.0167 | 0.0166 | – | 0.0333 |
| 1990-91 | – | – | – | – | 0.1022 | 0.1083 | – | 0.2105 | – | – | – | – | 0.0341 | 0.0341 | 0.0341 | 0.1023 | 0.1363 | 0.1424 | 0.0341 | 0.3128 |
| 1991-92 | 0.0492 | – | – | 0.0492 | – | – | – | – | – | – | 0.0883 | 0.0883 | – | – | – | – | 0.0492 | – | 0.0883 | 0.1375 |

সেনাপতিগী পোত্থোক ১০.১৭%; টমেংলোংগী পোত্থোক ৪৫.৬০%; চুরাচান্দপুরগী পোত্থোক ২৩.০৮%; উখ্রুলগী ২১.১৫%

SOURCE : Directorate of Eco & Statistics, Govt. of Manipur

ফি শাবদা মরুওইবা খুৎলাই অমা ওইরিবা পাঙদেম অসি পাঙদেম কৌদ্রিঙৈদা "লংচাক খুদেং শাবা " হায়না কৌনরম্মী।[২৫]

"শুনা হাওদৈ কাংফদে৷ লংলা ওইরম হুনফদে। নাম্বা তেমজিন লোনফদে।" "শানৌ ইচিন ইনাওদি ফান হৈবু শেমসে হুন্না হৈবু তাখৎসে। মোমনু শুনা থাংদিল্লাং কান্দা কিশি লাং, মোংবা ইলগোই লাংবু লাংশেমসে"।[২৬] "মোমনু সুনা হাউতৈ কাঙফাতে। লংচাক ব্রোইরম হুননা। নানবা তেমচিল লোনফাতে।"........"মোমনু সুনা থাংতিংলাং । কানতা কানতা কিসিলাং। মোংপা য়িনকোই লাংপু। ইনূং সোয়য়াইমাতা লাংসেমএ"।[২৭]

শুনা য়াচন কাংদুনা তেম লোনবা তেম থেংদুনা ফি শাবগী অমসুং লং থাংদি তাদুনা কিশি কি-কিদুনা করিগুম্বা অমবু (কক্‌য়েন মীঙম্বা) ফানবা লাং শাবগী ব্রাখললোন উৎলি। খৃঃ ২৬৪ য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিন-মনাওগী মতমদনি।

Anglo-Manipuri Treaty, 14th Sept. 1762 গী ব্রারোন মখাদা বৃটিশ সরকারগা মনিপুরগী নিংথৌগা হিরম খরদা য়ান্নবা লৈখি। Treaty শিগীদমক ব্রাফম কয়া পুখৎনরকখি। ব্রাফমশিংদুগী মনুংদা বৃটিশগী লাম্মী মনিপুরদা শিজিন্নবগীদমক মনিপুরগী নিংথৌনা মনিপুরগী পোৎথোক্কী শরুক খরা বৃটিশদা পীবা হায়বা ব্রাফমসু মরুওইবনি। মখাগী পোৎলমশিং অসি চহিংগী ওইনা বৃটিশ সরকারদা মনিপুরগী নিংথৌনা পীবা হায়না য়াখি।[২৮]

| | পোৎশক | পোৎকী চাং | মমলগী চাং | অপুনবা শেনফম |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মুগা-লং | মন ১০ | শেরদা লুঃ ৫ | লুঃ ২০০০/- |
| ২। | লং-অমুবা | মন ১০০ | মনদা লুঃ২০ | লুঃ ২০০০/- |
| ৩। | লং-অঙাংবা | মন ১০০ | মনদা লুঃ ২০ | লুঃ ২০০০/- |
| ৪। | লং-হিগোক | মন ১০০ | মনদা লুঃ ২০ | লুঃ ২০০০/- |
| ৫। | লং-অঙৌবা | মন ২০০ | মনদা লুঃ ২০ | লুঃ ৪০০০/- |

# য়েলহৌতে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

অদুগা বৃটিশ লাম্মী মনিপুরদা থুংলবগা থা অমগী মনুংদা মনিপুরগী নিংথৌনা বৃটিশ সরকারদা পীগদবা পোৎলমশিংগী মনুংদা লমদমশিদা ফংবা লং শিংথানবা চাংদা য়াওই। মদুদি মুগা লং মন ৫,লং অমুবা মন ৫০, লং অঙাংবা মন ৫০,হিগোক লং মন ৫০, লং অঙৌবা মন ১০০ শিনি।[২৯] মনিপুরগী শু-নোম্বগী পোৎথোকশিংগী মনুংদা লংগী পোৎথোকসু শিংথানবা য়াই তাকপনি।

খুরখুলদা মুগা লং মথল অনিগী পোৎথোক থায়নবৈঙেদগী পুথোক্তুনা লাকই। (১) কেগে মনা চাবী তীলদগী পুথোকপা মুগা লং। (২) কাব্রংচাক মনা চাবী তীলদগী পুথোকপা মুগা লং । কাব্রং মুগা লংশি থোইদোকপা পোৎথোক ওইনা পুথোক্তুনা লাকই।[৩০]

ইউরোপিয়ানশিংগী পুন্সিরোনদা গেহ্ অমসুং শামতুবু মরুওইবা পোৎচং ওইনা লৌনৈ। অদুবু মনিপুরদদি ফৌ অমসুং মুগা লংবু মরুওইবা পোৎচং ওইনৈ।[৩১]

ঙল্লিঙৈদগী চৎনরকপনা থায়নবৈঙেদসু নিংথৌনা শিজিন্নরবা ফি শাবা, মদুগীদমক অফবা নুমিৎ-থা য়েংদুনা শাবা হৌবগী চৎনবী লৈরম্বগী খুদম ফংই।মদুদি-১০ নি য়ুমশকৈশদা (১৯-৯-১৮৬৬ ইং) নিংথৌ ফি হৌএ। ৩ নি ঈরাইদা (৩-১০-১৮৬৯ ইং) নিংথৌ ফি হৌএ। ১২ নি ঈরাইদা (৩-১০-১৮৭৩ ইং ) নিংথৌ ফি হৌএ। ৩ নি ঈরাইদা (২১-১০-১৮৭৬ ইং ) নিংথৌ ফি স্না নমথাং হৌএ।[৩২]

অসুম্না নিংথৌগী ফি শাবদা,ফি শাবনা ফি হৌই। সুনা খল্লি। অরুবা ফিশাবনা লং ফেনগনি; লং শেৎকনি। তাওথম ফিশাবনা লং সুংগনি । ফি শাবা লোইরবদা তৌবিয়া ফিশাবনা ফি কক্কনি।[৩৩]

ফি অয়াম্বা নুপিশিংনা শারগশু নিংথৌগী মনাফিদি নুপাশিংনা শানরমি। অসিগুম্বা ময়েকথোকপা নিংথৌফি অমা শাবদা য়ামদ্রবদা থা তরেৎতগীনা চহি অমা ফাওবা চংনা শাই।[৩৪]

নোঙোদাদা লৈবী চহি ৯০ হেল্লক্লবী ফৈরোয়জম ইবোক পিশক্কী পাওখুম

ৱাহৈদা-"ঐখোয়দি অয়াম্বনা ইখুৎনা লং নাইরগা শাবা ফিনা অরু-অহেন্দা অদুম শীজিন্নরকই। ঐখোয় মতমদদি তরেং কপত্রেংসি য়াম্না মরুওইনা হাপ্পরম্মী"। [৩৫]

মনিপুরদা ইমুং অমগী চংগদবা ফিরোল ইমুং-ইমুংদুগী নুপী ওইবীশিংনা শারগা শিজিননৈ হায়বা ৱাফম ময়েক শেংহল্লি।

আসামগী মফম খরদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবা মৈতৈশিংগী লুহোংবদা চৎনরিবা নাৎকী ওইবা কাংলোনদি -লুহোংফমদা ময়েক নাইবী শেৎপী কনাগুম্বী মৌ অমা ফমদ্রিঙৈদা ঈশৈ হৌবা য়াদবগী চৎনবী অমসু ঙাক্লা চৎনরি। অদুগা লুহোংলবা নুপীদুনা নিপা ময়ুম তম্না খোঙশানবা মতমদা তরেং পুবীনা মাঙ থারগা চৎনৈ। [৩৬]

মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ ওইরিবা ফনেক মপান নাইববু মতিক ময়াই চেনবগী ৱাহনথোক লৈবা অমদি থাক ৱাংনা লৌবগী ৱাখললোন ফোংদোকই। অদুগা নুপী ওইবীশিংগী মপুং ওইবা, মরুওইবা শিন্থাশি ফিশা লোনশানি হায়বা ময়েক শেংনা তাকই।

মনিপুরগী নোংপোক চিংখৈ চীংলমদমদা তাবা মৈতৈ খুল "ক্বাথা " দা চৎনরিবা নাৎ অমা —"অঙাং ঈপান থাবগী থৌরম"। ঈপান নুমিৎকী নুমিদাংদা নোংদম্বা কৌবা লাই খুরুমই। নিপা ওইরগা " লীরুং তেন্দোং ", নুপী ওইরগনা "ফিশা তেম " য়াওগনি। [৩৭]

ইরৈকাই ইখুঙ্গং ঙাকথোক্লবা, ইরৈপাক ইরমদমবু য়েক্লবদগী কন্নবা, লিরি তেন্দোং পান্দুনা তেনকাপ্পা তম্বনা নিপা ওইবগী মথৌদাং ওই তাকই। নুপী ওইবীশিংগীদমকতি ফিশা তেমশি নিঙোল শিন্থাগী মরুওইবা শিনশু খুৎলাই ওই, ইশা ঙাকথোক্লবা খুৎলাইসু ওইবা, শাদা লালদসু শিজিন্নবা য়াবা শাগোন্নগদবা খুৎলাইনি তাকই।

মথক্তা পনখ্রিবা লুহোংবা, ঈপান থাবগী চৎনকাংলোনশি মৈতৈশিংগী লিরবা নাৎনি। অদুনা ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌদুনা ফিশা শিনশুশি মনিপুরগী নুপীশিংগী মরুওইবা শিন্থা ওইদুনা লাকলে হায়বদু ময়েক শেংহললি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-


(১) ভোগেশ্বর ও. "লোয়ন-শিনলোন্" ,১৯৬৭ , লঃ ৫৩-৬১।

(২) "কংলৈখোল ", Kangjia Ng. (Ed.), Jan.,Feb. 1991, P-28.

(৩) নোদিয়াচান্দ ; "লংথোক তীলয়োকলোল"।

(৪) নরেন্দ্র মোইরাংথেম , "খোংচোমনুপী নোংকারোল ", ১৯৬৫, লঃ ৩,৪।

(৫) Ibid P-6-7.

(৬) Ibid P-45.

(৭) হেমচন্দ্র অমসুং কুলাচন্দ্রা, "থাঙমইলোন " ১৯৮৯ , লঃ ১০।

(৮) বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নামচা, "লুরাংলোন খোঙগুন" লঃ ১৪

(৯) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "চাদ লাইহুই " ১৯৬৬ লঃ ৫৮

(১০) ডা. কীর্ত্তি মোইরাংথেম, "মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা " ১৯৭৭ লঃ ২২।

(১১) Hodson T.C.,"The Meitheis" 1908 (1st pub.), P-22, 29.

(১২) Kipgen Khaikhotinthang, "The Thadou Kukis", 982,P-9,10,38.

(১৩) Roy Nilima, "Art of Manipur" , 1979, P-38.

(১৪) Hodson T.C., "The Naga Tribes of Manipur ", 1911, P-45,46.

(১৫) Ansari Sultan Ahmad, "Economic Geography of Manipur ", 1976, P-68.

(১৬) "Handbook of Agriculture", Jaiswal P.L.(ch. Ed.). published by Indian Council of Agricultural Reseach, New Delhi, 1980- P-1021.

(১৭) Shri Shyamsundar Singh H., "Geography Book II, For class X, published by Board of Secondary Education , Manipur 1990, P-83.

(১৮) Udhob Singh L. , "A Brief History of Agricultural Development in Manipur (1946-1983); 1989, P-147

(১৯) N.Chernyshova, Chemical Technology of Fibrous Materials (translated from the Russian), Mir Publishers, Moscow, 1973, P-21 .

(২০) Techno-Economic Survey of Manipur, Report of the National Council of Applied Economic Research -1961,printed in India, New Delhi, published by the chief Secretary Manipur, Administration, Imphal, 1961,P-13,19.

(২১) Udhob Singh L., "A Brief History of Agricultural Development in Manipur, (1946-1983), 1989, P-149.
(২২) Udhob Singh L., "A Brief History of Agricultural Development in Manipur, (1946-1983), 1989, P-148.
(২৩) Roy Nilima, "Art of Manipur", 1979, P-32.
(২৪) স্নাইহল বিঃ কম্ঃ রাজকুমার, "হাওসি-নামোইনু", ১৯৮৮, লঃ ১১।
(২৫) বাহাদুর মুতুবা, "মণিপুরী আর্টকী রারী শীংবুন (অহানবা শরুক), ১৯৭৩, লঃ ২১।
(২৬) মনাওয়াইমা নোংমাইথেম্, "তুতেংলোন", ১৯৮০, লঃ ৭.
(২৭) ভোগেশ্বর ওইনাম, "তোরৈরোল লম্বুবা", ফোংবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী, ইম্ফাল, ১৯৮৪ ইং, লঃ ৪।
(২৮) Sanajaoba Naorem. "Manipur: Treaties and Documents (1110-1971) vol.I, published by Mittal publications New Delhi, 1993, P-15,16.
(২৯) Ibid PP.
(৩০) লৈমহনবী লৈমা, "খুরখুল মুগাগী হৌরকফম", ফোংবা সনাতোন ফুরিৎশাবম, ইং ২০০১, লঃ ৬।
(৩১) Sagolsem Indramani " The Origin and Growth of Sericulture In Manipur, Compiled by Naorem Kunjaraj, Seri-organiser, Manipur 1984, P-60.
(৩২) চৈথারোল কুম্বাবা, লঃ-৩৬৪,৩৮০,৪১১,৪৩১।
(৩৩) "মসিল", সম্পাদক, খুলেম চন্দ্রশেখর, ১৯৯৭ লঃ ২৫।
(৩৪) মুতুবা বহাদুর, " মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং" Hueiyen Lanpao, Special Issue 21/1/96 P-4.
(৩৫) চানা লুখোই, "চেম্বুরকপা ঈচেল" 'ইমাখোয় অবোকখোয়না নহা ওইরিঙৈ', দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেস, ইদিটর প্রাদিপ ফানজাওবম, ১৯-৬-১৯৯৮, লঃ ২।
(৩৬) কুঞ্জমোহোন এন (সোনাই), "আসামগী বরাক তম্পাক্তা মৈতৈ লুহোংবগী শক্তম্", ইদিটর মনিন্দ্র কোনসম, মার্চ্চ ১৯৯৯, লঃ ১০.
(৩৭) গৌরচন্দ্র ময়াংলম্বম, "কাথা", ফোংবা পিপলস ম্যুজিয়ম ককচিং, ইং ১৯৯৫, লঃ ৩।

## তৱানিপালশুবা তাঙ্কক্

# মনিপুরী ফিশারোইশিং ফি শাবদা থোইদোক হেন্দোকই।

চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌ হাক্তক্কী ৱাফমনি। বৃটিশগী ফি শাবা কাংবুনা নিংথৌ (মনিপুরগী) ফি শানবা হোৎনবদা নিংথৌ ফিগী ময়ুংগী লংনা ময়েক থোকপদু ঙমদনা তোকখি।[১] বৃটিশগী ফি শাবা কাংবুদুনা ইতোপ-তোপ্পা ইনৌ নৌবা ফি মখল অমা নিংথৌগীনি হায়দুনা শাগে থৌরাংবগী ৱাফম নত্তে। নিংথৌনা হান্না শেৎলম্-ইল্লমলবা ফিজোন অদুগী মতৌ মওং মান্নবা শাবা হোৎনবগী ৱানি। লমদমশিগী খুন্দারোই অরিবশিং অমদি মখোয়গী শুথাংনদি ফিদু লায়না নিংথিনা শাবা অমদি শিজিন্নরম্বগী ৱাফমনি। ৱারীশিনা তাকলিবদি ফিশা শিনশুরোনগী লম্দা পীক্লবা লমদমশিদা লৈরম্বা মীশিং য়ামদ্রবা মনিপুরীনা পৃথিবীগী মপু ওইরম্বা বৃটিশতগী হৈথোই শিংথোইবা হেললি হায়বমক নত্রবসু মনিপুরীশিংসু ফিশা লোনশাদা খুৎমাং চাওশিন্না হিংজরম্বা ফুরুপ্নি হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই।

ইং ১৭৫৫ অমসুং ১৭৫৮ দা Burma গী নিংথৌ Alaungpaya না মনিপুরদা লান্দারকখি। লালদা ফাখিবা মনিপুরীশিংবু Burma গী কোনুংগা নক্লবা লমদমশিংদা খুন্দাহনখি। মফমদুদা লৈখিবা মনিপুরীশিংনা শিঙ্কগী ফজরবা ফি কয়া শাখি । লোয়ননা " acheik" হায়না খঙনবা অনৌবা ফিশা মখল অমসু মনিপুরীশিংদুনা Burma দা হৌদোকখি। [২]

হাইদ্রবাদতা পাংথোকখিবা ৪৪ শুবা ওল ইন্দীয়া ইন্দস্ত্রীয়েল এক্সীবীসন্দা মনিপুরগী কুমারী এল. সনাহম্বী দেবী অপোকপা এল. চাওবা সিংহ শিংজমৈদা লৈবীনা বুলল নিটতিং অমসুং এমব্রোয়দরি সেনিয়ার অমসুং জুনিয়ার

অনিমক্তা ফার্ষ্ট তাখি।[৩] ফি শাবদা নত্তনা ফি লোলবসু মনিপুরী চনুরাশিং হৈথোই শিংথোই অমসুং থোইদোক হেন্দোকই তাকপনি।

লমদমশিদা শারিবা ফিদা ময়েক থোকলিবা মওং মতৌ কয়াশি মনিপুরদা শিজিন্নরিবা ইয়োংশি নত্তবা অতোপ্পা অমদা মান্ননা থোকহনবদা মচু তাবা হাংলি।[৪] শিজিন্নরিবা খুৎলাই ইয়োংদগী নত্তনা ফিশারোইশিংগী হৈথোইবসু মরম অচৌবা অমনি।

*মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ-*


(১) উষা, "মুৎথ্রবা পাড়িখোং", মচা লৈবা ৭ শুবা মশিং; ওক্তোবর ১৯৭৪, লঃ ৬৭।

(২) Harvey G.E., " Outline of Burmese History". Published by Orient Longmants Ltd., 1926 (first Edition) P-133 and Desi W.S., " A Pageant of Burmese History" , published by Orient Longmants, Bombay, Madras, New Delhi , 1961, P-112.

(৩) Daily News Paper, " Huiyen Lanpao" Ed. Bharat Bhuson, 25-4-1984.

(৪) Roy Nilima, " Art of Manipur ", 1979, P-32.

## তরামাপলগুবা তাঙ্কক

# লমদমশিদা ফিরোনগী ললোন ইতিক

মৈত্রবাক্কী চীং লম্বীশিংদা লমদমশিগী অমদি মীরৈবাক্কী লল্লোনবশিংনা খাগীগী মুগা ফি য়াম্না পুথোক-পুশিন তৌরম্মী।[১]

লমদমশিদা শাবা মুগা ফিসু মীরৈবাক্ অমদি লমদমশিগী লল্লোনবশিংনা আফগানিস্থানদসু পুখি।[২]

মৈতৈ লল্লোনবশিংনা নিংথি অমসুং ইরাবতী তুরেল অনিগী মরক্তা লৈবা লমদমদা লল্লোনবা চৎলি। য়ুনান্গী লোয়ালম্ লোৱা শান্না তাবা লম্, খুমতি, শিঙ্গু ; নিংথি অমসুং ভামো তুরেলগী মরক্তা তাবা শানশিংগী লম্ য়ৌনা চৎলি।[৩]

অসুম্না লম অমদগী অনৌবা ফি অমা পুরকপা অদুগা লমদমশিদগী অতোপ্পা অমা পুথোকখিবগী থবকশি ঙললিঙৈদগী লমদমশিদা চৎনরকলে।

ভারতকী ওইবা মিৎয়েংদসু ; ইং ১৬০০ কী মতমদগী ভারতকী লশিং-লং ইংলেন্দদা East India Company গী খুথাংদা পুশিনলকলে।[৪]

ইংলেন্দদা Musline ফিরোন মীয়াম্গী ফিজোন ওইনা শেৎনরে হায়না ইং ১৬৯৬ তা " The Naked Truth" কৌবা Pamphlet অমদা ইখি।[৫] গঙ্গা তুরেলনা চেললিবা লমদমদগী ফংবনি হায়দুনা গ্রিকশিংনা Musline বু gangitiki হায়না কৌই।[৬]

ভারততগী শিঙ্ক ইংলেন্দদা পুশিল্লকপা থিংনবা এক্ট অমা ইং ১৭০৮ দা ইংলিস পারলিয়ামেন্টতা পাস তৌখিবগী ৱারীসু লৈ।[৭] মনিপুরদদি খুরখুল, কৌত্রুক চকপা ফয়েং কব্রংগী করবার তোই।[৮]

***মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ-***

(১) নন্দলাল শর্ম্মা ,মৈত্রবাক, ১৯৬০, লঃ ৩৪।

(২) Ibid P-35.
(৩) Ibid P-40.
(৪) Sethi B.L.," Cotton in India ", Published by Secy., Indian Central cotton committee, Bombay, 1960, P-4.
(৫) Ibid P-4.
(৬) Ibid P-3.
(৭) Ibid P-4.
(৮) ম্লাহল রাজকুমার, ভুগোল অরায়বা, ইং ১৯৫১, লঃ ২৬ ।

---

## কুনশুবা তাঙ্কক্

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবদা শিজিন্নরম্বা খুৎলাইশিং

মনিপুরদা ফি শাবশি থৌওং অনি লৈ। (১) খ্বাংদা শাবা (২) য়োংখমদা শাবা । অসুম্না মনিপুরদা শাবা ফিবু ইয়োং ফি হায়না খঙনৈ। খ্বাং-ইয়োংগী ফি শাবদা চংবা খুৎলাইশিংদি ঃ—

১। সনম

২। খোঙশাঙ

৩। উয়ুংচৈ

৪। নাৎ-উতোং

৫। শীংখন

৬। পাঙদেম

৭। শূনা-চৈ

৮। ফৈরা অমসুং ফাবন থৌরী।

৯। সড়ু

১০। শীংকাপ

১১। তেম *১

ময়ামশিগী মথকতা খুৎলাই থরাগা (১) য়েপ্পু (২) নায়েৎচৈ সু চংই।*২ ময়ামশিদা নত্তনা "শুনা" সু চংদবা য়াদ্রবা মচল অমনি।

পাং ইয়োংগী ফি শাবদা চংবা খুৎলাইশিংদি ঃ—

১। য়োংখম

২। পাঙদেম

৩। শূনা উপাক
৪। কোননবা
৫। উয়ুংচৈ
৬। নাচৈ
৭। শীংমিং
৮। শীংকাপ
৯। নাওনখোক
১০। খোঙনেং
১১। শমজেং *[৫]
১২। ফিশাফান ॥

অদুগা কোন্নবগী মতাংদা ময়ুং লংগী কোন্নবা অমা, অশাবা ফি কোনশিন্নবা কোন্নবা অমা চংই। *[৪] মশিদসু "শূনা" দি ইচং চংই। খ্বাং ইয়োং নত্রগা পাং-ইয়োংদা ফি শানবা থৌরাংবদা চংবা খুৎলাইশিংদি ঃ-

১। কপত্রেং
২। লশিং কাপোন
৩। হুইত্রি
৪। তরেং
৫। তওং
৬। তমং
৭। তরেংয়োং
৮। মশা
৯। লংয়ৈচৈ
১০। ফিহৌ কৈরাক
১১। শিল্লুক
১২। লংচাক ময়োং
১৩। লংহল

## য়েনহৌতে মনিপুরদা ফি শাবগী নম্

ফি শাবদা চংবা খুৎশু-খুৎলাই শেম্বা-শাবা অমদি ফিগা মরি লৈনবা থবক তৌনবা অখন্নবা থৌগাইলোয় থৌপাংলোয় লৈরম্মী। শিংথাবা য়াবা খরদি *৫।

| | | |
|---|---|---|
| (১) ফিসাবগী মসিন্দি | — | নিংথৌ ফি ফিরেল, কাপই শিংনাংপাল,বানফক, তাচিন,নিংথৌ ফি মখৈ মখোয়না শাগনি। |
| (২)খুৎহৈবগী মসিন্দি | — | পাঙদেম, তৱোং, তমং সাবা, নাচয়, য়েৎপু য়িৎপা, তেম য়িৎপা । |
| (৩) মৈতৈ হিসাবগী মসিন্দি | — | খামেন চপ্প, লৈচপ্প, অনিমগী বুচপ য়ানগনি। |
| (৪)সিনাইবগী মসিন্দি | — | সিয়ারুক্ক সাবা, তরেঙ মনা তাবা। |
| (৫)বুরুংব | — | পায়জ সুবগী মসিন্দি -- খামেন চপ্পগী বুফম হনগনি। ফিহৌ কৈরাক, সুনা বুপাক সাগনি। |
| (৬) হাউপান্নবগী মসিন্দি | — | তেম, ফিসা-বুতোং,কোন্নবা, (য়েৎপু), নাৎ-বুতোং সানবা খাঙগনি। |
| (৭) হিজ সাবগী মসিন্দি | — | য়ান্দুনা, ইৎতুনা উদগী উপাক সেম্বা-সাবা,তেম সাবা, কোন্নবা সাবা,হি সাবা, তরেং সাবা অসিনি। |
| (৮) অয়েকপন | — | ফি থুপতুনা ৱমাইদ নমগনি। |
| (৯) ফুরিৎ সাবগী মসিন্দি | — | ফুরিৎ সানাইবা, খাউচোন ফুরিৎ, নিংথৌ ফি পুনফা ফাবা । |

### মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ-


(*১), ( *৩) - H.Bama Devi, Weaving Instructress, Canchipur High School, "ফিশা-লোলশা" লঃ ২৫-২৬।

(*২),(*৪) - লালহরি শর্ম্মা বাচস্পতিময়ুম, চরৈ শিন্দম লাইরিক, ১৯৯০, লঃ ৬৪।

(*৫) - মসিল, সম্পাদক - চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৯৭।

## (১) ফি শাবদা চংবা খুৎলাই খরগী মশক তাকপা



১। ফৈরা
২। ফাবন থৌরি
৩। কোন্নবা ( য়েৎপু-২)
৪। নায়েৎ- চৈ
৫। উতোং
৬। শুনা- চৈ
৭। তেম
৮। পাঙদেম
৯। শিংকাপ
১০। য়েৎপু কনাইবা
১১। সনম



১। উয়ুং চৈ
২। ফৈরা
৩। ফাবন থৌবি
৪। কোন্নবা (য়েৎপু)
৫। নায়েং চৈ
৬। উতোং
৭। শুনা চৈ
৮। তেম
৯। শিংকাপ
১০। য়েৎপু কনাইবা
১১। সনম (উদবা)
১২। খোঙখাং

## (২) ফি শাবদা চংবা খুৎলাই খরগী মশক তাকপা



ফিজৈকৈরাক



তমং(বুরখুল খুঙ্গংদা শিজিন্নবা)




১। কপত্রেং ৩। তেম
২। হুয়ত্রি ৪। লংয়ৈ - চৈ



লশিং কাপোন

## কুনম্মাথোইশুবা তাঙ্কক্

# য়েলহৌগে মনিপুরদা চৎনরম্বা চহি মতাংগী ওইবা ফিজেৎ

মরুওইনা নুপীমচাশিংগীদমকতা চহি মতাংগা চান্নবা ফিজেৎ মমা-মপা ওইবশিংনা থোনবি।খুদম ওইনা চউম্বদগী চহি অহুম ফাওবগী মচা নিঙোলশিংবু তোঙকাপ ফনেক থোনবী। মচাবু মমা-মপানা কাপওন্দুনা থমখ্রে হায়বা মমিংশিনা তাকই। মথংদা চহি মরিদগী তরেৎ-নিপাল ফাওববু খোইজাও লোনবী অদুগা চহি নিপালগী মথকপু অকোয়বী ফনেক থোনবী।ফিশিংশিগী মতুং ইন্না মচাবু করম্বা চহিগী থাক্তা লৈরে খঙবা ঙমই। মচাশিংগীদমক তৌবিগদবা মথৌ মঙম মতম চানা পাংথোক্লবা হোংনৈ। মচা ওইবিশিংনসু শেৎলিবা ফিজেৎকী খুদম য়েংদুনা মহাক মহাক্লা তৌফম থোকপা মথৌ ঙাক্লা চৎলি। অসুম্না চহি মতাংগী থোনবিরিবা ফিজোন্না মচা ওইবিশিংবু পুক্সিগী লম্বীদা তাঙ্কক্ নাইনা লমজিং মঙান পীবিরি। * মণিপুরী আর্টকী হারীশীংবুন (অহানবা শরুক) (লঃ ৬৬,৬৭)।

## কুননিথোইশুবা তান্নক্

## ফি মচু শংবা অমসুং মনিপুরদা শিজিন্নরম্বা পোৎচাকশিং

শাবা লোইরবা ফিবু ওইহনিংবা মচু ওইহন্নবা ফি মচু শংবগী থবকসু লৈফম থোকই। লং ওইবিংদা শংবা নত্রগা ফি ওইনা শারবা মতুংদা শংবা, হিরম অনি থোক্না লৈবা য়াই।

পাম্বীগী মকু, উকু, মরু, মনা, মহৈ, অশাংপা লৈগী লৈনা অমসুং মহৈদগী মচু শেমদুনা মচু শংবদা শিজিন্নবশি মালেমশিদা তাইবং মীনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকউদগী মাগী মাগী ফুরুপ কাংলুপশিংনা শিজিন্নরকলে। মচুগী পোৎচাক য়াওবা পাম্বীশি মালেমশিদা মশিং ২০০০ (লিশিং অনি) রোমনি হায়না শিংথানে। মচুগী পোৎচাকশি পাম্বীশিংগী কাংলুপ পুম্নমকতা য়াওই হায়বগী ৱারোলসু লৈ।[২] অদুবু পনবা য়াবা য়াম্না মরু ওইবা কাংলুপশিংদি -

(1)Bixaceae, (২)Leguminosae, (৩)Rubiaceae, (৪) Lythraceae, (৫)Fagaceae, (৬)Asteraceae, (৭)Meliaceae, (৮) Oleaceae, (৯)Verbenaceae, (১০) Zingeberaceae, (১১) Euphorbiaceae, (১২)Guttiferae নচিংবনি।ময়ামশিগী মনুংদা Leguminosae পাম্বী কাংলুপশিদনা মচুগী মচাক য়াওবা পাম্বীশিংগী মশিং খ্বায়দগী হেন্না য়াওই।[২] লং অমসুং ফিবু মচু শংবদা শিজিন্নবা য়াবা মচুগী পোৎচাক য়াওবা পাম্বীশিংদি খরখকতনি হায়বা য়াই। মনিপুরদা য়েলহৌউদগী হৌনা লং অমদি ফি মচু শংবদা মচু লৌনা মচাক ওইনা শিজিন্নরক্লবা পাম্বীশিং, মখোয়গী বিজ্ঞানিক্কী অমসুং কাংলুপকী মিংশিং, পাম্বীগী শিজিন্নরিবা শরুক্কা কোন্ননা

পাম্বীশিংশিবু শিজিন্নরিবা অতোপ্পা লৈবকশিংগী মিংগা কোন্ননা মখাদা পীরি।

| পাম্বীগী মিং | বিজ্ঞানিক মিং | কাংলুপগী মিং | পাম্বীগী শরুক | লৈবাক |
|---|---|---|---|---|
| ১. উরেরোম অমোম | Bixa orellana | Bixaceae | মরু | Natives of America |
| ২. উরেরোম লাবা | Mallotus phillippinensis | Euphorbiaceae | মচৈগী মকু | Bengal, M.P. Maharastra, Orrisa |
| ৩. উরোক শুম্বন | Basella alba | Basellaceae | মহৈ | অতোপ্পা স্টেৎশিং অমদি লৈবাকশিংদা শিজিন্নবগী খুদম ফংদে। |
| ৪. কুহি | Bridelia retusa | Euphorbiaceae | উকু | মথক্কা মাটেন। |
| ৫. কুম্না | Strobilanthus cusia | Acanthaceae | মনা | মথক্কা মাটেন। |
| ৬. কফোই | Punica granatum | Punicaceae | মচৈগী মকু | মথক্কা মাটেন। |
| ৭. করোখজী | Acacia catachu | Mimosaceae | মউ | India, Burma, Punjab. U.P.,A.P., Bihar, Bombay. |
| ৮. কুরাউ অঙাংবা | Erythrina suberosa | Leguminosae | মপাল | অতোপ্পা স্টেৎ, লৈবাকশিংদা শিজিন্নবগী খুদম ফংদে। |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৯. চিঙগু | Tectona grandis | Verbenaceae | উকু | Tamil Nadu, M.P.,Orissa, Karnataka, Bihar. |
| ১০. তাইবেল | Toona ciliata or Cedrella toona | Meliaceae | মপাল | Punjab, Assam, Bihar, Maharastra. M.P.. Nilgiris |
| ১১. থৈচাক | Bischofia javanica | Euphorbiaceae | উকু | Java, Indo-nesia. |
| ১২. নীল | Indigofera tinctoria | Papilionaceae | মনা | America. Java, India, Natal. |
| ১৩. পাংগোং | Butea monosperma | Papilionaceae | মপাল | Indiaগী মফম অং'মদা Hindu শিংনা Holi(য়াওশং) গী মতমদা শিজিন্নে। |
| ১৪. মনাহি | Terminalia citrina | Combretaceae | উকু | অতোপ্পা থৌশিং, লৈবাকশিংদা শিজিন্নবগী খুদম ফংদে। |
| ১৫. শহি | Quercus truncata | Fagaceae | উকু | U.S.A. |

| ১৬. হৈঘ্রু | Emblica officinalis Syn. Phyllanthus emblica | Euphorbiaceae | মহৈ,উকু | অতোপ্পা স্টেৎ,অমদি লৈবাক্তা শিজিন্নবগী খুদম ফংদে। |
|---|---|---|---|---|
| ১৭. হৈবুং | Garcinia peduculata | Guttiferae | মহৈ মকু | Shri Lanka, Thailand, East-India. |
| ১৮. য়াচুবী | Osbeckia chinensis | Melostomaceae | মহৈ | China. |
| ১৯. য়াইঙং | Curcuma longa | Zingiberaceae | Rhizome | India গী মকম অয়াম্বদা। |
| ২০. য়োংচাক | Parkia roxburghii | Mimosaceae | মহৈ অমসুং উকু | অতোপ্পদা শিজিন্নবগী খুদম ফংদে। [৩] |

হায়রিবা পাম্বীশিং অসি য়েলহৌঙৈদগী মহৌশা খুৎশেমগী পোৎথোক পাম্বী ওইনা মনিপুরদা ফংলমলে। পাম্বী খরদি মনিপুরদদা শিজিন্নবগী ৱাফমসু লৈরে।

উরৈরোম, খম্মু মহি, কুহি মহি, কফোই মকু নচিংবা অসি কি মচু শংবদা অমদি ঈন-নচিংবা শংবদা শিজিন্নৈ। কুম লাকপা হায়বা অমসু মরু ওইনা শিজিন্নৈ। ফনেক ময়েক নাইবা শানবা লংদা কুমশি শংনৈ। কুম লাকপা ফনেক ময়েক নাইববু "মৈতৈ কুম" হায়না শিংথানৈ। কুম মহিশি লৈপাক্তগী শেম্বনি। [৪] "কুমলং কুমপাল লৈ" ৱাহৈশিগী ৱাহনথোকশি মচু শংনবা পাম্বী (লৈ) মখল অমা হায়না পী। [৫]

মনিপুরগী তম্পাক লমদা মচু শংবগী লমদা মচু খরগী মখৈদি নিংথিনা থবক ওইনা পাংথোকই। লমদমশিগী মীওইশিংশি চুন-চানবা মচু খনদোক খনজিন

## য়েলহৌভে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

তৌবদা মশক থোক্না হৈ-শিংই। চীংগী লমদমদদি নাপু মচুনা মপুং ওই।[৬]

চীংগী লমদমদসু য়েলহৌঙৈদা মচু শংবদা, লমহাংদা অমদি উমংদা হৌবা উপানগী মকু, মনা শিজিন্নরমই। লং অমদি ফি মুনা নত্রগা মুরৈনবা হিগোক মচু শংবদা লমহাংদা হৌবা নীম মনাগী মহি শিজিন্নে। খ্বাইদগী ফবা অমুবা মচু পুখোকপদা নীম মনা, মকু ফুৎপগী মহিদগী মচি লৌদুনা মচু শংই।[৭]

মনিপুরগী চীংগী লমদমদা মচু শংবদা শিজিন্নবা পাম্বীশিং খরসু চাওরাকপা মখাগী অসুম্না শিংথাবা য়াই।

১। কুমনাসু শিজিন্নে। অদুগা উপরেং, হায়না খঙনবা উপাম্বীগী মকু-মপ্রাম ঈশিংদা ফুৎলগা, মহিদু অমুবা মচু শংবদা শিজিন্নে।

২। হৈজামপেৎ পাম্বীগী মরূ (রুত) ঈশিংদা ফুৎলগা মহিদু অমুবা মচু শংবদা শিজিন্নে।

৩। উযুং মনা পাকপী উগী মকু ঈশিংদা তিংদুনা অমুবা মচু শংবদা শিজিন্নে।

৪। Bekhosii (<u>Tournefortia candolii</u>) অমসুং Kokrisii পাম্বীগী মনাশিং ঈশিংদা তিংদুনা মাও ত্রাইবনা অঙাংবা মচু শেমই।

৫। Sansam হায়না খঙনবা উরী মখল অমদগী থাথৌ ত্রাইবনা অঙাংবা মচু শেমই।

৬। মরিং কাংলুপ্না Kheilong হায়না খঙনবা উরীদগী অঙাংবা মচু শেমই।

৭। ব্রাইফৈ অমসুং গাংতে কাংলুপ্না য়াইঙং মরূ তথায়রগা ঈশিংদা য়ানশিন্দুনা ওৎলি। মহিশি মৈদা শৌহনলি। অদুগা নাপু মচু শংবদা শিজিন্নে।

৮। উ-নাপু হায়না খঙনবা উরী মখল অমদগী নাপু মচু শেমই।

৯। কুহি পাম্বীশিগী মকু ঈশিংদা ফুৎলগা মহিদুদা লুপশিন্দুনা মুরাওনবা মচু শেমই। কুহি মচু হায়নসু খঙনৈ।

১০। শহি অমদি কুহি পাম্বীগী মকু তকখায়রগা য়ানশিন্নদুনা ঈশিংদা শৌবা য়াবা চাং য়ৌনা ফুৎলগা, মহিশিদা লুপশিন্দুনা মার জাতিনা পানথোকপা হিগোক মচু শংই।

১১। খোক হায়না খঙনবা উপাম্বীগী মকু ঈশিংদা ফুৎলগা মহিশিদা লুপশিন্দুনা নাপু মচু অৱাওবা (হঙ্গাম মপান) হায়না খঙনবা মচুশি শংনৈ।[৮]

লং অমদি ফি মচু শংবা, মচু মখল কয়া লৈবগী ৱারোল লৈরে। মৈত্রবাকতা ষনগী মশক তাকপদা মচুগী মতেং লৌনরম্মী। খুদম ওইনা ষন কোনা, ষন মঙ্গেবী, ষন য়োং মানবী অশিনচিংবা।

*অসুম্না মচু কয়ামুক্কী মমিং লৌদুনা মীতৈনা শগোলবুসু মশক তাক্লরম্মী। মতাং চানা লৌখৎচবা খরা-*

(১) লশিংদৌনা ঙৌবা শগোলবু "লৈফোন" শগোল।

(২) লশিংদগী ঙাঙশিনববু "মোরা" শগোল।

(৩) লশিং অঙাংবগুম্বা শগোলবু "মোরা মৈচাক" শগোল।

(৪) মশা পুম্না মুবা শগোলবু "কারু" শগোল।

(৫) মশা মুবা মমৈ ঙৌববু "সনাবী" শগোল।

(৬) সনাবীদা লাংববু "ক্বাকলৈ" শগোল।

(৭) য়াইঙঙ মচুগী শগোলবু "নাত্রং" শগোল।

(৮) নাত্রংদা লাংববু "থঙ্গোং অরাংবা" শগোল।

(৯) নাত্রংদা মকুপ-মকুপ লাংববু "নাত্রং সেনত্রাং (সেন্দ্রাং) মরুম" শগোল।

(১০) মঙ্গে মচুগী শগোলবু "মঙ্গে" শগোল।

(১১) মঙ্গেদা মুশিনববু "মঙ্গে মপ্রাম" শগোল অসিনচিংবা।[৯]

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

ফিগী মচু মমিং থোনবদা উচেক্কী মচু লৌদুনা থোনবা চংনবশ্মী, হৃজিকসু চংনবি। খুদম্ - নোংগৌবী মচু, চোংঙা মকম মচু। তোযনা শিজিন্নবম্বা মচু খবদি -কোমলাবোং মচু, শলুঙাংবা মচু, উবৈবোম মচু, লফু লৈয়োন মচু।

মনিপুরদা ঙক্লিরৈঙৈ মতমদা লং শংবগী থবক্তা মাযপুননা তৌহনবা যুম্ন কে খবা লৈবশ্মী। **মখোয়দুদি-**

(১) খুমুকচম, (২) ইরোমপম, (৩) ইপুশংবম, (৪) উসযাম, (৫) অকাংজম, (৬) খুমনথেমবম, (৭) চিঙ্খাবম, (৮) ফিশাবা ঙানবা নাহা, (৯) হকবানথেম অসিনচিংবা।

বাযমশিগা মবি লৈনা।

> ইরোমনা অঙাংবা মচু শংই।
>
> খুমন্নেম্না ঙাওপোক মচু শংই।
>
> লানথম্না কুমলং মচু শংই।
>
> ইপুশংবম্না নাপু মচু শংই।
>
> উশামন্না অশংবা মচু শংই।

মনিপুরদা শিরুক্লবা লৈচিংশিংগী মনুংদা অমুবা মচুশি খোইদিং, কুতি, চিংজরকদগী শেমই। অঙাংবনা মোয়ুমদগী শেমই। থংজিং মপান অমাদ কমলা মচুনা উবৈবোম, খুরুম পেবে, লৈচিংবদগী শেমই। নাপু মচুনা হৈকু, কাইথংদগী শেমই। মোয়ুম (মোইয়ুম, মোয়ুম) Rubia sikkimensis, উবি মথল অমনি। ফিরাচিংবগী মচু শংবদা শিজিন্নৈ। যেকখোৎপগী থবক্তা মচু থোকহনবদা পাম্বী মখল খরসু শিজিন্নবমই। অসুম্না নাপু মচু শেম্বদা শিজিন্নবম্বা পাম্বীশিংদি চমেন, হিংঙোন পনবা যাই। অশিগুম্বা পাম্বীশিংশি মনিপুরগী শম্বোঙ থংবা চীংশাং নাপোমদা মবাং কাইনা ফংলশ্মী। [১৮]

মনিপুরদা ঙক্লিরৈঙৈ মতমদা লং অমদি ফি মচু শংনবগী মচু পোৎচাক লৌবদা শিজিন্নবিবা পাম্বী, হৈ,লৈ, উবী, মযামশি লৈবাক্কী ওইনা শিজিন্নবা

লৈবাক নিংথৌগী মফমদা কৎপা, তম্বা লোয়শং লৈবন্মী ।

| মথং-মনাও | মচু মচাক লৌন পাম্বী | পোৎশকশি তম্বা লোয়শং |
|---|---|---|
| ১. | উবেবোম | ১. কৈবোইনা খাঙগনি, চনগনি।<br>২. পোৎসঙবনা কৎকনি। |
| ২. | উবোক শুম্বন(উবোক সমন) | সঙলেন মবিনা খাঙগনি । |
| ৩. | কুহি | ১. ফিসাবা লোযশংনা খাঙগনি।<br>২. পোৎসঙবনা খাঙগনি । |
| ৪. | কুম | কৈবোই লোযশংনা খাঙগনি। |
| ৫. | খাম্ (খুমু, খমমু) | ১. কৈবোই লোযশংনা খাঙগনি।<br>২ পোৎসঙবনা খাঙগনি। |
| ৬. | চীঙশু | পোৎসঙবনা খাঙগন। |
| ৭. | মনাহী | ১. ফিসাবা লোযশঙনা খাঙগনি।<br>২. হাউপান্নবা লোযশঙনা খাঙগান । |
| ৮. | মোযুম | ১ হাওপান্নব লোযশংনা খাঙগান।<br>২. কৈকংবা মবোই লোযশঙনা খাঙগনি। |
| ৯. | যাচুবী | হাওপান্নবা লোযশংনা খাঙগনি। |
| ১০. | ঈশিং কম্বোং | হিক-হিনা ওবা লোযশংনা খাঙগনি। |
| ১১. | উনাপু | পোৎসঙবনা খাঙগনি। [১১] |

## য়েলহৌঙৈ মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

মনিপুরদা নিংথৌ লোয়য়ুম্বগী মতমদা য়ুমনাক য়ুমনাক্কী ওইনা মখোয় মখোয়না শংগদবা মচু লেপলমই। [৬]

| মথং-মনাও | য়ুমনাক | মচুগী মশক |
|---|---|---|
| ১। | অকাংচমপক | লৈরেল খোইপাকলৈ সঙও। |
| ২। | চিংখ্বামপম | চিঙসাং মুয়ুমলৈবু সঙও । |
| ৩। | য়িরোইবম | তললা উরৈরোম মাকোং মৈরি মালববু সঙও। |
| ৪। | লংশঙবম ফিশাবা ঙানপা নাহা | লোইরং থাওচু লৈবু সঙও । |
| ৫। | খুলমল থেমপম | হিকোক নানৌ লৈবু সঙও। |
| ৬। | খুমুকচম | কুমলাং কুমপাল লৈবু সঙও । |
| ৭। | য়িপুশংবম | চিংয়া নাপু লৈবু, তউচিং হৈত্রোই লৈবু সঙও । |
| ৮। | বুসিয়ামপম | রানা কাতোং মানবা শংলেন য়াইচু লৈবু সঙও। |

লং অমদি ফিদা অখন্ননা মচু তরেৎ-নিপানদি মশক মমিং নাইনা লৈরে হায়বা তাকই। লোয়শং খরনা মচু লৌন-পাম্বী খাঙলে, মচু শেমলে। শংবগী থবক তৌরিবা য়ুমনাকশিংনা মচু মচাকশিংশি লৌরগা মচু শংবগী থবক তৌরে। অদুবু মচু শংনবা মচু মচাক ফংলিবা লোয়শংদসু মচু শংবগী থবক পাংথোকপগী খুদমসু ফংই। মচু মচাক শুংনবা পাম্বীশিং খাঙবদা মরুওইবা অমা ওইরিবা পোৎশঙবদা মচু শংনবগীদমক লাল্লুপ কারম্বগী ব্রারীনি। মরুওইনা কাব্রং সঙবগীদমক লাল্লুপ কারম্মী। নুপী তরুক তরুক্কা লাল্লুপ অমা শাই। কাব্রং সঙবগীদমক চুঙখাম য়িমনাকতগী নুপী ৬ গী লাল্লুপ অমা অদুগা অহনথেম য়িমনাকতগী নুপী ৬ গী লাল্লুপ অমা পুন্না লাল্লুপ অনি পোৎসঙবদা কারম্মী। [১৭]

শাবা লোইরবা ফিবু মচু তান্নবা শুবা, শিজিন্নরবা মোৎলবা ফিবু শুদোক

চামথোকপা তঙাইফদে। ঙল্লিভৈঙ মতমদদি উতি মহি লাকপা, ষনথি তানবা, কেক্র মহৈগী মকু, হৈবী লাবগী মহৈ (লমহৈবী) নচিংবা কয়াশিনা ফি শুনরম্মী। [১৮]

অরোইবদা ঐখোয়না উরিবদি নিংথৌ লোয়য়ুম্বগী মতমদদি মনিপুরদা লং অমদি ফি মচু শংবগী থবকশি শিললম শিনথোং খঙনা পায়খৎলে, চাওখৎলে হায়বশিনি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-


(১) Ashok Bendre and Ashok Kumar, " Economic Botany ", Rastogi Publications, Meerut-2, Fouth Edition 1982-83, P-181 and Albert F.Hill, " Economic Botany", Tata McGraw-Hill publishing company Ltd., New Delhi, 1972, P-126.

(২) অমসুং (৩) These details are contributed by M.Bharat Singh. Sr.Lecturer in Botany, Thambal Marik College, Oinam, Manipur.

(৪) উদয়চাঁদ এন, "মৈতৈ পুয়াদা তাবম্বা খুৎশা হৈবগী মমি ", ফিদম ৱাবেং অহানবা, চন্দ্রশেখর খুলেম(ইদি.), ১৯৮৪, লঃ ৮০।

(৫) "অরিবা মণিপুরী লোনাইগ", খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম (ইদি.) ১৯৭৮, লঃ ২৫।

(৬) Hodson T.C., " The Meiteis", Published by Low Price Publications Delhi, 1989, P-29.

(৭) Hodson T.C. " The Naga Tribes of Manipur ", Re-printed in India, 1974, P-(45,46).

(৮) Mutua Bahadur. " Tribal Hand Woven Fabrics of Manipur, 2000, P-(13-16).

(৯) ডা. বুধ ৱাংখৈময়ুম, " মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোন্নদুনা লৈজরক্লবা মশাগ্নশিং ",১৯৯২, লঃ(২০৯,২ ) অমসুং উমং লাই খুন্দা মশীং ২৯/৩০, ১৯৮৭, লঃ (i)

(১০) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "অরিবা মণিপুরী লোলগী", ফোংবা M.S.K.A. ১৯৭৮, লঃ ১৬০।
(১১) ডা. কীর্ত্তি মোইরাংথেম,মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা, ১৯৭৭, লঃ ৩৬।
(১২) জুগে অঙোম,হিরেন তেংথা,১৯৯৮, লঃ ৩০ (ৱাহৌদোক)।
(১৩) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম,"মেরা হাওচোংবা ", ফিদম ৱারেং ২ -শুবা, ইদি. চন্দ্রশেখর খুলেম, ১৯৮৬, লঃ ৩২।
(১৪) খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম, "অরিবা মণিপুরী লোনগী ", ১৯৭৮, লঃ ৬০।
(১৫) চন্দ্রশেখর খুলেম, "মসিল " , ১৯৯৭।
(১৬) "লোয়য়ুম্বা শিনয়েন ", সমপাদক চন্দ্রশেখর খুলেম, অফোংবা ঃ-ইবোতোম্বী মোইরাংথেম, ১৯৭৫, লঃ২৫।
(১৭) চন্দ্রশেখর খুলেম, "মসিল" , ১৯৯৭, লঃ ২৫।
(১৮) উদয়চাঁদ এন, "মৈতৈ পুয়াদা তারম্বা খুৎশা হৈবগী মমি ", ফিদম ৱারেং অহানবা, চন্দ্রশেখর খুলেম(ইদি.) ১৯৮৪, লঃ ৮০।

---

## কুনহুমদোইশুবা তাঙ্কক্

# ফিগা মরি লৈনবা মীতৈলোনগী অরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং পোৎকী মমিং

১। অয়িন তাম্বা — ফি ইন্নবা মবাং কায়না লৈতবা।

২। অশেৎ ৱাৎপা — শেনবা ফি লৈতবা।

৩। অমন নোংকা ফি — শিবদা হাপ্পা (চেন্নবা) ফি।

৪। ইকানক — খ্বাঙচেৎ।

৫। ইনফুই — ঙা ফানবা নিপা ঈল।

৬। ইনমখাঙ — ইশাগী ইন্ননবা ফি।

৭। ইযোং — ফি শানবা য়োঙখম।

৮। ইযোং লাইচি থোংকুমপা — যোঙখমদা তিংবা লংদা পাঙতেমনা থেংদুনা ফি শাবা।

৯। ইয়োং কোংতিং থাপা — যোঙখমদা লং তিংবা।

*১০। উতোং — নায়েৎচৈ সুনা অনিগী মবক্তা হাপ্পা ৱাগী উতোং।

১১। কপত্রেং — লশিং তক্লবা হং (মেচিন)।

১২। কপত্রেং ফিজেৎ — লেংঙতাগুম্না হকচাংগী শকক খবদা কুপ্তুনা শেৎপা ফিজেৎ (খেলচন্দ্র)।

— নিঙ্গ্রী তাখৎতুনা শেৎপা ফিজেৎ (শ্যামকিশোর) নিগ্রিদি

**হৌজিকসু মুক্কা কাংজে য়াওবা মীনা শেৎনরিবা মশেৎনি।****

কপত্রেং তবেংগা কুইনা চিংমিন্নবক্লবা খুৎলাইনি। মৈতৈনা ফজ-ফজবা ফি শাবম্বা, শিজিন্নবম্বা, খুৎলাই অসিগী অচৌবা মতেং য়াওই। কপত্রেংনা লশিং তকপদা নুংঙাইনবা খুৎলোয়বা হেন্নবা, ফি মচেৎ অমা, তক্লহল্লিবা উগী

মরৈ ( ময়াং-ময়াংপা নত্রগা কপত্রেং ময়া) পানবা অনি অদুগী মখাদা য়াম্ছে। মরৈ পানবা উ মতুম অশাংবা অনিবু চপশিন্নবা য়ৈশিনবা শিংচেপ অদুগীসু মথক্তা ফি মচেৎ অসি য়াম্ছে। শিংচেপ অদুবু কুপশিনবা অদুনা অতকপা লশিং তারকপদা অপনবা লৈহন্দে। কপত্রেংনা শেৎপা ফিদি মশেৎ অসিনি। কপত্রেং ফিজেৎ হায়রবদি মওং অসিগী ফিজেৎ ওইগদবনি।** মথক্কী ব্রাফমশিবু তাকপীরিবা অইবা "গৌরচন্দ্র " না মাগী ব্রাহনথোক্তা ওজা খেলচন্দ্রগী ব্রাহনথোক্তা মান্নে হায়না ফোংদোকই।

১৩। কুমজিং লোনমায়থক/কুমচিং লোনমায়থক - কোয়েৎ মথক ।

১৪। কুমজিং লোন্নৈ য়েৎপা/কুমচিং লোনলৈ য়েৎপা - কোয়েৎ য়েৎপা ।

১৫। কুমিন - নুপীগী ফিজেৎ অমা ।

১৬। কুমসঙ - সঙ অমগী মমিং, কুম মনা থম্লবা সঙ্ অমা ।

১৭। কুমচিং লোইশা য়েৎপা - কোয়েৎ য়েৎপা ।

১৮। কুমজেং লোন্নিং য়েৎনা/কুমচিং লোননিং য়েৎনা - কোয়েৎ য়েৎনা

১৯। কানক ফি - লফু লৈয়োন মচুগী ফি, ফিথা।

২০। কাপরং - মুগা লং ।

২১। কাঙ্গোন - মঙ্গে মানবা উহৈ মখল অমা । মসি সাপোন লৈত্রিঙৈদা সাপোনগুম্না ফি শুবদা শিজিন্নৈ।

২২। কোকথোন - কোয়েৎ।

২৩। কোকশেৎনবা - কোক্তা য়েৎপা ।

২৪। কোকশেৎ মচি লাংবা - কোকশেৎ শেৎপা ।

২৫। করৌফি ফিঙাং - অঙাংবা ফি মখল অমা ।

২৬। করৌ ফি ফিঙাং - মমাংঙৈদা চিম্বাবমনা শাবা ফি মখল অমা ।

২৭। কোংতিং - ইয়োং , ফি।

২৮। কোংতিং থাংনা - ফি তিংদুনা ।

২৯। খাগোই - ফিজেৎ ।

৩০। খাঙজেৎ - ফিজোম ।

৩১। খুনুং চুমখনফি (চমখনফি) - মমাংঙৈদা খোয়রিশুম্বন্না শানরম্বা ফি মখল অমা।

৩২। খুনুং মুশুমফি - মমাংঙৈদা ওকথিয়াম্বন্না শানরম্বা ফি মখল অমা ।

৩৩। খুমেৎ লং - খুৎনা চনাং মেক্তুনা চনাং লাক্পবা লং ।

৩৪। খোইমোম নোংলৈমা মখুৎশা কুরাক হুমদং মানবা ফি - শিবদা চেন্নবা ফি।

৩৫। খোইয়া উতংপোক - ফি ফৌনবা পোলাংখোক।

৩৬। খোঙশমফি - খোঙ কুপ্পবা ফি।

৩৭। খোঙখৈনবী - ফি শেৎপদা খোঙময়াদা তাবী।

৩৮। খোঙদৈ ফি - খোঙ তৈথোক্লবা ফি ।

৩৯। খোয়তোম - ফিদোন চিংখৎত্রিবী লৈশাবী মচানা শেৎপা ফিশেৎ ।

৪০। খোমশি - শমজেৎ ( ফি শাবদা য়াওবা নত্রগা কোক শমচেৎ হাৎনবরা মরোন অমতা পনদে।)

৪১। খোমশি লোনবা - শমজেৎ লোনশিনবা ।

৪২। খাকিলা - কাব্রং লং ।

৪৩। খানিক - নুপীগী ফিকা ।

৪৪। খানিক-খানাক - নুপীগী অচম্বা ফিজেৎ ।

৪৫। ঙাইখোং লুক/ঙাইখোং শিনশু লুক - শিল্লুক ( ফি শাবগী লংচাকনচিংবা হাপ্পবা থুমমোক মচা)। শিয়ারুক। *

৪৬। ঙকলাং চৈলৈ (চরৈ) য়েৎপা - ঙক্তা ফি য়েৎপা ।

৪৭। চকফি - ফি মখল অমা/চকপশিংনা শাবা ফি মখল অমা। *

৪৮। চীনফি - মমাংঙৈদা নিংথৌজমনা শারম্বা ফি মখল অমা।

৪৯। চরৈ/চৈরৈ - ফি ।

৫০। চরৈ অয়িন তাম্পা মাঙ্লৌ অশেৎ ব্রাংপা - শেৎনা ইন্নবা ফি লৈতবা ।

৫১। চরৈ ফিনৌ - ফি অহম্বা।

৫২। চরৈ ফি খুৎশা - খুৎনা শাবা ফি ।

৫৩। চরৈ ফিশেৎ নোং - নুপীগী মণ্ডানি কোক লুজবা নুমিৎ।

৫৪। চরৈ লুখুম চাউপা - ফিরুক খুম্বা ।

৫৫। চরৈ লেংতোন য়ানপা - লেংবান্দা ফি য়াম্বা , ফি ইম্বা ।

৫৬। চরৈ য়াকু - ফৈজুপ।

৫৭। চরৈ য়াকু তৈপা - ফৈজুপ তোঙান্না শুম্না ।

৫৮। চামিফি - মমাংঙৈদা খুমললম্বমনা শারম্বা ফি মখল অমা।

৫৯। চিংখোঙ ফিমু - মমাংঙৈদা য়ুম্লামনা শারম্বা ফি মখল অমা।

৬০। চৈরৈ নিকতম লাকপা - ফিদোন চিংখৎতুনা শেৎপা।

৬১। চৈরৈ পশোৎ - ফি অঙৌবা ।

৬২। চৈরৈ ফিঙৌ - ফি অঙৌবা ।

৬৩। চৈরৈ ফিচেনপা - ফি লৌবা (পনবা) ।

৬৪। চৈরৈ ফিতোম য়ানপা - ফি য়াম্বা (ইম্বা) ।

৬৫। চৈরৈ ফিলাংচান - থরায়না খোয়দাবা ফিজোল।

৬৬। চৈরৈ মকা ফোংবা- ফি কোম্বা (কোম্না শেৎপা ) ।

৬৭। চৈরৈ মনমখাঙ - মশাগী ইন্ননবা ফি ।

৬৮। চৈরৈ মুফানিক - মফি ফনেক ।

৬৯। চৈরৈ মরোল তৈপা - ফি মখল নাইনা থম্বা ।

৭০। চৈরৈ মরাক চামপা - মশক মচু থোক্লবা অমম্বা ফি ।

৭১। চৈরৈ কৌপা - ফি কৌনা শেৎপা ।

৭২। চৈরৈ লমহনফি - চৎথোকপদা শেৎনবা অহম্বা ফি।

৭৩। চৈরৈ লমহাই নাইপা - ফজবা ফিজোন শেৎপা ।

৭৪। চৈরৈ লেংতোন য়ানপা - লেংবান্দা ফি য়াম্বা

৭৫। চৈরৈ লুমলাং থেৎনা - কোক্তা ফি কুপান্দুনা ।

৭৬। চৈরৈ শেংকমননা - ফি নিঙ্গ্রি তাখৎনা শেৎতুনা ।

৭৭। চৈরৈ শেংলম শেংতা - ফি শেংপোই শেংতবোই ।

৭৮। তত্তৎ - লং নাইবদা শিজিন্নবা খুৎলাই অমা।

৭৯। তমং- পাংয়োংগী শুনা হন্দোক্লবা খুৎলাই।

৮০। তরেঙ - লম নাইনবা খুৎলাই (হং) মখল অমা।

৮১। তেম - খ্বাঙদা ফি শাবদা শিজিন্নবা খুৎলাই অমা।

৮২। তেমলাং - তেম।

৮৩। তাবুল - ফিজেৎ মখল অমা ।

৮৪। তাচিন - ফি ময়েক মখল অমা। *

৮৫। তোমাল খাকোয় শেংপা - খ্বাংদা কোয়শিন্দুনা শেংপা ফিজেৎ ।

৮৬। তরাউফি - মমাঙঙৈদা থৌদামতনা শাবা ফি মখল অমা ।

৮৭। তোংকাপফি - মমাঙঙৈদা হাওখোমদনা শাবা ফি মখল অমা।

৮৮। তরেঙ খোঙফাং নামুংনা - মোইথাপ নাইবা তোক্লুনা।

৮৯। তরেঙ খোঙফাং নামুংপা - মোইথাপ নাইবা থিংবা (মোইথাপ নাই হৈতবা)

৯০। তরেঙ খোঙফাং নামুংপী - মোইথাপ নাইবা হৈতবী।

৯১। তরেঙ খোঙফাং লৈ থাপলৌ মরিন শিং - মোইথাপ নাইদুনা লঙচাক চাকপা।

৯২। তরেঙ হুইশোন (হুংশোল) লৈপা - তরেঙ নাইবা।

৯৩। তরেঙ হুইশোল খোঙফাং য়োং - তরেঙ য়োং ।

৯৪। তামুল লং - তাশিল্লবা লং ।

৯৫। তুনুং - লং ।

৯৬। তুনুং লংলা পুনপা - লং পুম্বা ।

৯৭। তুনুং লংলা লংপুমলং - লং মতুম (লং মপুম)।

৯৮। তোলোক - কোকয়েৎ ।

৯৯। থাঙজিং - লং, সুনা লং ।

## ম্যেলহৌতে মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

১০০। থানজুম (থানচুম) - ফিজাউ ।

১০১। থেংথাং - নীংখম

১০২। থেংথাং চারিখম - নীঙখম শমজিন ।

১০৩। থেংথাং চারিখম লাংমৈ পুংলেন চিন্না - নীংখম শেংলগা উচেক লাংমৈপুং লেনবগী মতু চিন্দুনা ।

১০৪। থাঙচা ফিয়েন - লুহোংবগী কুজবদা হাপ্পা শাগৈগী ওইনা য়েনবা ফি ।

১০৫। থাপলৌ - মোইথাপ।

১০৬। থাপলৌ অচাইপা - লং (লশিং ) শন্দোকপা ।

১০৭। থাপলৌ মরিল শিংপা - মোইথাপ নাইবা।

১০৮। থৈচুপ - ফৈজুপ ।

১০৯। দোলাইকুপ ফি - দোলাই মথক কুপ্লবা ফি ।মমাংঙৈদা রাহেংবমদনা শানরম্বা ফি মখল অমা।

১১০। দোলাই থানফি - দোলাই থানবা ফি । মমাংঙৈদা কাবাজম্লা শানরম্বা ফি মখল অমা।

১১১। নমখাং - ইনফি, ফুরিৎ ।

১১২। নমখাঙ - নুপীগী ইন্নফি ।

১১৩। নূরা খ্বাংচেৎ মচি নাইবা - নুপীনা মখ্বাংদা খ্বাংচেৎ শেৎপা ।

১১৪। নূরা খাংচেৎ মচি লাংবা - ফনেক শেৎপা ।

১১৫। নোংফি - মমাংঙৈদা য়ুমলেনবমতনা শানরম্বা ফি মখল অমা।

১১৬। নমথা তোনপাপা - মতোন্দা পাবা নুপীগী ইন্নফি ।

১১৭। নানবা তেমচিং লোন (নাম্পা তেমচিন লোনপা) - ফি শাবদা তেমনা থেংবা (য়ৈশিম্বা) ।

১১৮। পশোৎ - ফি অঙৌবা ।

১১৯। পাক্তু- কোয়েৎ, কোক্তা হাপ্পা নত্রগা য়েৎপা ।

১২০। পুঙৌ - মচু অতৈ শঙদবা অঙৌবা মচুগী ফিজেৎ ।

১২১। পুনুং - ফুরিৎ

১২২। পুমথিৎ ফি - মমাংঙৈদা থান্বমদনা শাবা ফি মখল অমা।

১২৩। পরিফি - শাফা লানফাগী মনা ওইনা লৌ পরি অমা পীরম্বদগী ফি ওইনা শিনখিববু পরি ফি কৌই। শাফা লানফাদা থৌবা মীদা মনা পীবা ফি।

১২৪। পুনুং কিশি থোকপা - ফুরিৎ কুদাম লৌথোকপা।

১২৫। পুনুং মণ্ডাল নাইপা - ফজবা ফুরিৎ (ফুরিৎনা লৈতেংবা)।

১২৬। পুনুং হৈরু হুকপা - ফুরিৎ কুদাম পানবা।

১২৭। পুরুম ফি - মমাংঙৈদা কোংবমনা শারম্বা ফি মখল অমা।

১২৮। ফাকং - ঙৌবোং ( মৈ নত্রগা নুংশাদা কংহনবা, পুং য়েনবা চৈ)।

১২৯। ফাগং - ঙৌবোং।

১৩০। ফাকঙ (ফাগং) - ঙাবোং। ফি মখল অমা। *

১৩১। ফাগং ফি - মমাঙঙৈদা চিংঙাখনবমদনা শানরম্বা ফি মখল অমা।

১৩২। ফাগং ফিমু - ফি মখল অমা।

১৩৩। ফিবোঙ - মতু চোম্বা অথাবা ফি মখল অমা।

১৩৪। ফিবোঙ চামিবা (ফিপোৎ চামিপা) - মতু চোম্বা ফিগী ফিদা ফিবোঙগী ফিদা অচৌবা)।

১৩৫। ফিগে ফনেক - মুগানা শাবা ফনেক ফজবা।

১৩৬। ফিগে -শেৎননবা অফবা ফি। নিপাগী ফৈজোম, নুপীগী ফনেক।

১৩৭। ফিঙাঙ - ফি অঙাংবা।

১৩৮। ফিমু - ফি অমুবা।

১৩৯। ফমফি- থাদুনা ফম্লবা ফি।

১৪০। ফিনৌ- ফি অহনবা।

১৪১। ফিমু লানফি - মমাঙঙৈদা খোইস্নামদনা শাবা ফি মখল অমা।

১৪২। ফিমুয়েক পাংয়োংফি- মমাংঙৈদা তাইবংজমদনা শাবা ফি মখল অমা।

১৪৩। ফিরাক - ফিগী মরাক , মরাক তাইবা ফি ।

১৪৪। ফিরেন- মমাঙউেদা চকপ্রমনা শারম্না ফি মখল অমা। মশক নাইবা ফি অফবা। কুম্মৈ ফিয়োং অমদি তরামচা তিনবদা শেংনবা ফি ।

১৪৫। ফিশেং - ফিজেং

১৪৬। ফীরোয় -ফিজোন।

১৪৭। ফীরোয়-অশুবা - নিপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু মী অমনা শেংপা হৌনবা ফীজোন মপু অমা (মশিং শুবা)।

১৪৮। ফুরিৎ শাবা - ফুরিৎ তুবা; ফুরিৎ তুবগী থবক তৌবা লোয়শঙ অমা।

১৪৯। ফুরিৎ সা নাইবা - পান্মোম পানবা ফুরিৎ । *

১৫০। ফুরিৎ খাহউজোনবা - খাওন অচোনবা থবাক্তা কারন চৎপা অদুগা লুখমদা মচিন অনি (ফিজি অনিদু) কিসি কিবা অদুবু খাউজোন ফুরিৎ কৌই । *

১৫১। ফৈজা পোপতেক লৈবা - ফিনা ফৈজা শাবা ।

১৫২। ফৈবাক তামুল্লং - ফৈবাক্তা তাবা লং ।

১৫৩। ফৈরোই ফি - মমাঙউেদা অবুজম্বনা শারম্না ফি মখল অমা।

১৫৪। ফিকে লমশং মানপা - অশংবা ফিগে ফনেক মানবা ।

১৫৫। ফিকোয় লেনপা - ফি কক্পা ।

১৫৬। ফি খমপা - ফি শেত্তবা।

১৫৭। ফিতুং খান্নোননপা - ফি কারননা ইল্লগা তুংদা কিশি কিবা । কারন্ননা ফি খাওন ওল্লগা তুংদা কিশি কিবা ।

১৫৮। ফিতুং থৌরি - নাহোং ।

১৫৯। ফিপাইলোই (ফিবাইরোই) - ফি খোমজিনবা মী ।

১৬০। ফিপাললোই (ফিবাললোই ) - ফিনা লোইপোৎ কাবা ।

১৬১। ফিপুন - ফিগী ফিদা।

১৬২। ফিপুল লংপুন - ফি মতুম তাশিন্দুনা কিবা।

১৬৩। ফিপোং চমিলোই (চমিরোই) - ফিবোং গী ফিদনা লোইপোং কবা (হাবা)।

১৬৪। ফিফোং নুংথং - ফি ফোংনবা য়েংতুম।

১৬৫। ফিমু নমলাক কনপা - ফি অমুবনা নঙ্গলদা লাকপা (কুপ্পা)।

১৬৬। ফিশা শুনা হাংতিং কাঙপা - শুনা কাঙদুনা ফি শাবা।

১৬৭। ফিশা হনপা - ফি শাবা লোয়শংগী মকোক।

১৬৮। ফিরুংবী - ফিগী থবক তৌবী নুপী / ফম মমা - ফি পানবী নুপী। *

১৬৯। ফদী-ফরা - খুৎশামক্ত তৈথোকপদা শীজিন্নবা য়ারিবা ফীজেৎতুবু ফদী কৌএ। অদুদগী মচেৎ অমুক তানা মফোল থোক্লবদু ফরানি।

১৭০। ফীরুক-ফীরাং - মকোক্তং ফিনা কুপশিনববু ফীরুক খুম্বা হায়নৈ। অদু গা ফীরাং হায়বদী মশক মশা হেক খণ্ডনবা খুমজিনবা লোইননা শাজৎ ফাওবা থৈদোক্তুনা গচৎলিবা মওং অদুবুনি।

১৭১। ফিশা-লোনশা - শেৎপা ইনবা য়ানবতগী শারিবা ফিবু "ফিশা" কৌই। অদুগা মখল মথেল কয়াগী ফি মরোল মরোল পুথোক্তুনা শারিবদুনা "লোনশা" কৌএ।

১৭২। ফিজি- ফীনা - হৌজিক্তী ঙাঙনখিদ্রবা মতম অমগী ফজপ্পবা রাংলবা রাফমনি। নিংথৌনা শেৎলিবা চরৈ ফীজিদা নুংশি নুংওল ইল্লিবা নমখাঙ ফীজিদা অরা পোথা পুল্লিবনী। মশিবু নেৎলুরবদি অৱাবা চৈনা ফংগনি খঙউ হায়না ফীনা হায়বশিনা তাকলি।

১৭৩। ফীজেৎ-ফীগাই - শেৎন-ইন্নবা হায়বদি শিজিন্নবা নীঙথিনা য়ারিবা ফিবু ফীজেৎ অদুগা মওং কায়রবা ফিবু ফীগাই কৌএ।

১৭৪। ফমুং-ফানুং - পা-পী য়াহীপ তান্নবা ফম অদু ফমুং কৌএ। অদুগা পাখ্রা লুখ্রাগী ফম্বুনা ফানুং কৌবনে।

*( রাহৈশিমক্তি হিরমশিদা চান্নদবরা- অদুবু রাহনথোকশি লৌখৎচনিংদুনা শৈথাজবনি )।*

১৭৫। মানলৌ - নাহোংফি ।

১৭৬। মাল্লৌ- মানলৌ, ফি, নাংহোং ফি, ইন্নফি ।

১৭৭। মাল্লৌ - থুপকিনবা - নাহোং শাবা ।

১৭৮। মায়মু তোমশোন - ফিজেৎ মখল অমা ।

১৭৯। মৈমু তোমশোন (মাইমু তোমশোন) - কোক্তা থেৎনবা শমজিল।

১৮০। মোমনু য়াৱা শিনকাপলি- হুয়ত্রি।

১৮১। মকি - লং ।

১৮২। মনম থাং - মনঙ্গলদা ইম্বা ফি ।

১৮৩। মমোইলেং (মমোইরেং ) - মোইথাপ (থাঙ্গ কম্বোংনা ঙাঙনবা) য়েক ৭ অসি নত্তবা কাংলুপ কয়াসু মপিুরদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরমই। মদুগী মনুংদা থাঙ্গা কমপোংসু অমনি। (বীরচন্দ্র এন,য়েলহৌঙৈগী মণিপুরগী মমিংশিং ইং ১৯৮৩, লঃ ৩)

১৮৪। ময়িনফি - মশাগী ইন্নবা ফি।

১৮৫। মাকপুরৈ উনকোই থোংপা - ফুরিৎ লিৎপা ।

১৮৬। মাললৌ খোয়থোমনপা - ফিদোম চিংখতুনা শেৎপা ।

১৮৭। মাললৌ তুঙচিংপা - ফিজিনা তুংদা য়াম্থবা।

১৮৮। মাললৌ মকানক - মশাগী ফিথা ।

১৮৯। মুশুমফি - মপান্দা (ফিবান) লোনবা ইন্নবা ফি মখল অমা।

১৯০। মুংফি - লৈরুমফি ( মমাংঙৈদা থেংগুজমদনা শারম্বা ফি মখল অমা)।

১৯১। মোইতাং - মোইথাপ ।

১৯২। মোইরেং তরেংয়োৎ - তরেংয়োৎ ।

১৯৩। মশা- ফি শাবগী লংচাক চাকপদা লং হাপচিন্নবা খুৎসাই ।

১৯৪। লং অহিংবা- চাক মেত্তবা লং ।

১৯৫। লংদোমফি (লংতোমফি) - মমাংঙৈদা কোংবজমনা শারন্না ফি মখল অমা।

১৯৬। লংফাই - ঙৌবোং, অফাইবা লং।

১৯৭। লংলাচাবু - লং তিংবা।

১৯৮। লমথাং খুলৎ- মনাফি।

১৯৯। লাইফি - লাই কৎনবা ফি। মমাংঙৈদা লাইরেম্লাকপমদনা শাবা ফি মখল অমা।

২০০। লাইফি তোংকাপ - মমাঙঙৈদা চকপা থিয়ামনা শাবা ফি মখল অমা।

২০১। লাকপা- মচু শঙবা। ফি শুবা।

২০২। লেংয়ান - লেংবান্দা য়ানবা ফি।

২০৩। লৈতকপা- ফি শাবদা ফি শাবনা খঙনবা ময়ুংলোমদা নম্না খুদম।

২০৪। লৈরেন কোইবাকলৈ - লং শঙবনা শিজিন্নবা মচু মখল অমা

২০৫। লৈরোং - লৈতেং ,ফিদা ময়েক থোকনা লোনবা।

২০৬। লোম্লৈ - ফিজেৎ মখাল অমা। সনাগী লুহুপ খজি মকোক মানবা। (নিংথৌগী কোকথক্তা হাপনৈ)। হৈক্রু হিদোংবনচিংবদা নিংথৌনা তেংমায় লেপ্লবদি নীংখম শমজিনগী মহুত্তা লোম্লৈ চিনবসু য়াওই।

২০৭। লাম্লৈথেম - শা লান্দা শেৎপা ফি।

২০৮। লশিং কাইরেন - লশিং পোলাং অচৌবা।

২০৯। লংচা (লংলম) - লং মচা।

২১০। লংশুং চিনতাই শমপা - লং মচিন শমজিনবা।

২১১। লংশুং তরেং খোঙফাং শিৎপা - লংচাক চাকপা (লং নাইবা)।

২১২। লাইচা ফিশুম তাউবা - ফি শন্না।

২১৩। লাইয়েকফি - মমাংঙৈদা থোংবমন্যা শাবা ফি মখল অমা।

২১৪। লানফি - লানগী ফিজোল।

২১৫। লাপা লুকায় পৈশা - কোকয়েৎ ময়াম থম্বা ।

২১৬। লাবা (লাপা) লুরোই ইরেং খাংশু পাখং কুমজিং (কুমচিং) ফায়েংলি। - নিঙখম শমজিন/শমজিন।

২১৭। লাবা (লাপা) শমচিন নাউরে থোংপা- কোকয়েৎ উপ্পা (কোকয়েৎ য়েংপা )।

২১৮। লুকোই - কোকয়েৎ।

২১৯। লুকোই শলাইফি - শলাইগী ওইবা কোকয়েৎ ।

২২০। লৈরুম - মমাংঙৈদা শনচিরামবমনা শারম্বা লৈরোং হাপ্পা অথ্যাবা ফি ।

২২১। লৈরুথেক - ফম্বান তোংবদা মীতৈ নিংথৌনা শিজিন্নবা ফিজোল মখল।

২২২। লৈরেন লৈতাউপা - ফম্বাল তোংবদা মীতৈ লৈমনা শিজিন্নবা ফিজোল অমা ।

২২৩। ৱানচেং তোনলোক - ফি অপাবগী কোকয়েৎ।

২২৪। ৱাকতং ফিশেৎপা - উতোংগী ফি শেৎপা ।

২২৫। ৱানা কদংফি - মমাংঙৈদা কশ্বামদনা শাবা ফি মখল অমা।

২২৬। ৱানফক - মনাফি মখল অমা। ফুরিৎ মখল অমনি, অঙৌবগা অমুবগা য়ান্নবা অমুবনা হেনবা। ফম্লাইবশিংনা লিৎনৈ। *

২২৭। ৱারুমিৎ থোকপা - বারু মান্না ময়েক থোকপা ফিশা মখল অমা।

২২৮। ৱায়েনচৈ (ৱায়েনজৈ) - তরেঙদা য়ুংলিবা লংই অনীনা কারন চৎলিবা চৈ ।

২২৯। শঙচু - লুৱাবিগী ফিজেৎ।

২৩০। শঙতিং - য়োংখম, লং, ফি।

২৩১। শঙতিং কিশিনপা - লং শমজিনবা।

২৩২। শঙদিং কিশি কিবা - ফি কিশি কিবা ।

২৩৩। শঙতিং ফিথৈ লোমপা - ফি শাবা লোইবা ।

২৩৪। শঙতিং লাম্লে থেমপা - শাফি-লানফি শেৎপা।

২৩৫। শঙমুফি (শঙমু লাংমুফি) - মমাংঙৈদা ৱাংবজমনা শারম্বা ফি মখল অমাগ।

২৩৬। শঙলাংমৈ - নিংথৌগী ফি শেৎফম য়ুম।

২৩৭। শিঙখনফি (শীংখনফি) - মমাংঙৈদা থোইদিংজমনা শারম্বা ফি মখল অমা।

২৩৮। শমচিন নাউরৈ থোংবা - কোকয়েৎ য়েৎপা।

২৩৯। শমজিন নৌরৈ থোংবা - কোকয়েৎ য়েৎপা ।

২৪০। শমজিন - কোক্তা থেৎনবা লৈতেং ।

২৪১। শরোংফি (শারোং ফি) - মমাঙঙৈদা লাই পাখ্রম্বমনা শারম্বা ফি মখল অমা। মাইবীগী ইন্নফি ফীজিন্দা হাপ্পা মাইবীগী মনা ফি ।

২৪২। শানুবি চরৈ ফি শেৎপা - ফি তাখৎতুনা শেৎপা ।

২৪৩। শিংমিৎ- ফি শাবদা খন্ননবা পজেঙ।

২৪৪। শুনা হাউতৈ - ফি শাবগী শুনা ।

*২৪৫। শুনা ৱুপাক (উপাক) - ফি সাবগী সুনা খনবদা শিজিন্নরিবা উপাক মখল অমা।

২৪৬। শিনৌ মাইলেং অপিশা - তরেং য়োৎ ।

২৪৭। শিনশু লাংলুক - ফি শাবদা শিজিন্নবা লংচাক পাঙদেমনচিংবা হাপ্পা থুম্মোক মচা। সিয়ারুক সিল্লুক ।*

২৪৮। শিনৌ - লশিং

২৪৯। শেংগম - পোলাংখোক ।

২৫০। শংলাং মৈ - নিংথৌগী ফি শেৎনবা শঙ্ । কোনুং মনুংগী শঙ মখল অমা । *

২৫১। হাওরং - ফি মখল অমা।

২৫২। হংলাক - ফি শাবগী কোন্নবা ফানবা নাচৈ।

২৫৩। হিগাউফি - হরাউগদবা লাইগী ঈহাইফু (ঈকৌফু) য়োমদুনা লাইপুবগী মঙক্তা পুনবা ফি।

২৫৪। হৈকোয় ফি - মমাঙঙৈদা হাওদৈজমনা শারম্বা ফি মখল অমা।

২৫৫। হৈরু - কুদাম

২৫৬। হৈরু মতাই কাঙনা - কুদাম লৌথোক্তুনা।

২৫৭। হৈরু হুকপা - কুদাম পামবা।

২৫৮। য়াইরোং নামপা ফি - লৈরুম ফি।

২৫৯। য়াকু - ফৈজুপ।

২৬০। য়াকুরুবাক - য়াকু লুবাক - খুৎশা তৈথোক্লবা ফি হাপ্লবা লুবাক মখল অমা।

* ২৬১। য়েৎপু - সনমখাং লাক্লবা (হাপ্লবা) উনা শাবা পোৎ মখল অমা।

লৈরুম ফিগী মতাংদা মিৎয়েং অমাঃ- লৈরুম ফিগী মমিংশি অনি থোক্লা লৈরে। মুংফি হায়বা অমা অদুগা লৈরুম হায়বা ব্রাহৈশিমক্কী অমা। মুংফিবু শারম্বনা থেংগুজমদনা শাবা হায়। লৈরুম্বু শাবম্বনা শনচিরামবমনা হায়। শনচিরামবমদনা হায়দে। তাংখুল লৈরুম ফি হায়বা অমসু লৈরি।(তাংখুল নাগানা শাবা ফিরোলগী মনুংদা তাংখুল লৈরুম ফি মরুওইবা অমনি। Hodson T.C., "The Naga Tribes of Manipur ", 1911, P-46.

মুংফি,লৈরুম অমদি তাংখুল লৈরুম ; ফি অহুমশিগী মতাংদা খেন্নবা খরা লৈফম থোকপরা হায়বা মিৎয়েংশিনি। মরাক পীকপা (চপ্লা) ফি ৩/৪ না তাইশিন্নরগা শেম্বনি। মরাক পীকপা ফি অমদা ফিবান নকনা খুদোলমুক পাকপা অঙাংবা মচুময়ুং ঈন্না চৎলি। ঙাবোং ফিদগী থাবা খরা হুম্বা ফিনি। অশিগুম্বা ফি অসিবু মুংফি কৌরে। মপান্দা পুংগ্রি হৎপা অদুগা তোংকাপ থোক্লা শারবদা মুংফি কৌদ্রে। লৈরুম হায়না কৌনরে। তাংখুল জাতীনা শারিবা লৈরুম ফিদা তাইশিন্নরিবা ফি মচাশিং অদুগী মরাকশি য়াম্লা পীকই। ব্রাখললোনশি ফোংদোকপিবা আর.কে. বীরেন্দ্র (এন.এস.দি.;রিটায়ার্ড এসিষ্টেন্ট টিচর, উসা ভবন প্রাইমারি স্কুল, সায়াং)।

## ম্যেলহৌড মনিপুরদা ফি শাবগী লম্

### ফিগা মরি লৈনবা লোনথেংবা রাহৈ খরা –

| | অরিবা রাহৈ | - | লোনথৈ |
|---|---|---|---|
| ১। | ইয়োংখোক | - | য়োংখম |
| ২। | কাথা | - | কাম্থা |
| ৩। | কোকয়েৎ | - | কোয়েৎ |
| ৪। | কোকশেৎলৈ (কোক্তা লৈরোং য়েৎপা) | - | কজেংলৈ। |
| ৫। | খ্বাংচেৎ | - | খাগুজেৎ |
| ৬। | পোৎয়ানখোক | - | পোম্লাংখোক |
| ৭। | ফাইশা | - | ফৈজা |
| ৮। | ফিকাখল | - | কাংখল |
| ৯। | ফিচেৎ | - | ফীজেৎ |
| ১০। | ফিলাইং | - | ফিরাং |
| ১১। | শানম | - | শনম |

### মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং :-

১।* গী খুদম লৈবশিং খুলেম চন্দ্রশেখরনা সম্পাদক ওইবা লাইরিক "মসিল" দগী লৌথোকচবনি

২।** গী খুদম লৈবশিং রাহেংবম গৌরচন্দ্রনা ইবা "ইতিহাসনা তেংথাবা " লাইরিকতগী লৌথোকচবনি।

৩। মশিং ১৬৯ দগী ১৭৪ ফাওবশি এইচ মকর লুরাংনা ইবা "অখুনবা লীকলাং " হায়বা লাইরিকশিদগী লৌথোকচবনি।

৪। লেমহৌরিবা মশিং অতৈশিংশি মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফালনা ফোংবা, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রনা খোমজিনবা "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ অমদি শৌবাম শ্যামকিশোরনা খোমজিনবা "অরিবা মৈতৈ/মীতৈলোন গী লোন-কৈ " কৌবা লাইরিক অনিশিদগী লৌথোকচবনি ।

৫। লোনথৈগী মতাংশি এইচ মকর লুরাংনা ইবা "অখুম্বা লীকলাং " দগী লৌথোকচবনি।

# ব্রারোইশিন

শেৎনবা অমদি ইন্নবা ইচম চম্বা ফিদা নত্তনা লিন মশাগী অরাংবা মতৌ, হংকোক মউনগী মতৌ অমসুং হৈরী হৈগী মকুগী মতৌ মাগ্না শাবা ময়েক থোকপা ফি কয়া মনিপুরদা য়েলহৌঙৈ মতমদা শারে অমসুং শিজিন্নরে। লমদমশিগী নিপাশিংসু ফি নিংথিনা অমসুং ফজনা শাবা ঙমই। মশিগী অচেৎপা খুদমদি নিংথৌনা শেৎন-ইন্নবা ফি (নিংথৌ-ফি) শাবা মতমদা নিপানা শাই। ময়ামশিগী মথকতা কোক্কী ফিজেৎ ওইনা শিজিন্নবা কোকযেৎ কয়া লোলৈ কোয়েৎ কোঞ্জিন্ তুথোকপগী মতমদা পুথোকপা, তোলোক কোকয়েৎ "অশিবা" অমদি "কোঞ্জি" অনিমক্না শিজিন্নবা। ফৈয়েৎ হায়না খঙনবা কোকয়েৎ নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা পুথোকতুনা শিজিন্নবগী মরিক চুম্বা ব্রাফম কয়া লৈরি। মথক্কী ব্রারোন কয়াশি য়েংলুরগা ময়েক শেংহল্ললিবা ব্রাফমদি মনিপুরদা ফিশা-লোনশাগী থমবকশি অনৌবা নত্তে। য়েলহৌঙৈ মতমদগী মনিপুরগী নুপী ওইবীশিংগী মপুং ওইবা শিংনথা-শিনশু অমা ওইনা লাক্লবনি।।